[illegible]

# অমিতা কুলকর্নি

(উপন্যাস)

আর, কে, নাওরিয়া

লাইবিক্কী মমিং : অমিতা কুলকর্নি (উপন্যাস)

অইবা : আর, কে, নাওরিয়া
(রতনকুমার সিংহ নাওরেম)
পাজি লৈকায়, মনাবৈ, ককচিং

ফোংবা চহী : মে, ২০১৩

মমল : লূপা ১৩০/-

অফোংবা : অইবা

ফংফম থোকপা : অইবা

মখুম : পুখ্রম্বম প্রেমজিৎ

নমফম : টাইমস ওফসেট প্রিন্টর্স, ককচিং - ৭৯৫১০৩

খূদোল তমজবি-

*মালেমগী মীওইবা সমাজগী*
*য়াইফবা অমসুং নুংশি চান্নবদা*
*চেংনা থাজবা থম্মীবিবা,*
*সাহিত্য অমসুং কলাবু*
*নুংশিবীবা অদোমগী মফমদা।*

উপন্যাস অসি হিংলিবা নত্রগা শিক্ষবা
কলাগুম্বা কলাগুম্বী অমত্তগা মরী লৈনদ্রে,
রাখললা লেমগৎ লাগৎচবা ঙাক্তনি।

# কচ্চবা

অচুম্বা তেংবাংনা
শিম্মীশিং, নৈত লাইব
তোঙ্গ ভাববা কয়াবু
তেংবাংবীবিবা,
জাৎ বিজাৎ, ধর্ম্মগী অখূবা মিৎয়েংগী ৱাংমদা
বাখল চোইববা অমদি শোইনাইববা
পুন্সি কযাগীদমক হোৎনবীবিবা,
ভুংগী মীবোলগীদমক
মশাগী ওইজবা থাদোক্‌লিবা,
মীওই কয়াগী পুন্সি কন্নবগীদমক
মীওৎ মীনৈ কযা খাঙলিবা,
নুপী ওইবীশিংবু ইকায় খুম্নবা উৎপিবিবা
অদোমগী মফমদা।

# মাঙওইনবা ৱাহৈ অমত্তং

নোংমা শুমাংদা, 'নোংও চুথবো, হনুবী হনুবা তাউথবো' হায়দুনা অঙাংশিংনা শান্নবদু তাকুবদগী ৱাবী অসি পোকখিবনি। অহল ওইববা নুপা নুপীদুবুবা তাউথবো হায়বিবসি' হনুবা হনুবী হাযবসিদি পুন্সিগী ঈচেলদা মচা মশুগী নুংঙাই য়াইফনবগীদমক খন্দুনা অৱা অনাগী পোৎলুম কয়া পুবরুবা, চৈথেং কয়া খাঙলরুবনি। মমৈথঙর্দদি মশামক অৱাবগী সিম্বোল অমা ওইবকই। অকংবা উনানা কেনখিবগুম অৱা অনা দশা লাংফম কয়া কয়া মায়ওরুবক্লি। তাওথখি মথং মথং। অদুবু মহাক্তি ঙসিসু হিংলি লেপলি লেঙদবা উপালগুম মহৈ চুম্না, মনা পুঙনা, মশা মবেং ফন্না পুন্সিগী ঈচেলসিদা। মসি মায পাকপনি। মদুবু মতৌ তমজৌ হায়বনি। অশুম হায়না ঐনা খঞ্জরুবনি। লাল্লম্বসু য়াই। ইবনাইগী ওইবা ইশ টবপ্রিতেসন ওইবম্বসু য়াই। উপন্যাস অসি কোয়চৎ চৎতুনা থিক হুম্লবগা ইখিবা নত্তে। অশোয় অবান কয়া য়াওবম্বসু যাবি বনানখক্তদা নত্তনা। অদুবু অদোমগী মিৎযেং, ৱাখল্লোনবু ইকাযখুম্নজনবগী তাঞ্জা অমদি ফংজবেদনা।

ফজবা ৱাবী অমা স্কুপ অমা হায়বসি ফজববা লাই পোট্রেৎ নত্রগা পিকচব অমগুম্বনি হায়জনীংই। প্লোটনা স্কেটচনি, ইপিসোদ নত্রগা চেপটব অমদগী চেপটব অমা, থৌদোক অমদগী থৌদোক অমা মফম চানা মবম চানা হাপচিন্দুনা ফজববা ৱাবী অমা লীবিবনি। কলবগী তোন মথং মথং হাপচিল্লকপদুনি। কক্লা, পৌনা থল্লম্বা ষ্ট্রোক নত্রগা ব্লেন্দিং তৌশিন্নবা ষ্ট্রোকশিংনা থৱায় হাপ্লগুম্বনি। যেকচবিবা শাগৎচবিবা অমিতা কুলকর্নি 'সিদি য়েংবা য়াগনি য়োবোই হাযবসিদি অইবনা লেপ্লা ঙমজদ্রে।

মান্নবা চাওখৎপা খুন্নাই অমা হায়বসি অৱা অনা লৈত্তবা হায়বনি। শোৎথহৌববা অৱা অনা তাববা লাইববা ঐখোর্যদি কনানা মতেং পাংবীদুনা সমাজসিদা থোং মান্ননা হিংবা ঙমগদৌবিবনো' কনাগুম্বা অমদি শোয়দনা লৈবমগনি। মসিগী ৱাখলদনি, আশাদনি, ঐনা অবা অনা তাববা কনা লৈজদ্রবা শোইনাইববা, ৱাখল চোইববা, ওৎপি নৈবীববা কয়াবু

মতেং পাংনীংবগী ব্রাখল অমা ফাওবক্লবগী নাকোয়নবা ঈথিল অমত্তং পীনবা হোৎনজবিবা। তোনবদগীসু তোল্লবা ঐগী মপোকনি অদুবু ঐনসু, ঐবুসু, অশুম্না অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নববতদা চাওখৎপা সমাজ অমা শোয়দনা ওইবক্কনি খঞ্জবনি। মৈ ঈশিং নুংশিৎ অতিযা, নুমিৎ থা থব্রানমিচাক পূম্নমক নুংশিবগী লিপুন অমনা পুল্লিবা নত্রা? নুংশি মপাউ পুবিবা, নুংশি লৈনম শন্দোকলিবা নিংথিজববা নাচোম অমবু খাংভুথক্তা চোইজাইননা মাঙহনবীবসিবু চুমগদ্রনে?

থবক্রা পুন্সিনি। মহৌশানা থৌইনশিন্নি। অদুনা ঐখোয় তুমিন্না লৈথোকপা ঙমদে। হায়নৈ,

ন হি কশ্চিৎ ক্ষানমপি জাতু তিষ্ঠত্যকর্ম্মকৃৎ।

কার্যতে হ্যবশ: কর্ম্ম সবর্ব: প্রকৃতিজৈর্গুনৈ: ॥

অশুম্না প্রকৃতিগী মশক ওইবা ফৌ, গেহু, এঙ্খাং নাপী, মহৈ মবোং, উহৈ বাহৈ, তৈপাল লৈপাল, মালেমদা লৈবিবা মক মবাংশিং অসিনা হায়, "ঐবু অমুক্তং মালেম লৈমায়থকসিদা হুনবীয়ু। মপুং ফাবা পাম্বী অমা ওইদুনা মীওইবগী সেবা ফংজগে।" ঐগী অমিতা কুলকর্নিনা হায, "ঐবু অমুক্তং পুথোকপিয়ু, ইপাউ অমত্তং তমজগে মালেমদা।" জাৎ বীজাৎ খায়দনা মীওইবগী অপূনবা মিৎয়েংদা, কনানা জাৎ অফবা, কনানা অতোনবা, কনানা ইনাকখুনবা, কনানা লাইববা, কনানা পাঙ্গলবা, কনানা শোইনাইবা, নুংশি চান্ননা, অমনা অমদা থমগদবা বেব্যহাব অমদি থর্কসি খাসিগা লোয়ননা চাওখৎপগী মায়কৈবোমদা মাঙলোমদা চংশিনমিন্নদুনা অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা পূন্না হিংমীন্নসি হায়বা পাউজেলনি থমজনীংলিবা। ব্রাহং অমখকনি। মসিবু চুমলিব্রা? থৌদোক ব্রাথোকর্শিং অসিনা কবিগী? মসিসু লাল্লোঙ অমবা? অমুকসু, তাইবঙনা শীংথানবিবা মৈতৈ নুপীগী থৌনা লিংজেল কনানা য়োকখৎপিবি ? কনানা মাংহনবীবি? নুপী ওইবীগী ইকায়খুম্নবনা কদোমদা? নুপীনদি নুপাশিংবু কবম্বা মিৎয়েংখাদা থম্বীবিবা? মসিদি খন্নবগুমসিবা? ব্রাহংনি।

অদোমগী মতম যাম্না শাংনা লৌজবোই। লোইবা ফাওবদং পাবীবগা অদুম লোইবে। ইচম চম্বা ব্রাবীনি। অদুবু উপন্যাস অসি

পাবকপদা মীচৈ থীবা, ফজদবা, লৃজদবা অথীবা ব্রাহৈ ব্রাতা খব থেংনর্বিগনি। তু চুংবা ফাওবিবা য়াই। মসিগীদমক খৃৎ তবা লোন্নদুনা ঙাকপিনবা হায়জবি। খুকমজবি।

উপন্যাস অসিগী মিংথোল ওইবিবা "অমিতা কুলকর্নি", কুলকর্নি হায়বা ব্রাহৈসি ইংবাজিদদি কে এ আব এন আই অশুম্বা ই। অদুবু মণিপুবীদদি আকাব য়াওহল্লদ্রে। অদুগা পঞ্জনীংবা অমত্তংগা, থমজবিবা ব্রাহৈশিংদা ল গী মহুৎতা অ না শিনবা থেংনবীগনি। খৃদম ওইনা তোক্লবগনি হায়বসিদা তোকঅবগনি হায়বগুম্বা। হাৎতোক্লম্মগা হাযর্বসিদা হাৎতোকঅম্মগা হায়বগুম্বা। লাক্লব্রা হায়বদা লাকঅব্রা হায়বগুম্বা। মসি ঙাংবগী খোম্থোক্তা হেন্না ইমফেসিস পীনীংউবদগীনি।

অবোইবদা হায়জনীংবা অমনা, পুন্সিগী লানফমদা মায়থীবে হায়দুনা নাথৈদুনা চেনবগী মহুৎতা, হোৎনবা, অখাঙকনবা, ইশানা ইশাবু থাজজবগা লোয়ননা শৃবা নোম্বা তন্দবা, পূকচেল চাউবা, মীনুংশি অমসুং অচুম্বা হায়বসিনা নোংমদি শোয়দনা মায় পাক্লবগী লম্বীনি হাযজনীংই। ওইথোকপা য়াই, ওইথোক্তবা যাই। ব্রাবীনি খন্না পাবীগদবা ওই। অদুবু পুন্সিবু পুন্সিনা য়োকপবা? পুন্সিবু পুন্সিনা হাৎপবা? হৌজিকসু ব্রাহংসির্মদি অশুম্মক লৈহৌবে। অদোমগী থম্মোয়দা ফাওবকপা ব্রাহংসিগী পাউখুম অদুনা উপন্যাস মচা অসিগী পাউজেলনি।

তেংবাংবীবকখিবশিংবু তৌবীমল খঙবা উৎচবি। মখুমগী লাই য়েকপিবকখিবা ইনাও প্রেমজিৎ পুখ্রম্বম, ককচিং নিংথৌ লৈকায়বু থাগৎচবি। মখুম অসি ইনাও অসিনা মতেং পাংবা ওইনা য়েকপীবকপনি। লোয়ননা টাইমস ওফসেট প্রিন্টর্সকী ইচিল ইনাওশিং ইন্দ্রকুমাব, ইনাও, বোবো অমদি ককা তোম্মৈ, থব্রায় য়াওনা হোৎনবীখিবগীদমকসু থাগৎচবি।

আব, কে, নাওবিয়া
(বতনকুমাব সিংহ নাওবেম)
৮৫৭৫৬৭২৫৫৩

*মৈতৈ লোকপী ইমানি*
*নাওযোক নাওকোন হৈবীনি*
*পুকচেল তপ্পী পলেমনি*
*থিংলি ঐখোয় ইমাগীদমক*
*ভাকনি ঐখোয় ইমাগী নিংতম্বা।*

## শম্বল অমগুং

অতোপ্পা কনা লাক্লগা ইমাগী শন্নাং চিংলগদবা মতিক নত্তে। মচা ওইবা ঐখোয়না ইমাগী শন্নাং লাক্লুনা হাইবসিবু অচুম্ববনে? ইমাগী শমজিংগী নাচোমনা কেন্দ্রিমখৈ. ইমাগী শম্বুলনা চোইদ্রিমখৈ. ঙমখৈ কায়বোই। ঙমখৈ কায়বে হায়বদি নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ মাঙলে হায়বনি। অতোপ্পা খুৎ অমা, লাইখুৎশাংবী চঙলে হায়বা নত্রনে?

পুন্যোগন্ধ : পৃথিব্যাং চ তেজশ্চাস্মি বিভাবসৌ।
জীবনং সর্ব্বভুতেষু তপশ্চাস্মি তপস্বিষু।।

ধুপকী নুংশিবা মনম,
মৈরা অমত্তং

নীংজবিবা পূক্লিংগী আশাসে খঙবীয়ুকো নঙনা !

খঙজ হৈজদনা পুথোকচবিবা "অমিতা কুলকর্নি" অসিনা মালেমদা থোকহন্নীংদবা থৌদোক রাথোক কয়া থোক্লক্তনবগী ঈথিল অমা পীকদুন, অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা, নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবা, চাওখৎপা, নুংঙাই য়াইফবা অমসুং শান্তিগী মপাউ পুবা পাউজেল অমা ওইবসনু। হোংলসনু ফিজোল মালেমসে।।

# অমিতা কুলকর্নি

## (১)

অঙাংসু ফজনা কপখৎলকইঙৈ তাঞ্জাদুদা বোবীসু ঈশৈ ঙংখৎলকই,

লা ... লা ... লা ...

হুম ... হুম ... হুম ...

থাদোকউ থাদোকউ সার্টিফিকেৎ

এম, এ, এম, এ,

তাবো তাবো ...

ইমোইনু অঙাং থেম্না থেম্না বোবীদা হায়বকই,

- মসিগী নুপাসে য়াম্না নুংশিবকওইদৌবি। লাইবিক লাইশু হৈবাও ! এম, এ, ' এম, এ, নি হায়দুনা মুক্তুনা লৈবনা কান্নবোইয়ে। য়ূম অমত্তদি শাসে। য়ূমনেনা তৌবিবসি ইমুংদা ছাতিন খল্লে। নঙদি তোং তাং তেং দোং হায়বা মখোলসিদা মোন্দা নুংঙাইনা ঈশৈ শকপা ঙম্মীনি, ঐদি অনীসিমগা য়েংউ। উচি ঈশিংদা তাকুবদু মঙায়বে নচাশিংসে। শিঙসিসু চাকত্রে। ইলেক্ট্রিকনেনা বল্ব অমত্তং থাঞ্জবসিসু মৈ হৌবক্তুনা তোকঅবনি।

অদুনিনে ঐনা ঙাইবিবসে।

কবিনো নঙনা ঙাংইবদুবো' অঙাওবাও, মীবোল থুংদবাও।

য়ূম মৈ হৌববদি সবকাবনা শাবীবেদনা। খেত্রি পুবোন ফংগদৌবিবনিনে।

ঐদি, মসিগী নুপাসিবু কমদৌনা ঙাংনদৌবিনো ' শোনো ইথুং হেক থুংলদনা। নকোক্তু শিজিননৌও। মসিদা লমশি শিথ্রদি ফবদৌনি। নত্তে, নঙবু পাখং ওইবিঙৈদা য়াম্না শিংবদাইনে' নমান নমান্নবনা বিল্ডিং মথোল মথোল। নমিৎতু উবম্মোই নঙদি। ফেবে চৎপনিনা। মখোয়গা ঐখোয়গা মান্নবা যাপোৎ নত্তেদা।

হো মান্নদবদুননে শুমাংদগী ইমুংদনা হেন্না তাবিবসে। ঙসাইদগীনেবা, ঐনা চাক থোংউ নোং তাবক্তিঙৈদা হাযবনেবা। মনাদা হাপ্তে। কবি নুপানো নঙবো'

থবক হল্লকপদা ঙাযবি। ঙাইহাক শ্বব হোন্দোকপগী রানিদা নুপী নঙবো !

অঙাংসি লৌথোকও লাওনে। বালতিন মনিংসিনা নকোক্তুদা শুথবকউবো' খাবৈ অতেকপসিনা নমিৎতুদা কোৎলদি ! তোকসিনা নঙ।

কনানবু, মী অমগী পুক্সিদা যূম অমদগী হেন্না শাবা ঙমপোৎ নত্তে। য়ুববসু মসে ইয়ূম। মীগী ময়ূমসে, কল্লকউনু।

মীগী য়ূম কল্লকউবগী ব্রা নত্তেনে। ইমুংদা তাশিল্লকইবসিদি কমদৌবগা ফগদগে খল্লু হায়বা। চাক থোংবা ঙমদ্রে হায়বনি। ব্রাতব প্রুফকী শিঙনা থোংগদবা মঙাইবে। মসি ফাওবা শম্বল শৎলগনি থোংইবা চাকসি, খব লৈববদি কাংথোল ফাওবা থাদোকখি হায়বা খঙদ্রি।

মসিগী নোংসিসোবা তানীংখ্রপোৎনি। শাওদুনা ঐনা চোংখৎলগা কাওবদেবা!

অদু ওইবগা লব্রাই কাযবেদনা। শোনো ফোনো। নঙগী ডাক্তব চৎনবা পৈশা লৈতেকো ঐ। চেংবু ব্রানগদ্রা, অঙাংশিংসিগীবু হোৎনগদ্রা নঙগী খবচপু হুনগদ্রা!

এ, ঐদি কবিগী? ঐবু য়ু থকপ্রা? জাব শান্নব্রা?

হে, নচীন্দু থাংজৌনা যাল্লুবো? নঙঙোন্দা চংইবা ময়ামসি কয়া যামলে? নোংমগী লুপা তবানি, কুননি, হৌদোংনিনে মসে! হৌদোং! ঐনে, ঐনে, শিনীংঙবজাৎনি। নত্তে, নঙবু এম. এ, নি হাযবদাইনে? নঙ ঐ যেংনদুনা, নোকমিন্নদুনা লৈবনাদি পূক থল্লকওইনে। ওঝা ওই খঙদে, নত্রগা দুকান ফমই খঙদে...।

হুম! নঙঙোন্দগীদি ঐনা হেন্না খঙই। কোকসু যাওদবা!

নঙনা কো খো গো ঘো ঙো হায়না তম্লকপনি, ঐনা ক খ গ ঘ ঙ হায়না তম্লকপনি। ওকাব অমদি নঙনা হেল্লে। চুমই, চুমই।

এম. এ, নিকা হাযদুনা!

নঙদি কবিগী এম. এ. বুদ্‌সিদা নয়ূম পাল্লকইনো? নঙনা য়াম্না খঙবা হৈবা শাবিদুবু, 'ক' বু 'কো' হাযববদি 'কো' দা বসইকাব (ি) অমুক্তা তপ্পগা যেংউনে, য়াব্রা যেংউবা? কোক বানান অমুক্তা

তৌবকউনে।

এ ! এ ! পণ্ডিৎ ! নঙ মণ্ডায়বেহে ! তানীংদেকো নঙগী অঙাওবগী চোইবোলদো তানীংদেকো। নুপা থোক্কবা ! মানা অচুম্বগা শাগৎলদুনা ! হো, অশিংবাও ! পশিং !

ঐসু য়েংবা য়াবা য়েংঙেনা। ইশানা শূবগা হুমাংমন্না হিংজবসে মসিনা মফবে ইবেম্মা। মসিনা হেন্না নুংঙাইজববা, পেঞ্জববা। হায়বি হায়বিশিংদো পৈশা চংই। হৌদোক্লবা পৈশা। ঐনা খ্বাইদগী নুংশিজবদি নোংমগী হজিবা শূবিবা, হুমাংমলনা হিংলিবা পুন্সিদুনি। নত্তে, ঐখোয় অনী চেল্লকপা নুমিৎতুদা নঙবু কবি হায়খিগেবা? চবা হেল্লবসু হেনমিন্নসি, হিংমিন্নসি হায়খিবা নত্রো? ঐসু হোৎনদবা নত্তেদনা। নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা শূবি নোমই। 'সিদগী হেনবা কবিনো ঐনা তৌগদৌবিসিবো? তার্জানি শাবগা থাবল চোংগদবা মণ্ডায়বে।

নচীন্দু মৈহুমসিনা চূবকউবা? ফি থোংদবা ব্রাঙাং শাঙাং ! লব্রায় মচাসিদি।

নঙদি কবি শূই?

নঙনা থাক্কদবা, নতু থিদুনা নচা পোকঅবদি নঙনা থাকপা তাবা। অদুনবু ঐসু হোৎনবিদনা। ব্রাবিঙেসিদা খব অদুক খাঙমিন্নবগী ব্রানি। নোংমা- নোংমা হায়বিবসিনি নোংমা, ঐখোয়গীসু নোংমা। নোংমা ঙাইবিঙেদা নপোক্তি ভৌবেনে, কবমকান্দা লাক্লদৌবিবা নোংমনো? পৈশা পায়খৎনবকইবা ময়ামসি উদ্রো? হুকগেবা, লাকউগেবা, নখাগী অঙাংনি বোইচাসে। ঙবাং নাহলদা খোংগ্রাউ অফোৎপা অমগা মোজাফুবিৎ মবেককাবা অমগা লৈবন্দো বিল্ডিং মথোল মথোল শাখ্রেদনা। খঙহৌদে, মীনা কমদৌবিবা?

হো অদু ওইবগা মখোয়গী য়ুবোইদবা আশোমদা ওইনা তাকবো

হায়য়ু।

কবিনো? কবেমনবিব্রা নঙগীসে? কনাদনো নঙনা হায়বিদো?

হো, নোংদা নোংদা। ঐখোয়গীসিদি য়ুবনি, ইবুংঙোনা তাবীবদা কয়া নুংঙাইববোই। য়ুবোইদবা আশোমদা ওইনা তাবীকবো হায়য়ু হায়বা।

অঙাংসে নিংথম্বনসু লোইবে। মীনুংশি ইখঙ খঙদবা তৌনু। শিঙসিসু চাকত্রে। অঙাংসি ঙাইহাক্তদি লৌথোকপিয়ু কৈদৌগে, ফমুংদুদা। নখোয় লোইনা হাৎতোকঅম্মগা চৎখোবো? কপকনুকো, থাজিল্লকঅগে? নঙঙোন্দা তাইনবক্তুনা ঙসি ! চৎলু নপাদা। নঙ ঐনা হাৎপা শোয়বোইদৌবিনি।

ফমুংসিসু য়ুইযে। য়ুদবা মফমবু কদায়দনো? শাওদুননে কাংথোলসি শুমাংদা থানিকো ঙসি।

শাওদুনা য়ূমদো অমা কোক শাদোকও। অদু ওইববদি ফদৌবা। মীগী মচা মব্রা অফবা, পৈশা জোম জোম থোকপগী ব্রাবী শাবকপদা ঐদি না মেনশিন্দুনা খাঙলবনে।

কুপলিবা ঈ 'সিফাওবা শিনবা ঙমদ্রিঙৈসিদা, শানি, শানেবা, ঐদি মিবাং মপীনিনা। শাগে শাদোক্কে, চেক্লা শাববা, তিনন কুপ্পবা, শাদোক্কে। ইশা হায়ব চেক্কোলদা লৈবনি। চেক্কী কবি ব্রার্কনি। তাবো, তাবো ! ঐনা য়ূম শাদ্রিঙৈদা পবপ পবপ তাহৌবো, নুংঙাইবো, নুংঙাইবে। খবগা কন্না তাখো, ব্রাৎলি। পেল্লোকো পেল্লো ! লেনসু য়াওবকউহে। ঐখোযগীদি ফ্রিজ লৈতে। হাইড্রোজেন, নাইট্রোজেনগা ফাকবা ঙমপোৎনত্তে।

– তানীংদেকো। মকুম মথা ওইবগী তাজর্বনি। শেমগদবা নঙনা শেমদ্রবদি য়ুবা তাবা। শোনো থুংবাও ! ওইবা য়াবা ব্রাদি 'মতা ঙাংদে। কমদৌসিগে ঐবো?

হৌজিকপু ঐবু য়ূমথক কাও হায়বিবো? হৌজিকপু অমুক কাবগা শেম্মুচো হায়বিব্রাবা? নুংদাংসিদা, তাবকঅগা শিননবা। খাঙউ, অশুক কুইবা খাঙদুনা লাক্লবা নত্রো? অঙাংশিং অসিনদি নোং য়ুই হায়দে, পংখাঙ খাঙই। য়েংউ, নুংশিদ্রা য়েংউ নচাশিংসে। নঙখক্তনি নচীন্দু শুকলেপ লেপত্রিবা। নশক্ত নোং মানশিল্লকএ। তানীংদবনা। ঐসু খঙইনে নোংয়ুই হায়বা। কবিনো খঙদে। নঙগী চাক্লবু লোইদ্রিবো?

ছাতিন খল্লগনে থোংইবা চাকসে। ভাব তাও। লমশি শিদোবাও ! অদু ফবে কৈনো। ছাতিন অমখক লৈবিবদো মদুমক য়াম্না ফববনি। চাক্ত খব থুনা লোইশিল্লো হায়বগী ৱানি।

শিঙসি চাকহল্লো।

নুংশা শাহল্লো অদুদি।

অদুদি চাবো, চাবো, চাকসি চাবো। নখীবোংদু চাবো। তস !

ইমোইনু ছাতিন্দু থোক থল্লগা খুজামদুনা মৈনুংদা হ্বা। বোবী ফমুংদগী তপ্না হৌগৎলকই। চাকখুমদা চংই। মৈ হৌগৎনবা হোৎনৈ। ইমোইনু মচানুপী অতোম্বীদুগা ফমুং চংখি।

ইমোইনু ইম্ফাল নিংঙোলনি। কে-মৌনা হৌবকপী। নুংশি পম্বুং থিবকপদা, খুবক্তা ময়াম অমা লিৎথহৌবগা মমান্নবীশিংগী মমাঙদা ইকায় ইকায় ককচিং লমখাই য়ৌবকপনি মীনোক মৈশা কয়া তুংওইনজবন্নগা। মচানুপা অহল দোংকি চহী মঙা মপূং, কাচল অমদা তাশিন্দুনা চাক ঙাইবি। বোবী মমিৎ চোৎপমখৈ অবৈবা শক্তি শিজিন্নদুনা মৈ হৌগৎলি।

- কবি নুপীনো 'সিবো' অশুক য়াম্না শাওগনর্বাসবো' মানা নুপীনি, মমানি খব হনবগী ৱা শুকলৈ লৈতে হাযৱানি। দোংকি, মবুকনা শীৎলগা চৎপদো, মঙক থাঙ্গৎলগা খু খু ঙংবদো, অমোমগা লাবগা কবম্বনা শাথী খঙব্রা?

– নুপা নঙ নেৎথবক্কনিকো, মী কবেম কথাইনব্রা হায়বু, ঐগী মচিং অবাংবীদু লাক্কুনা ঙসি নঙ ! হৌবকঅগে?

– নত্তেদা, নঙঙোন্দা নত্তেদা, যূম্বীদনিদা যূম্বীদা। নঙঙোন্দনি হায়বদি ঐসু হায়খিদেকো। চুম্না শুম হায়বে ব্রানি। য়াম্না হাইগৎলক্কদৌবি ! অফবা ওইবোইকো। নঙগী শাজৎতু লোইনা লৌবকপা তাবে। থব শেমদোকউ। দুর্গাগা হায়বা, কালিগা হায়বদুবু অশুম তৌবমগদ্রা? ইমোইনু কৌই হায়দুনা লৌকবনি। খোন্দাসিদবু ! ঈশৌসিদবু কদায়দগী ! ইমোইনু ওইবমদ্রেদনা !

– ইস ! ইমোইনু ওইবমদ্রেকা হায়দুনা। নঙকশমদু থাংজৌনা ককউবো? নবেন্ম ঐ ওইবম্বগী য়ূমসে পাল্লিবনি। ঐ নৎলমদ্রবদি নাহন্না উচেক্লা লাকখ্রদৌনি। নঙ নুপী ওৎপগী জেলদা নমশিল্লগা থম্মুবো? ইস ! ইমোইনু ওইবমদ্রে কা হায়বদুনা, নখাদু ...'

– ঐদি নঙঙোন্দা কবি ওৎলবা?

– ওৎলিসিদি ! লৈকায় মীপূম খুদিংনা খঙই। ব্রাবকপিনবা য়াম্না লৈকো। নুপী ওৎপা নঙ, নঙ য়েংউ। নঙনবু লমশি শিদ্রবদি ! খঙগনিদনা নঙ অদুবুদি।

ও ! ও ! নুপীনবু হাযববদি লোইনা চুম্বা জাৎতুবা? থবক্তি লৈত্রবনিনা লৈকাযদা কোয়চৎ চৎতুনা শেবান তুবান, ব্রাথী ঙাংউবিবা ওইর্বিনিনে, ঐবু য়োল্লিবা, নত্রো?

ঐদি, ঐদি ! ঐবু কবি নুংগীনো? নঙঙোন্দা লৈবা ঙমগদবা নুপীসিবু কনানো? ঐসিবু নখোয়গী চাক থোংনবা লাকপবো? শুম হাযনা নমশিল্লগা থম্বা যাব্রো? ও ! ঐখোযগী মমাঙগী তামো বিহাবীদো, নীংশিংলকইদকো ! কৃষ্ণদাসনা হায়বা য়াজবল্লবদিকো !

– বেবা হায়বু কনানো? ও ! বিহাবদগী কৃষ্ণদাস ? নঙ খক্তা নত্তে, ঐসু য়াম্না নীংশিংলকখ্রজাৎনি।

নীংশিংঙগা লৈমীন্নহৌবো কৈনো। ঐদি চৎলনি।

চৎলোনে, ইবাইদগী পৈশা খিত্তা পুবকউ। য়াম্না থুনা শিংগে হায়য়ু। হেবা শিংদ্রসু য়াবা পোৎনি। মখোয়সু মচলনুপী অমা ব্রাবে নংঙে হায়ববদি খবসু য়েংঙকপা য়াই। নঙসি মখোয়না কয়া নুংশিদবা জাৎনিদা। অপঙবা অমা ফাবগা মসিতা য়ূম পানগ্নবদি ফগ্ননিদা খল্লমগনি।

ইপামদগী নত্রো নাহলদগী হোন হোন্দুনা চাবিবসে। নথীবোঙদো ! এম, এ, নি হাযদুনা মুক্তুনা লৈবগা নোংথক্তগী তাবকপ্রা হায়বা? কোক য়াওদবাও। ক্রেক চৎপা ! খব লৈববদি নচা অনীসি ফাওবা মখোঙ মখূৎ পেক পেক থুদেক্লগা চাথোকখি হাযবসু খঙদ্রি।

নঙনা হায়বিবসি, নঙনা লোইনা হোৎনবে, ঐদি ফমজা চাদুনা লৈবে'সিবো? ব্রাঙাং খুদিং এম, এ, ঐবু কবিমত্তা হোৎনদ্রবো? হোৎনবদুননে শেন্দোন্না খ্বাং কোয়বিবসে। নথীবোঙ ফাওবা নোংমগী চবা অনীশুনা চাবা ফংদবা নঙনা কনাদা থৈদোকইগে পৈশাবো? পৈশা তাল্লিবনি হায়দুনা হৈক্রু মনাদা যোম্মগা পুশিল্লকপা ! নঙগী সার্টিফিকেৎতো শেগাযখো, 'সিবু পুল্সিবো? শেগাযদ্রবসু ঙসাইনা মৈ থাদোকখ্রবদুনি। নোংনা পৎলে হাযদুনা চাকখুমসিদা, মৈনাক্তা ফৌবর্স্বনি। নঙনা মৈ হৌগৎর্নাখবদো। মদু উবদগীর্নি ঐনা ঈশৈ শককৎলকইদো খঙঙব্রা? খৎনবা হৌবক্কনুকো, নুপী নঙ খদাংদু তোইর্নি।

তোইবো হে তোইবো হে !

ঐঙোন্দা হৌবক্কনু। ঐ খাংগেকো ঐ খাংগে। নঙ ফাওবনা উশিৎত্রবদি ইমান ইমান্নবনদি কবম উশিৎলনি? ইমানা হেক পোকঙৈদগী 'সিগুল্বা...

– হবে ! নোক্তুম নোকচনীংই। ফাক্তুম ফাকচনগে। হুম ! উশিৎপসু

পামলিবোইবে। কমদৌনা পৈশা তানগদগেসু খঙদবা ! নঙদিনে নোংমা নোংমগী লৈখা অদুম তাবক্কনি নঙদি। লৈখুনদা চঙখিগদবা খঙলব্রা? ঐখোয় আগী মীদি য়াম্না হৈ শিংই। ঐখোয়গী তামোখোয়দি দিপার্টমেন্ট খুদিং চংল চংলগা কোয়থি থিকবিবনি। য়াম্না খেন্নব্রজাৎনি। নচাশিংসিনা চাউবক্লগা কবিনো নঙনা তৌগদৌবিসিবো, খল্লুবদা ঐদি তুবু চুংই।

মসিগী হিংচাবীসিদি ! ঙাংনবকা ঙন্নজাৎ নত্তে। নোংনা মবোল অমা, নঙনা মবোল অমা ! নোংনেনা তৌবিবসিসু তাহননীংবা কান্দদি শুক্তা হেক তাদে। তাহন্নীংদবা কান্দনা শুকলেপ হেক লেপতে। থৌওইনা ঈশিং চাইদুনা হোৎনবিবা তেজবতা পাম্বীদুগা তকং পাম্বীদুগদি শুকহৌ হেক হৌদে। হৌহন্নীংদবা নাপীনা পংশোংদ মশোংই। কালেনথাদসুনি, ঐগী কোক্তা শম খব হৌজবিবসি অসিতা তান্না তান্নদনা শাবক্কদৌবিবনি নুংশাসে। অশিৎ অব্রানথা য়ৌবকঅবদি যুমফমসি ফাওবা ফুকতৎলগা পুখিদৌবিবজাৎনি। যুহাব হাবক্লগনা চেখায়বগা পুৎথখিবা অমা। নিংথম থাদসু অদু মঙাইবে। মোন্দুম মোন্তেক মথক্তা ওম্ভোইবিবা মখোয়দদি মিৎচিনা ফাওবা য়েংবিবোই। লাইববা ঐঙোন্দনি তাবক্কদৌবিবা উনদু। মমিৎতু ঙৌশ্রোক হেক ঙৌবদনা কদায়দা লোংখ্রে হায়দুনা থিবক্কদৌবিবা। ফৎখিদ্রবা উননি। উননা ফবিবা হাযববু হঙ্গাম, কোবী, লোইবে। হাই নুপী ! চাকসি ঐ হান্না চাথোকওবা?

নথীবোংদু লৌখৎপদি হান্না লৌখৎনীংইনিনে। নঙকশমদুদা নেৎলুবো? সেন্দলসিনা নমায়দুদা শেৎচিল্লকঅদি ! মচা ফাওবা পীজনীংদেনে মসে। মথীবোংগী হান্না খল্লিনে, মী মনুনিনে মসে। হাই হাই ! ব্রজনা কৈদৌকনি ! পুখম শুনদে হায়দুনা তৌবনিদা।

নত্রগনা লাকওনে, দোংকি নখোয় হান্না চাথোকঅবো লাকও। কুমথবকওনে নুপী লাকওনে। অকোনবগী লৈহৌদনুা অমুক। হূম ! ঙসিগা হেল্লবদি ফজবনি। মসিনা ঐগীনিকো, মসিদি য়েংশিল্লুবনু। খজিক্তংসি ঐ ফংলগে।

কয়া য়ামলিবনো য়েংগে।

য়ামদেদা তু। মসিগী নুপীসিদি। নোংমা মাইবী অমনা হায়খিবদু চুমদি চুম্বজাৎনি। ঐসি ফত্তবা লাই অমনা তুংদা কোইন ইন্নদুনা লৈ হায়বিনে। শোয়দ্রে। থেংনবা তাবনি খাংবা তাবনি। মঙাক্লদুনা শিগনি খল্লবদি কনাসু তূম্নববোই। য়াহৌবকপগী খোঙ লৈবাক তাদ্রিঙৈদগী ঙাংবসিনা ঙাংবসিনা, য়ুথক নাইনা ঙাংবী মবিংগী য়েনবাবু ঙমজবী, অদুগুম্না নুপীদো মদুনি থোঙ্গালদা মখাদু কবাক খল্লগা ফুম্মু হায়বিবসি। অখুংবীনি। খবৈ খাবা শাবী হিংচাবীনি।
ইমোইনু মচা অনীদুগা চাক চাবি। বোবীনা পুখম ঙাইবি।

নোং খজিক্তংদি পাথবকএসে। এ ! লেপশ্লনিদা। ঐগা পাউ ফাওনশ্লবনি। তাববসু তাই হায়, শাববসু শাই হায়, পুবা থাংবা ঙমদ্রে 'সিনিদনা। অতিয়াদা থোকলিবা থা থব্বানমিচাকশিংসিনা ঐখোয়গী অব্বাবসি উবদা পিবাং শিল্ছবিবনিনে। এ ! নোংমা নত্রগা নোংমদি নুংঙাইবকখিদৌবিবনি। য়েন্নিং হুল্লকখিদৌবিবনি। উচেকশিংসিনা মহূম শাবিবসিবু কয়াম্মুককা য়াম্না চংলমগদবাজাৎনো? নুংঙাইজবমগনিদা ! অতিয়াদা মনিংতম্না পাইজবগা পুন্না পুন্না চাক্তামীন্নবা ! মখোয়সিবু মতৈ মনাও শাওনদুনা নোংমা ফাদোক্না খৎনবমগদ্রনে?

– চাবি থকইঙৈদা তানীংদেকো।

– হায়সু হায়বনি, ঐখোয় বোইচাসি নুংশিদ্রো? ঐবুদি কিনা হঙ্গোইনা খনজশ্লবা, মমিৎনা ফাওবা কন্না য়েংবা ঙম্বজাৎ নত্তে।

– হ্ম ! কদোমদগী মনমনো সিবো? ঙসাই অঙাং মখী চামথোকপিয়ু হায়বদু চামখিব্রা নঙবো? হা?

– চামশ্লেহে। য়োৎপাক্তুনা কদায় লৈখ্রে? ফকলাংলোমদগী চেন্থবকপসিনা লোইনা তৃঙদুনা লৈবেনেসে।

– নুংশিখিদ্রেদা ! মীনা চাবিঙৈসিদা য়োম্পাক অমুক তৌখৎলক্কনু। পেল্লেহে ! চোংঙকএ হায়বনি !

– পুখম তাওথোকপ্রবদি নুংঙাইনি নঙ !

ইমোইনু মমিৎ লাওথোক্কুনা কিৎ কিৎ নমই। মচা অনীদু লেক লেক্কুনা তোকই। বোবী অমুক চাবা হৌগৎলি। মচা অনীদু মপাদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। মদু উবদা বোবী য়োৎপা য়াদ্রবমালে। মচানুপী অতোপ্পীদুবু কৌবকই,

– হাই, ললনৈমা, নবুক থনদ্রব্রনে নঙবো? লাকও লাকও, ববাগীসিদগী খব চাববো লাকও। ইচাদি ললনা পূময়োম যোমগদৌবিবনি।

ললনৈমা ফুক হৌগৎতুনা চেনশিল্লকই। নোং য়াবিবা কৌতাদু কাংজেন্নে। পূমচোৎ চোৎলবা য়ুময়ায়দুদা পদ্রাক তিংথোক্কুনা তুই। মদু উবদা ইমোইনু তুমিন্না লৈবা ঙমদ্রে,

শিবো, শিবো, নঙমক্তা শিবো, শিদ্রিব্রনহে মীবোল থুংদবগী মচা ! শেৎ শেৎ থাজিল্লকঅদি ! উতিল মানবী !

দোংকি নোকই। ললনৈমা পেকম পেকম পুখমনাক্তা ফমথবে। বোবীনা,

– হাই, চৎলু, নখূৎতু লৈখোম ঙাক্তা ! হামদোক্লুখো চৎলু। নুপী কবি য়েংদুনা লৈবিবনো নঙবো?

ইমোইনু লেঙঙম শাঙমদনা,

– নোং য়াবগী কৌতাগী ঈশিংদু পীবকউনহে সোনো ! হৌদোং মানবা ! লাবা? লাবা?

– এ কবি লাবনো?

-- লাকঅব্রা লাকত্রিব্রো। মপামকনে মচামকনে। লোইবেহে !
মচা দোংকিদুসু ঐসু চানি হায়দুনা বোবীগী নাক্তা ফমথবৈ।

– হবে, হবে, চাবো, চাবো, ঐদা হৌগৎচম্ব্রগে। ঈশিং ওইনা থকপা হায়বদুনি। অশুক য়াম্না মবাং কায়বিবসিবু। চেক্লোনগী থবকসিনদি ওইবোইদৌবি। দোংকি, লফু চাগদবনি। লফু চাবা হকচাং য়াম্না ফৈ। পাম্বী মবি মঙাদি হৌবিদনা। লফু ময়োন অসি য়াম্না থুনা ইনখৎত্রা? অদুনি। নঙসু য়াম্না থুনা চাওনবা। ববাসু চাগে। নঙনা থুনা চাওবগা, নঙসু য়াওনা পৈশা তাল্লবদি ঐখোযগী ইমুং নুংঙাইবনি। চুমদ্রা ববানা হায়বিসে?

নচাদুসু নঙ গুম হাযনা মীনাই ওইহল্লগে হাযবিবো?

মীনাই নত্তববু কনা লৈবিগে? অচৌ অচৌবা ওফিসাবশিংসু সবকাবগী মীনাই, লৈবাক্কী মকোক ওইবিবা প্রাইম মিনিষ্টবনা অমুক প্রজাগী মীনাই। অদুদি প্রাইম মিনিষ্টবগা শুবগা চাবা ঐগা কনানা চাওই? মপু কনানা ওইবে হাযযু।

মসিদি পুবা লৈখৎলেদনা ! লাইযেংদ্রদি য়াববোই। অঙাওবাও ! হো, লৈকায লৈকায, ঐখোয়গী মী অমা ঙাওবে। লৈমীম্নবা ঙমদ্রে, হাৎকদৌবে !

ঙাওদববু কনানো? হিবম অমমমদা ঙাওনবা ঙাক্তনি। নঙসু পৈশাদা ঙাওই। ঙাওই, ঐনা থবক্তা ঙাওই।

অঙাওবা মপান থোবক্কনুকো। অঙাওবা !

য়েৎনীংখ্রবোইদকো ইমোইনু নঙসে। ব্রা অমা ফাওবা হেক হাযবা য়াদে, য়েৎকদবগীসিনা। কাম্নপোৎ নত্তেদা, দোংকি নঙ ব্রার্কসোপ য়াওগেবা? চাইল্ড লেববগী ব্রাফমসিনা অমুক ! খঙদ্রেনে। খব চাউবক্লবদি সিফাই চংহনগনি।

– শেমদোকও, শেমদোকও, নচাদু পূমশেম হেক শেমদোকও। অঙাওবাও ! শোনো থুংবা।

শেমদোকইবদি ঐ নত্তেনে নঙনিনে। অঙ্ক মশীংদা খ্বাইদগী চাওবদি

শুন্য, খঙঙব্রা? এ ! ইচাসিদি কবিসু ব্রাকনু। লৈবে কবিগুম্বা মশান্না অমদা ফজনা মায পাক্লা হেক শান্নববা ! গোল্ড লৌববা, এ ! শোয়দ্রে ষ্টেটকীবা নত্রগা সেন্ট্রেলগীবা থবক অমদি শোয়দ্রে। আস ! শান্নবা হায়বিসিসু দাইট চংইনে। অদুনিনে লুবিবসি। এ ! লৈবে। চেস শান্নবো। অদুদি দাইট চংদে। খব থুনা চাওবোনে নঙবো, নঙ থবক ফংলবনিনে ইবো ! ঐনা খল্লিবসে নোংমা নত্রগা নোংমা নুংঙাইবক্লবগী লম্বী য়াৎলিবনিনে। থেঙ্গুগী লমজেলনিনে।

মমান মমান্নবগী মীবক তিনবা ঙম্নবা মতিক চাবা মী ওইনবা পাউতাক পীগেদি খন্দ্রদুনা শেবান তুবান, মোন্দ্রং হেক শান্নবদুনা। মমান মমান্নবগী মীবক তিনবদু ঙম্নবনিনে হায়বিসে !

শেম্বা ঙমলোইদবা লৈববদি কবিগী নচা পোকইনো? নচা পোক্কনি হাযবদি খঙইনে, অঙাওবা ওইববসু হা?

- ঐনা পোকপবা নঙনা পোকপবা হা?

ঙাইহাক লৈবগা মমিৎ ফাল্লকই, নোং নুংশিৎ অকনবা লাকই। যূমদু হুমদোকখি। বোবী কুন্দুনা খাঙই, মচাশিংদু শোক্তনবা কোনশিনবী। বোবীনা,

– এ ! এ ! এ! হাযবিঙৈদা ! আস ! শিবমনিদা !

## (২)

থৌজাল হৈবা বোইচানি। ইমুংগী অৱাৎ অপা মাতনা য়েংশিনবীবনি। অমা তৌবে বোইচা, অমা তৌবে বোইচা। ইমোইনুগী থেংউফমনি। ইমোইনুনদি বোইচাবু নুংশিনা সান্তা কৌজে। মবমদি খঙদে। বোইচাগী মথোল অনীগী যূমনি। মথক্তুনা মাগী কা, মখাদনা ময়াম্বা কোন্দুমগা মতৈমা নুংশিবৈগা অনীগীনি। মমাঙথংবা শঙ্গোয়দু থাজিল্লি। নোং নুংশিৎনা হুমদোক্তুনা তেকথ্রবা য়ূমদু শের্মজিনবা ঙমদ্রি বোবী। উপাই লৈতে, শঙ্গোয়সিদা লৈবা তাই, মতম খবগী ওইববসু। য়ূম অমা শাদ্রিবা ফাওবদি।

ইমোইনু চাক থোংলি। লনলৈমা তূমলি। দোংকিদি ঈশিংপা, থবোইখুনবা চংখি মমান্নবা অমগা। বোবীনা চেক্কোন্দা। বোইচা চংলক্তুনা

ফমলৈ ইমোইনুগী নাক্তা,

– ইতৈমা, কবিগীনো ঙবাং নুমিদাং ঐনা খূৎ খৎলগা নঙক হাইবকইদে?

– শুবজিৎ, ইহে ! সান্তা, অদুবুবো, নঙগী তামো তূমদ্রিবা।

– য়েন থোংই, চাসি লাকউ হায়বগা। ফন কুইনা ঙাইবনি।

– ঐনা হেন্না লাকনীংইবনি খঙঙব্রা?

– অদুগা কবিগী লাকত্রিবা, নখোয়গী গধা শোনো থুংবদু তূমখ্রগা কোক লাকউ য়াদ্রো? য়াম্না য়েংকদবা ওইবগনা হাৎতোকখ্রসি হায়ব্রা?

– হৈ, তানিহৈ ! ঐখোয অবেমসে মচীন য়াম্না য়াংবনি। মপা নীংজখ্রবা।

বোইচানা শোম্থাংননা,

– লোইশনখ্রসি হাযব্রো?

– ফাববদি?

– কৈদৌবগী ফাদৌবিবা? যাম্না লায়খ্রজাৎনি।

– নপাম চৎলো হায়বকঅদি ফখ্রনিদা হাযদুননে ঐসু ফন কন্না ইশৌ লাংবনি। কবি নুপানো খঙদে শুংশাও শাওদে।

– আস ! কান্নদেনে লোইশনখ্রসিনে।

– ফাববদি লোইবেদকো।

– এ ! জে, এ, সি, খব শেম, ধাবনা খব ফম অদুম তোকখ্রদৌনি।

– ইমা ! ঐদি পাখৎলি ! সান্তা ! নঙনা ঙাংইবদু কৈনো?

– গধা অসিনা লৌবদগী ইতৈমা হায়দুনা শুম কৌবীবৈ ব্রানি। নঙদি...। নত্রগনা চৎখ্রসিদনা।

– ঙাইঙমদবা তৌবনো। কনা'মতগী নত্তে, নঙগীনে। অদু সনাদি মবিক অমত্তং যাওদ্রবদি, শাবীয়ুকো। নঙগীনি হাযবদা মীগী

মমাংদা...।

- ঐ নখোয়গী অমাসি উব উবগা খোইদৌ শাওনীংঙকস্ত্রনিদা। অদুগীদি কবিমতা খল্লুনুনে, মপাক মপাক শাদৌবিবনি।

– অনীসিগী খল্লুবদা ঐ...। শুবজিৎ হায়বসে, মিৎয়েং নাযেং য়াম্না চুমদে। ঐ য়াম্না হৈনদে। অদো, ঐনা হায়বদো ! মাগী...

- আস ! অদুদি কবিসু নত্তেনে ! ঐনা নাইলদগী হোৎনবিবশিংসে, অবেম্বা নত্তে।

– অদু ঐনবু কবি হায়বগে? ঐসু খঙই কৈদৌবগে। ঙবাং নুমিদাংসু তূম্বা শুংয়া য়াদে। নঙদি ঐগী সান্তানে। নঙতবু নীংশিংদুনা লৈ।

- অওইববনে?

– অওইবনে। ইশাসে আস, -- অদো নাহলগীদো।

– অদুননে ঐনা চৎলসি হায়বিবসে।

- কৈনো নঙনা তৌবিসিবো, সে, সে, চাক থোংই হায়বনি। আস, থুমসু লৈবমদ্রেনে।

– লাকও, ঐখোযগীদগী লৌকসি লাকও।

অনীদু তুংথা মাঙথা চংমিন্নখি বোইচাগী কাদা।

# (৩)

হপ্তা অমগী মতুংদনি। বোবী মমায মমিৎ ইমক মর্কশিল্লি। মকোক মরু ইফা ফাই। অমবোমদা অমুক, অমবোমদা অমুক কোয়চেন চেন্দুনা হংবা য়াবা হংলে। ফংদ্রে, খঙদে লাক্তে থেংনদে। উপাই লৈত ফমথৈ খাজিল্লিবা শঙ্গোযগী থোঙ মনাক্তা। খঙহৌদে কোন্দুম চৈখোক অমা পায়বগা চেন্থোবকই। বোবী তম্না ফুথবকই। নুংশিবৈসু চেন্থোক্লুনা খূদোম্বীদুনা বোবীগী মমিৎতা চক। মনুংদা লৈবম্বা পোৎচৈ মখৈ লোইনা শুমাংদা পূমচাই। ফক্লাংদু মথং মথং শিদোবকই,

– গধা ! লৈবিবনু, লৈবিবনু ঐখোযগীসিদা। নখোযসে নুংশিরুবা য়াবা নত্তে। ইমায়সে থম্ফম লৈত্রে, চৎপিখ্রো চৎলো। নতু রাবকপসু ঙমদবা। শুম্মগা পুথ্রেদনা নতুদুনা ইনাওনুপাদো। চৎলো

নঙসু চৎলো, কদায়দনো লৈনীংবা মফমদা লৈক চৎলু। নতু থিগনি হায়বদি খঙবা, নচা পোকথোক্কনি হায়বদি খঙবা। পংত্রা পংদ, শিংত্রা শিংদ এম, এ, বুদু।

বোবী মথন্ত ব্রাবৌজবকই। উপাই লৈমন্দদুনা মতম খবদং শাইদাংলুবদগী মীবক মীচনথী ওইদুনা কয়াদা মীগী খদাং মখা থাববনো। খল্লি মথন্ত "ব্রাখল থেল্লিদা ইমোইনু নঙসে।" তপ্না তপ্না থাংদোবকই মখোঙদু। ব্রাখল থোক্তে, কবিমতবুসু নীংশিংলুদে। লোয়নখিবা হায়ববু খূবাক ময়িদুখক্তনি।

## (৪)

আশামীজ লোনদনি শান্নবিবা ৱাবীদু। হিন্দীসু মবক মবক্তা থেৎলি। পি'সিবু মতৃম মতৃম, মতৃম ওইনা তাববা নত্রগা শুম চেম্থৱা? (নোকই) হুম ! নিংথমথাদদি মতৃম মতৃম তাবমগনি। অদুগা কালেনথাদনা শুম চেম্থবমগনি। আস ঐখোযগী নুপাগী শ্বব মনমদো নমথীবনি। ঐনা চা পীবা মনাক্তা চঙবদা ঐদি থুক থুক লাওই। মযা শেংঙমগদবা মান্দে। অপসাবা হোতেলদা ঐনা জগোয় শাবদা লুপা কয়ানো ঐনা ফংখিবসে, বকশিস, ঐগী শাবি অমা লৈবীনি হাযখিবনিনে। চাকসু লাম্মে, টিটি সাহেবনা বোতল য়াম্না পীনি দবা অমনবদুদা লাকউ হায়বনিনে। তনদি তনখ্রেদা। জগোয়বু শাগদ্রা বোতলবু খোমগদ্রা খঙদ্রেনে। থবকসিনা

চিনখিবসিনা। খোইহীসিবু মখোঙদগী শুংববা? মচিন্দগী শুংববা নত্রগা মনিংদগী থোক্লকইজাৎলা? চৎলগে। কাকশিংসিনি ঐনা য়াম্না ফুনীংইবসি। তল মচেৎ লোইনা চাথোকখিবা। অমিব ভৈয়া, নঙ তল পীজগেবা? ঐনদি নঙঙোন্দা পিজদ্রা?
ঙাইহাক্তা তুমিন্না লৈয়ুবা দুর্গা, নঙসি ঙাংগ্রেহে, মবী মখোঙ শম্নদবা ঙাক্তা। হৌজিক্তা চাগ্রিবদুদি অমুক লাম্মব্রো?
অমিব ভৈয়া, ঐসি ফজদ্রা য়েংউনে, অমিতা কুলকর্নি মান্দ্রা? ঐখোযগী বাপুজিনা লুপা লির্শিং কুন পিগ্রিবনি প্রকাসতা অদুগা মানা ঐবু হাৎকে তৌবিবনি। ঐ য়াম্না কি। মঙ্গলশুত্রসু মানা থদৎগ্রবনি। পুবানা হবেলিদো অঙাং ওইবিঙৈদা নোংমা চংঙুই। অঙ্গুবদো হাওই মতৃম মতৃম। ভুৎনা থাবনি হায়। হুম, কান্নদে জগোয়দুম শাদোক্কে। ঐনা জগোয শাবদা নখোয়গী মণিপুবগী ঈশৈ লীলাগী নুপী শাবীদো, লুপা চামা পিবম্বগী ব্রানিদা হা ! হা ! (নোকই) অদুমদি কাওদেকো, কাওদে ! বৃন্দাবন্দসিবু লাইবৈবাক স্বর্গবা নত্রগা অশিবশিংগী তিল্লুফম মংফমলা? খঙদেদা খঙদেদা, এ, আই, আব, নি হাযবগা এবোপ্লেন ওইবম্বগুম্বা নখোযনা তৌর্বিসি। কল্লকচদেকো। মেক্রকসিবু কবিনো? চিনি অঙাংববা? উচান মবেকলো? উথক্তা হৈনৌ পানবগুম পানবজাৎনিদা, অশুম কেনখিবা অশুম কেনখিবা। অদুদগী লম্মৈ থানবী ওনখিবগী ব্রানিদা। ঐ ফাকগে লম্মৈ থানবীদু।
চৎখিনুকো। কোইচৎ চৎখিনুকো নঙ। নাহলসু কোয়থি থিবদা শন্দে মার্কেট য়ৌই। শো লোনশিল্লম্বনা ফবনি।
ঐসু লাক্কনি। ঐসে নঙগী নুপীনে। নঙনা ঐবু হিক যাম্না লৈ হায়বদাই ! লৈশু লৈতনা। ঐ জগোয় শাবীগে?
– নঙ লাকপা য়াবোই। নঙ শেন্নবিঙৈদা থবক শিৎলি। পোৎ-চৈ

চাইখাইবমগনুকো।

বোবী শো লোনশিন্দুনা চৎখি। দুর্গা থোংনাওদা য়েংদুনা,

অমিব ভৈয়া, ভগবান য়েংদুনা ঐবুসু পুবিয়ুবা। ঐ য়াম্না কিয়ে। প্রকাসতু পুবা চালুগী মীনিকো মাগী মখোঙদো তেক্তবনে, তৌশিন্নবনে।

দুর্গা লাউদুনা লৈহৌই, ব্রাচেৎনা খাবা, দমবুব মচেৎ, পোলিথিন মচেৎনা খম্থবিবা গুব্রাহাতি ষ্টেসন নাকন্দা শাবিবা খাংপোকশঙদুগী মনুংদা। বোবী হন্না য়েংলমদনা চৎখি প্লেটফোর্ম তম্না। ফুবিৎ অঙাংবদুগা কোকশেৎতুগা, মপা মপু হাক্তক্তগী কুলী ওইদুনা লাক্লবা মমান্নবশিং অদুদগীদি মানবু হেন্না মানব্রে।

দুর্গা ষ্টেসন নাকলদা নপ্তুনা লৈবিবা শ্লম মযামশিংদুগী মনুংদা অমনি। চহী তবানিপান। কুনদি শুবমখিবোই। মখোয়সি চাকনিবদা খান্দানীনি হাযবা তাই। ঈশৈ শক্তুনা জগোয় শাদুনা পৈশা তানবা কাংবুনি। মপানা মহাকপু প্রকাস কৌবা ট্রেনগী পোৎ যোনবা নুপা অমদা লুহোংবিবকপনি। মচা যাওদে। নোংমা প্রকাসনা যাম্না থীনা ফুবিখি। কেবোসিন হৈদুনা মৈ থাখি। থংননা লৈমিন্নবিবা ময়াম চেনশিন্দুনা কনবদগী খূদাংদা মৈনা চার্কখিবগী দাকফম অমা নত্তনা থোইদোকপা শোকহৌদ্রে। অদুবু ব্রাখলদি চোইবে। শাথীনা ফুবিখিবদুদগী থুক্কৎখিবনা ওইবম্বা যাই। মহাক্কী মপুবোইবা প্রকাসসু হল্লকখিদ্রে। নোংমা ট্রেন মনুংদা পোৎ য়োনবা হবি নবায়ন কৌবা নুপা অমনা গাজিঅবাত্তা চা যোল্লম্বা থেংনৈ হায়। কদায়দা লৈবনো হংবদা দেল্লীদা লৈ হায়দুনা খুল্লমই হাযদুনা বোবীদা তমখিবনি। দুগগী মপাদি লৈখিদবা কুইখিদ্রি।

প্লেতফোর্ম নম্বব ফাইবতগী কোলকতাগী ট্রেন অমা থাখিবগা বোবী দেল্লীদগী গুব্রাহাতিদা থুংলগদবা ট্রেন অমা ঙাইবি, প্লেতফোর্ম নম্বব আইটতা। ট্রেন মখোল তাবকলে। থুংলবে। কুলী ময়ামদু য়ৌ য়োমশিল্লি।

থোঙদা নপ্পসু যাওবি। বোবীদি তুমিন লেপ্তুনা লৈ। ট্রেনদু লেপ্পগা থোঙনাউ মপাগী নুপাদুনা কৌবকই,

কুলী,

সাব।

ষ্টেসন মপাল ফাওবদা পুথোকসি।

ফগনি পুথোকচগে।

বোবী দবাদুদা কাখৎলি মথক্তগী বেগ অচৌবদু মকোক্তা থোনগৎলি।

কদায় যৌবিগদবনো সাব?

ইম্ফাল।

ও ! অদুদি শোমদা, কাউন্তব বোমদা চৎলসি। যানি, অদুমসু ঐ পুজগে।

যাবে। অদুতমক পুবো। কাউন্তবদা নত্তে। হোতেলদা। টেক্সি ফাগদবনি। ঙসাইনা ট্রেন মনুংদা বসকী মীনা হংলববনি। ঐদি নোংমা লৈখিনি।

বোবী কুমথলকই, নুপাদুনা তুং ইন্নবকই। খঙহৌদনা বোবী তুশনগে ভৌই। নপা অমনা থেংগাইবমদুনা চেনখি।

এ ! এ ! পোৎ লাকখ্রে ! পোৎ লাকখ্রে ! ফাও, ফাও তান্নৌ। শোযবে শোযরে।

কংদগী লাউরবকপনি নুপাদনা। বোবীগা মবেংবান্দা নোমদুনা হাযবকই,

চে চাং অকুবা যাওখ্রে

হাযবিংগে তাঙ্গাদুদা নুপাদু নাকলদা থমলিবা যুবী ককপগী থাঙ মতোলদুদা উপথুলনা তুশনগে ভৌই। বোবীনা খুদং পাযদুনা খংচিং চিংই। মহাক বোবীবু যেংদুনা শূব থবেৎ থবেৎ হোল্লি। অমকস হাযবকই,

– চে চাং অকুবা যাওখ্রে।

বোবী নুপাদুগী মতৌদু যেংবা নুংঙাইদে খোংনৈ থুনা তান্নে। অশুম

কাখৎখ্রগা পুলিস বুথ লোমদা চেনখিদুনা ওইবোমদা থেকচিল্লগা শ্লমগী য়ুম খব ফাওদোক্লুনা চেনখ্রগা ফাওদোক ফাওজিন য়াদ্রবা সব- ব্রে অমদা চেনশিনখি। ঙাইহাক লৈবগা কা অমদগী বৃফকেস অমা পায়দুনা থোবকই। মতুংদা নুপা অমা তান্নদুনা হায়বকই,

অমিব, পহাবী মচা, অঙাওবা শেন্নবাও ! নঙ গুরুদা হাযদোক্লে খঙনি। তেবি পেন... !

সঞ্জয় হায়বা গধা ! হুবানববু অদুম্মা হুবানব্রো?

নঙ ঐঙোন্দা খৃৎ থাববা নত্রা? যেংউ নঙ খঙগনি।

নঙনি গুরুদা তাকথোক্লগা ফুহনগদৌবিবদি।

নঙনা হুবিবসিদি পৈশা নত্তে গধা ! ঐগী মায়সু ঙাক্তবা অপঙসিদি।

চেনখ্রো চৎলু।

নুপাদু পেকম পেকম তৌদুনা অদুম লৈহৌবে। বোবী পবপ পবপ লাক্লুনা বৃফকেসতু পীববে। নুপাদু ঙমখৈ লৈতনা হবাওজবে।

থাগৎচবি য়াম্মা থাগৎচবি। থেঙ্ক গোড। কদায? পুলিসতা পীগদবনি।

তপথৰীখো সাব। ফাবদি ঙমহৌদ্রে, নাম্বোক্লুনা চেনখ্রে।

কবিগীনো ঐনা মখাদা লাকলিবসিবো? মসি পুম্নমক মাগী মীনাই মচা অজয হাযবদুনা থোকহল্লিবা ঙাক্তনি। মসি থোকনি হাযদুনা ঐনা ...। চাওখৎতবশিংসিদে। মসি মতুংন্দা কবিসু কান্নবোই।

কবি ওইববনো সাব? আ ! শুম খঙজনীংদুনা হংজবনিদা !

মসি ঐনা চহী তবা চঙনা থিজিন হুমজিন্দুনা ফংলকপা, জপানগী, অষ্ট্রেলিয়াগী, অমেরিকাগী, অফ্রিকাগী, শমুদ্র মনুংগী মেডিসিনেল প্লান্ট ময়াম অমগী মবমদা ইবা চে চাং ঙাক্তনি নঙদি পৃকচেল চাওই, অফবা মীনি। মিং কবি কৌই।

– অমিব।

অমিতা কুণ্ডকর্নী

– বোবোবা? নাগাবা?

– নত্তে, মণিপুরীনি।

– ঐসু ইম্ফাল চৎলিবনিনে। মেডিকেল কনফরেন্স অমা য়াওবা। হৌঙ্গা অমা লৈকগদৌবিবনি। চৎসি চৎলো। নঙসু তেক্সি ফাবগা হোতেল ফাওবা চৎমিন্নকবসিদনা? নঙগী অৱামল মতিক চানা পীগনি।

– য়াইদা সাব।

মখোয অনী ষ্টেসনগী মপাল থোবক্তুনা তেক্সি অমা ফাবে। 'পেশেঞ্জর্স হোম' হায়না থাবিবা মণিপুরী হোতেল, চাবসু তূম্বসু পুনবা অদুদা চংলক্তুনা অহাঙবা কা অমা লৌবে। টেবল মথক্তা বৃফকেসতু থম্লদুনা নুপাদুনা হাযবকই,

– থম্মো, ফমুং মথক্তুদা।

– ফগনি সাব।

কয়া পীয়ুগে? নঙনা ইতেংসু পাংবীবে।

– ঐগী অৱামলদুতমক পীবিয়ু।

- উম ! পীগনি।

নুপাদু থৌৱা ইশা শাদে। ফি হোংদোকই। মতৌদুদা বোবীনা,

- ঐ চৎচবগে।

- নঙগী মতম ঐনা মাংহল্লোইনে। ঐ ইকুজকখিগে। লৈবম্মু। থুবক্কনি।

নুপাদু বাথরুমলোমদা চংখ্রে। ফমুং মথক্তগী বেগতু ইহাং হাংদোকই। খুদাং ঘড়িসু টেবল মথক্তা লৈবি। মোবাইল অমসু। লুপা চামা চৎপীগী নোট মপুল অমসু কলম্না নন্দুনা থনমলি। ফন কুইখ্রে, নুপাদু শুংথোক থোবকত্রে। বোবী মথন্ত খল্লি, কবি নুপানো'সিবো ঐবু মতম মাংহনবীবে। ঙর্সিসি দাও ওন্থোক্লা যাদ্রবা হায়বদুনি। মীদি ময়াম অমা ফংনবন্ননি। কয়াদা চেকশিনখিদ্রবা মীনো? মপোৎ মচৈসে ইলায লায়না চাইখাইবগা থনমই।

য়েংউ পৈশাগাসিসু, 'সিবু ঐ ওইবম্বগী ফবিবা নত্রা? পঙববা নত্রগা মীবোল থুংদববা অমদি তৌবম্বা তাই। ঐবু পুদুনা চেনখ্রসিবনে? হুম ! মদু য়াদে। ঐ হুবানবা নত্তে।

নুপাদু তাৱেলনা মশম তৈথোক্লদুনা থোবক্লগা,

এ ! নঙ চৎত্রিবোইবে?

- চৎচবগে সাব।

- ফবে চৎলো।

- ঐগী অৱামল...

পীদ্রিব্রা? ইহে, ঐদি কাওবেদনা। কযানো?

লুপা য়াখ্খেদং পীবিয়ু।

অদুনা য়াবব্রা?

- যাজবে সাব।

অমিব, মণিপুবদগী, নচিল ননাওদি কয়ানো?

ইথন্তনি।

য়ুম পাল্লবা নত্রা? নচাদি কযানো?

- তাইবঙ পার্লাসিদা ঐগীনি হাযবা কনাসু লৈতে। ঐগী হায়ববু ট্রেন ষ্টেসন অসি মঙাইবে। নুপী অঙাং লৈবম্মী, মখোয় পুম্নমক ঐবু থাদোক্লুনা চৎখ্রে।

নঙ নচিল থী। মীনম্বা ঙাংগনু।

অশেংবনি সাব, ঐদি ওইদবা ঙাংদে।

- সে, সে, লুপা চার্নিসি পুবো। যাবেদনা ?

- য়াম্মনখ্রে সাব...।

য়াবে য়াবে, ঐনা পীববনি। ঙাইখো, হুবেল নুমিদাং ঐগী কাদা লাকউ।

- লাকচববোই সাব।

– কবিগীনো?

– নুপী অমা..., থবক অমা লৈববা।

-- নঙবু নুপী অঙাং লৈতে হায়বদাইনে? নুপী হায়বু কনানো?

– মহাক ঐগী নুপী নত্তে, সাব। নুপীনি, মবাইবক থীজববী।

-- কনা?

– দুর্গা, মহাক পূকচেল চাওবী নুপী অমনি। ঐগা লৈমীন্নজবনি। ট্রেন মনুংগী জগোয় শাবীনি।

– ও!

- ঐনা ইহান হান্না ষ্টেসনসিদা লাকপা মতমদা ঐ তৌফম খঙখিদে। য়াম্না নুংশিবা ব্রাবীনিদা সাব।

– হাযয়ুনে তম্মুনে, লীযুনে তাসি।

– ঐ চবা হেন্দুনা খাঙখি। মহাক্না ঐবু উবদা তল মপাক অনী পীবমখি। ঙসিদি মহাক ব্রাখল চোইবে। কনানসু মাবু থওইবিদ্রে।

- কমদৌনা ব্রাখল চোইখ্রিবা? ফম্মুনে, ফম্মুনে। মপুবোইবনা ফুবদগী। কেবোসিন হৈজিন্দুনা মৈ থাবদগী ওইখিবনি।

- নঙদি মাবু কবিগী শেন্নবিবা? নঙগী নুপীসু নত্তে।

- চুমই মহাক আশামী নিংঙোলনি। ষ্টেসনগী খাংপোকশঙদা মযুম ওইবী। ঐগী ইতেং পাংখিবী পূকচেল চাওবী নুপীনি। লৈমীন্নবিবা মযাম্না ঐবু অঙাওবী শেন্নবা হায়দুনা নোক্নবীববসু ঐ মাবু থদোকপদি ঙমদ্রে। অঙাওবী ওইনা লেনখিগদবা পুক্সিদু, ঐ মাবু যাম্না পাম্মুজে। মহাকসু ঐ নত্তনা মাগী কনাসু লৈতে। ঐসু ভাইবঙপালসিদা ইথন্তনি। অব্রাবা কয়া থেংনবক্লবা।

– ফম্মুনে, নঙগী ব্রাবীসি য়াম্না নুংঙাইবি। নঙদি কমদৌনা মফমসিদা যৌবকলিবা?

- ইম্ফালদা বিক্লো থৌবম্বদগী তোকথোক্লুনা, কোহিমাদা থা অনী

চাক হোতেল অমদা য়াওবমই। নোংমগী চাক অনী নত্তনা পৈশা লেল্লা ঙল্লক্তবদগী ওকিং হোস্পিতাল (দাউন তাউন ক্লিনিক) তা ঈ বতল অনী য়োম্থোক্লল্লগা শুব্রাহাতি য়ৌবকখিবনি।

– কোহিমাদি নুংঙাইব্রা?

– ঈশিং ব্রায়। নোং তাবকপা ঙাই। লেত্রিন শো লোনশিন্দুনা থমনৈ।

– মী ফব্রনে?

– তিন্নখ্রবদি মখোয়সু অদুম ফৈ, নুংঙাই।

– মবৌচাওবা ওইদবা নমথাক তৌবা, হুবান চিশ্বী তৌবা কয়া লৈতব্রা?

– লৈবন্না যাই। অদুদি মফম খুদিংগীনিদা সাব। 'সিদসু অদুম লৈবিবসিমঙাই।

– হান্নদি কবি থবক তৌবন্মী।?

চেক শাবন্মী।

লাইবিক্তি তমহৌদ্রবা?

– এম, এ, ফাওবদি তমজবকই।

এ ! এম, এ, না কবিগী চেক শাবিবা ? কবিগী কুলী ওইবিবা?

- হিংন্নবগী লশ্বী অমত্তসু পীবা ঙমদবা সার্টিফিকেৎতুনা কৈদৌননি? চকনা হেন্না তাঙই। যেংবা য়াবা কয়ামসু য়েংলুবে, হোৎনবা য়াবা কযামসু হোৎনকবে। প্রফেসনল এজুকেইশন হায়গদ্রা টেক্লিকেল ইডুকেসন হায়গদ্রা অদুদি তমহৌদ্রবনিনা, জেনেবেল লাইনদা শুম ... সার্টিফিকেৎতুদি লৈবিব্রা?

লৈবন্মী ইনাক্তা মতম অমদা, ঐগী থব্রানমীচাক্কী য়ুমদুদা। ঙসিদি লৈত্রে। মতম অমগী বোবীসু শিখ্রে।

– হাযবদি কনা?

- ঐগী মিং বোবী কৌই। অমিবদি ঐনা থোঞ্জবা মিংনি।

উম ! নঙগী নুপী অঙাংনা নঙবু কমদৌনা থাদোক্লুনা চৎখ্রিবনো?
নঙনা কবি লাল্লুবগীনো? নুপা অমা ওইবগী, মপা অমা ওইবগী তৌফম থোকপা থৌদাং, মদু নঙ পাঙথোকপা ঙমদে নত্রা? নত্রগনা, শান্নপোৎকুম্না খল্লি নত্রা? রাইফ হাযবদি রান্দবফুল ইন্সট্রুমেন্ট ফোব ইনজোয়মেন্ট হায়বদুনি অসিবা? নত্রগনা চাদা নাওদা ফংনবগী ইচম চম্বা মেছিন অমদগী হেন্না কবিসু উবা ঙমদে নত্রা? কৈথেলকাবী শান্নবগী রানিনে?

- ঐনা নোংঙানবদগী নুমিৎতাবা ফাওবা শুদুনা নোমদুনা তাঞ্জবা পৈশা, মদুদা পেন্দ্রবা অদুনা অতোপ্পা নুংঙাই য়াইফবা নুপা অমদা ময়ূম পানখিবনি।

- এ ! বাম বাম ! অরাবা কোঙ্গায় খাঙমিন্নদুনা হিংমিন্নবগী মহুৎতা ! মীনম্বনি ধোকানি। উম ! ঐ নঙবু থাজে। ইমুং অমা হায়বসে অপিকপা রালর্ড অমনি। যুহাব মচা অমা হাবদা থক থক নিকইবা পৃথিসিবু ময়ায়দা সেগাক কায়ববদি মীওইবা সভ্যাতাদি কমদৌনি ! ঙাইখো, নঙ ফোর্স কুম্বদি পামদ্রো?

পামই। মঙ মঙজবমই। অদুবু...। ফোর্সসি ঐগা কয়া চান্নদ্রমালে হায়দুনা। ফবে, চৎচবগে সাব।

যেংউ, ঐগী ইমিং ভিনোদকুমাব কুলকর্নি কৌই। মসি ঐগী কার্ডনি। ঐ নঙগী নতেং পাংগে। নঙনা পান্নবদি ঐগী নাক্তা লাকউ।

ডা, ভি, কে, কুলকর্নি, মেনেজিং দাইবেক্তব, কুলকর্নি মিবাকলস হোস্পিতাল বিজয় নাগব, জিবন মার্গ বি/৪২১ ন্যু দেল্লী। টেলি: নং: ০০১৪৮২৭৫৩৫।

- উম ! মানি।

- সাব, সাবনা থৌজানবীববদি অদোম্না হয়েং ইস্ফালদগী হল্লকপদা...।

– অদুদদি ঐদি নঙগা থেংনববোই। ঐদি মথক্তা চৎখ্রগনি। নখোয়গী ট্রেনগী লম্বীসে ঐদি কয়া...।

কুলকর্নি মথন্ত খল্লি, মহাক্কা থেংনৌ হায়বগী ওইবমালে ঐনা ঙসি মখাদা লাকলিবসি। বোবী মখা তাবকই,

– অদুদি চৎচকখিগে।

– হোয, য়ৌবো।

বোবী কার্দ অদু চেকশিন্না হাপচিন্দুনা থোবকলে। ষ্টেসন মনুং য়ৌদুনা পোৎ চৈ হোনবগী থবক য়েংলকলে। তাঞ্জাদুদা ঘড়ী, ইলেকট্রোনিক্সকী পোৎচৈ, বৃফকেস চেননচিংবা যোনবা নুপা অমনা কৌদুনা হাযবকই,

হাই অমিব, অমিব ভাই ঙাইখো।

- কৈদৌবে ভোলা?

কয়াম ফংঙে?

ফংদ্রিদা।

সঞ্জযনা হার্যবিবসি অচুম্ববা?

মানি। ঐগী মাযসু য়েংদনা। ঐ যাওবিগৈদা।

পৈশা ওইবন্নবদি?

নত্তে, ঐ উবকঅবনি। চে চাং ঙাক্তনি। মা মঙায়বে হৈবিবসি, পৈশা যাওবা পোৎতি মশক খঙসু খঙদনা। মাবু ট্রেনিং লোইবে হাযবদাইনে? হুবানবা হায়বসে য়াম্না চিংলেম্না...। কুলী ওইবিবা ময়ার্মসিগী মবক্তা পুলিস ওফিসাব কয়া অমসু যাওবন্না যাই। মহাক খঙদ্রমালেনে। মাখক্তনি মাংজগদবা।

- গুরু উনক চৎলু। মী থাবক্তনা নঙবু থিবম্লনি। যাম্না থুনা লাকউ হায়বকপনি। অদুগা ঙাইখোনে, কৈদৌবগীনো নঙনা অঙাওবী অসিবু শুম ফাজিল্লগা থর্মলিবা? ঙসাইদগী কপ্পগা লাউবগা, যৃম থংননা লৈবা ঐদি লোইবে। নাকোং মেনশিন্দুনা খাঙলবনি।

হৌজিকসু তু... তু... হায়দুনা ট্রেন খোংলগা লৈহৌবনি। থাদোকখো কবি কান্নকগবনো? নঙসি পঙবদি হাইফেৎ পঙবজাৎনি। নঙনা তাঞ্জবিবা পৈশাদু অবেম্বনি। থাদোকখো চৎনীংবা মফমদা চৎকে চৎচখিসনু। শিগেসু শিজখিসনু। প্রকাসনা ফাওবা হাৎকনি, হিংনা থমলোই হায়বিদুনি। অদু নত্রগা পৈশা ফংগদবা অমদি লৈ।

ভোলানা বোবীগী নাকোংদা চিবোল তৌই। বোবীনা শাওনা,

- ভোলা, তানীংদে। মদুবু পান্নবদি নাহলনা তৌবা য়াই। মহাক অফবা নুপীনি। ব্রাখলদু ফন খনবা খব তম্মু। খাননদি হাযদ্রো, অমিব নঙসি ফবিসতানি। হবাওকবগী ব্রা নত্তে। ব্রাখললোন্দুবু হায়বা। ফবে ঐ গুরু উনকখিগে।

বোবী চৎখিদুনা ষ্টেসন নাকলদা লৈবিবা বিল্ডিং অনীগী কাবক অমদা চঙশিনখি। মথোল মবিগী কফ মথক্তগী মকোইখাকপা, মশম শাংবা নুপা অমা মখ্বাং মেৎতুনা মাবু যেংলি।

(৫)

নুমিদাংগী পুং ৮ মুক তাবল্লগনি। নিল খোংলবা ষ্টেসনগী মীয়াম মবক অদুদগী বোথী চোকথববা মখোঙদু থাংদোবক্লে য়ুম মাইকৈ তম্লা। খঙহৌদনা তুংদগী নুপী অমা তান্নবক্কুনা,

– কবিগুরুম্বা'মতা হংজগেবা?

নাগামীজদা হংলকপনি। খঙবা ঙমই। নুপীদু নাগামীজনি। বোথীনা,

– কবি...

– নাগা নত্রো?

– নত্তে মণিপুরীনি।

– এ!

– কদায় চৎকদবনো?

যুমদা চৎকদবনি অদুদা ঐগী, ঐগী ইবুং অমা মুম্বাইদগী থুংলগদবা, অদুগা পুন্না চৎমীন্নগদবা। পূং কযাদকা থুংলগদগে? মুম্বাইগী ট্রেন? পূং তবা ফাওবদদি থুংলগদ্রা? অদুমাইনা খল্লি।

খব থেঙঙদ্রো?

হোয।

অদোম্বু মণিপুরীবনে? থাজদেদা। মীনম্বা ঙাংবীনুদা।

অশেংবনিনে।

অশেংবা! 'সিদা থবক তৌদুনা লৈবীবা?

হোয।

দ্রেস অঙাংবসি যাম পকনৈ কো। ঐগীসু অমতং লৈখিবা তাবে। বোবা মথন্ত খল্লি, মাবু অদুম্না নোক্লবীবদি ফত্তেদা। কুলী ওইবিবা, শৃবি নোর্মলিবা পুম্নমক হুমাংমলগীদমকনি খঙবীগদবনি। মখা তাবকই,

আ, ঙাইহাক্তং ঙাইবীবো।

থাগৎচবি। শাওবানুকো।

যাইদা।

ঙাইখোনে, ঙাইহাক্তং ঙাইমিন্নখিবা যাবোইদ্রা? ঐসু ইথন্ত ওইবসিদা নুংঙাইতদুনা তৌর্লন। ঐনা ঙাইবিসিস লাক্কনিস খঙদে লাক ওইস্ খঙদে।

কৈস তৌবেইদা। বাবৌবন ঙাইহাক্তং ঙাইবগা যেংবীবো। লাক্ত লাক এগনা বস কাউন্টবনম্মদা চৎপগদ্রা নত্রগা আসি হেক লাম্লোকপগা হেতেল লৈর্বন। থিনজবম্ম্ হাযব্রা? ইথন্ত শুমলৈবদি নুংঙাইনবোই।

যাবানদ। অদোম্দি কদাযদা লৈবীবনো?

ঐগী যর্মদি খাপ্তু . 'সির্দন। চৎলুখিগেকো।

নুপাদু লেপ্লনা, যেংদুনা লৈহৌই। বোবাদি লাক্লে। যুম মনাক নকশিল্লকপদা

তাবকই দুর্গানা কপুনা ঙাংবগী খোঞ্জেল,

– ঐ ওক্তবী নত্তে, ইস ! ঐবু জগোয় শাবীনি ঈশৈ শকপীনি হায়দুনা উশিৎতবা ! য়েংঙক্কনু, নম্নিৎতু কোখোক্কে। হিংচাবা ! হুই ! হুইমানবাও !

বোবী চংশিল্লক্কুনা থোঙ হাংদোকলে অদুগা কৌবকই,

- দুর্গা ! কনাদনো নঙনা অদুক শাওবিবদুবো?

দুর্গা অমমবা মবক্তগী হৌগৎলকই। মখোঙ থীন্দুনা, খুদুম্না বোবীগী থবাক্তা শুদুনা হায়বকই,

অমিব ভৈয়া কবিগীনো নঙনা ঐবু হুন্দোকপিবম্লগা চৎখ্রিবা? ঐ যাম্না কিবে। নঙ, নঙ নবূক য়াম্না ফত্রে। তু তু তু তু, আদগী নুপা অসি তু আসি ! মখূৎ খৎলগা ঐবু কৌবিবনি।

ফবেসে, তোকও। ঐ লাক্লেদনা। উম সিদা, সিদা ফম্মুসে। ঐ মৈ চুখৎকে।

বাথ কম তৌগে।

বোবীবু মখূৎ পায়দুনা চিংথোকখি মপান্দা। ঙাইহাক লৈবগা চংলক্কুনা দুর্গা ফমুংদা কুহুখি। বোবী মৈ চুখৎতুনা চাক থোংনবা শেম শাই। অদুগা হায়বকই,

দুর্গা, য়েংউ। নঙগী শাবিগা, ফুবিৎকা লৈবীগদৌবিবনি। ঐ ইক লুজকখিগে। নঙ তল হৌবম্মু। চেংদুদি থোংলুবনু ঐ লাক্লগা থোংলগে খঙলব্রা?

– খঙজবনি পতিদেবজি।

বোবী থোকখি ইকজবা। দুর্গা তল তক্লুনা হৌবি। ঙাইহাক লৈবগা ইকজবা কাবক্লে। শেম্বা শাবা লোইবদুনা চাথোকমিন্নবে। বোবী ফমুংদা কাখৎলি লোংনা হিপথদুনা শ্বব শাংনা অমুক্তং হোন্দোকই। দুর্গাসু ফন চোংখৎলকই মনাক্তা। বোবীনা,

– উম ! নকোকসিদি নমথী ! নুমিৎ কযানি শুবে লুজদবা? লাও ইকুজথোকপিগে লাও।

দুর্গা কবি কবিনো মাগী থোকপা পংঙাংদ ঙাংই। বোবীনা খূদাং পাযদুনা পুখি। ইকুজবা কাবক্লগা দুর্গা চংলক্লে।

হি ! হি ! (নোকই) যেংঙোবা ঐঙোন্দা নুংশিনা যেংঙোবা। ঐ নঙগীদমক ঈশৈ শক্লে, জগোয শাগে। ঐসে নঙগী নুপীনেবা। ঐগীনি হাযবা পূম্নমকসে নঙগীনেবা। বাববসু ঈশৈ, নুংঙাইববসু ঈশৈ। জগোযদি কবমকান্দা শাদৌবিবা? প্রকাসনা ঐবু চাগী বগান্দা হুন্দোক্লম্বদো, ঐঙোন্দা তাপ পাযবকপগী ব্রানিদা। ঐনা খূবাক্লা শেৎ থাবা। কযাম ব্রায চেল্লকপদো। অদুগা নাহলব্রাই ঐনা অহিং হল্লক্তবদো পাটনা হেন্দোক্লগা, শান্তিনাগবদগী ভগলপুব ফাওবগী মনুংদা মঙাবক খামবৈ বানি। (নোকই) অদুদগী ঐনা স্তান তাবকপকান্দা হোস্পিতালদা লৈবম্লনিনে। (নোকই) অতাব্ কিলোদা যাম্না তাংঙমালেদা, অহাইযো। মখোযনা তৌজবশাবিসি ঙম্মবোইদা। হুম ! চাবা চাদবা সনাগী ফিবান হকপা (হুৎপা) ফুবিৎ অমা লৈদবা যাদে। নঙনা লৈবিনি হাযবিদুদি? ষ্টেসনদা ফজনা ইকুজথোক্লগা শিন্দুব নম্বীয হাযবা কো। কমখ্যাসু দুর্গানি, দুর্গাসু দুর্গানি, খুকুম্মুসি। কো, ঐদি চৎকনি। ঐদি, ঐদি কমখ্যা খুকুম্মগা পোকপনি। ঐখোযগী বাপুজিন্দি গীতা পাই, মনা হাযবিবা, "ওঁ নমো: ভগবতে বাসু দেবায। শ্রী মতভগবত গীতা দুইতুই অধ্যাইযা। আর্জ্জুনদা কৃষ্ণনা হায, অবাবদসু হেন্না বাশিল্লুদবা নুংঙাইবদসু হেন্না নুংঙাইথোকউদবা।" ঐদি নোকই ইঙো, অদুবুনি গীতা পাবগা ঙাওই হাযবিবসে। অবাবসু খঙদ্রবা, নুংঙাইবসু ফাওদ্রবা তশং অমদা লৈবদো ! ঙাওদ্রা? ঐনবু শাওববদি ঐখোয বাপুনা ওঁ শান্তি শান্তি, স্থিতপ্রজ্ঞস্য হেক্তা হাযবক্লনি। ঐখোয বাপুজি অবানবা তৌবা যাদ্দে অদুগীনি যুবী থৌবী শাবগী থবক

তোকহনখিবদু ইমাবু। অর্জ্জুন উবাচ।
স্থিতপজ্ঞস্য কা ভাষা সমাধিস্থস্য কেশব।
স্থিতধী: কিং প্রভাষেত কিমাসীত ব্রজেত কিং।

দু: খেষনুদ্বিগ্নমনা: সুখেষু বিগতস্পৃহ:।
বীতবাগভযক্রোধ: স্থিতধীর্ম্ন নিকচ্যতে।

ধ্যাযতো বিষযান পুংস: সঙ্গস্তেষুপজাযতে।
সঙ্গাৎ সঞ্জাযতে কাম: কামাৎ ক্রোধোঈভিজাযতে।

অমিব ভৈযা, কৈনোমা হাযবিযুবা? প্রকাসকী অঙাংবা মযাদো হেক উবগা, নাহলবাই বাপুজিনা ক্সা পাশ্বীদগী তাবদো হেক্তা নাংশিংঙকপা। প্রকাসকী হুমাং মনমদো ' আস ' ক্সা চাবিবনি হাযদুনা হৈদি হৈতনা, মহীনা মফম খুদিং, পীৎ পীৎ ওথোক্লদুন, কযাম তুকৎচৈ ' সি, সি, সি ' মঙদা উগদবা মাল্লি।

কদাযদনো লোৎলিদুনা সে লেঙগনু। নশমসে, শার্বিস্সি ফজনা, শুম হাযনা। অসি ওইববদি অমিতা কুলকর্নি মাল্লেদনা।

বোবী ঙসিগী ফংলকপা পৈশাশিংদু পুথোক্কুনা হংগৎ চন্দা থীদুনা শান্নে। চাইথোক্কুনা মুন্না যেংই। দুর্গানা তাপ লাক্কুনা অমুক পাযখি। বোবীনা,

সে পীবকউসে।

দুর্গানা ফুবিৎ মনুংদা হার্পাচনখি। বোবীনা,

ঐ থমজিনবীগে। পীবকউ হাযবগা।

লৌশিন্দুনা হার্পাচিনখি। দুর্গানা অমুক,

প্রকাসনা ঐবু মাগী পৈশা লোন্না লোন্না লৌথোকই হাযনে। কবম হাযনা শাওনীংঙোইদৌবিনোবা" কবি তৌদুনা লৈবিবনো চৎপিগ্রো হুবানবীকাসু হার্যবির্বান। হুম ' মঙোন্দগীদি ঐনা হেন্না পৈশা ফংই।

ঐগী খ্বাইদগী ফজবা, ঐনা হেবোইন কুপ্না নুমিৎতি ঐগী লুহোংবা নুমিৎতুনা ওইখ্রবনি। বাপুজিনা হায়বিবা, ইবেম্মা নঙ বেল পাটিনা খোংলিবদু তাকনুকো, শোয়বা য়াওবক্লবদি নোকথোবক্কনি। নঙদি য়াম্মা খঙগনবনি।

– দুর্গা, য়াবে ঙাংঙনু তূম্মো। সে, নঙগী শাবিগা নঙনা হায়বা ফুরিৎতো অদুগা লৈবীদৌবিনি। তূম্মো। ঐনা নঙঙোন্দা কবি হায়?

দুর্গা তূমথখি তুমিন। বোবী লোংথোক্কুনা খল্লি মথন্ত, "পৈশা খব তুংশিন্দবা য়াদে।" খ্বব শাংনা হোন্দোকই অমুকসু শোল্লি "হয়ুম শিদবা।" ঙাইহাক লৈবগা মৈ মমখি।

## (৬)

মতমনা কনাবুস্ন ঙাইবীদে। নোংমা নোংমা হৌখিবনা চহী অমা ফাবক্লে। ঙসিদি বোবী মখৃৎতা ভিজিতিং কার্দ অমা পাযবদুনা লাক্লি। অচৌবা বিল্ডিং অমগী গেট মনুংদা থৌজিল্লকই। উবকই চাওনা থাবিবদ্, "কুলকর্নি মিবাকলস হোস্পিতাল।" তপ্পা। কুমথদুনা বিসেপসন কাউন্টব (ও, পি, ডি,) হাযনা থাবিবদু যেংদুনা চংশিল্ল। দুগাস্ নাক যেৎ হাবৌ হাবৌ যেংদুনা মতুংইন্নবি। বোবীনা হংলুবি,

কবিগুম্বা অমখক্তা হংজগেবা।

কবি ওইববনো?

সাব কুলকর্নিবু লৈবীখিব্রা? মহাক্কী কাসিবু?

– লাযেংগদবা ওইববা, টিকেৎ ককউ হাযববা? ইশাগীবা?

– নত্তে, সাবগা অমুক্তং উনজগে তৌবনি।

বিসেপসনদা লৈবন্নিবা নুপাদুনা দুর্গাদা মুন্না য়েংদুনা লৈবে। মদু উবদা বোবী মথন্ত ইকায়জবকই। ব্রাখল চোইরবী হায়বসিদি কবন্নদি মীমান্নকবগনি! দুর্গাসু কিবদুনা বোবীগী তুংদা লোৎতুনা খাংজে। নুপাদুনা অমুক হংলকই,

– মহাক কনানো? নগুগী নুপীবা?

- হোয়। চানবীদুনা সাবগা অমুক্তা উনহনবীয়ু।

– সাব হায়বদি?

– সাব ভি, কে, কুলকর্নি।

- কদায চেদু অমুক্তা যেংগে।

– কবন্বা'?

– উনবগী চে। অনাবগীবা কবিগীনো হায়বনি'?

- অদুদি, নচ্চদে। য়েংবীয়ু কার্দ অসি মহাক্তা ঐঙোন্দা পীবিবন্বনি। ঐবু লাকউ হায়বীবন্বনি। চানবীদুনা অমুক্তা উনজগে।

- মহাক হৌজিক'সিদা লৈতে। ব্রাশিংতনদগী হল্লক্লি। হুবেল নুমিদাং পুং তবাদা থুংলগনি। লাকপসু মাদি'সিদা লাক্লোই। যুমদা। কদাযদগীনো নখোয়বো'?

- মণিপুবদগী। গুব্রাহাত্তিদগী লাকচবা। মহাক্কী যুমদি কদাযদনো'? নম্বোলদুদা অমুক্তা ইশিনবীবকউবা।

- ভিজয নাগব, বি, এম, এ, কোলোনি, ডি/১৪২।

থাগৎচবি। অদুদি ঐখোয যুমদা ওইনা উনজকবগে।

হাযদুনা থোবক্লে। যুমগী নম্বরদুদি থেংনবে। গেৎতি লোল্লি। উপাই লৈতে বোবা অমুক ফমই, অমুক লেপ্পী। চৈবক্লুদা দুর্গাসু মাগী থোকপা পংঙাংদা ঙাংই। ঙাইহাক লৈবগা মপান্দা মী লৈবা মখোল তাবদুনা মনুংদগী গেৎ ঙাকপদুনা তান্থোবকই। দুর্গানা মচীন থীজিল্লুই। গেৎ ঙাকপদু দুর্গানা ঙাংবগা শকপগা তৌবদুদা ওইবমালে চাগে তৌবমখৈ য়েংই। মমিৎতু

চোংথোক্তে হায়বদা খাকই। তৌফম খঙদে বোবী, দুর্গাবু খামজিল্লি। চাক লাম্মে হায়দুনা অমুক কপখৎলকই দুর্গাদু, অচাপোৎ লৈদুনা অমুক পীজে। ঙাইহাক লৈবগা গেৎতু অমুক থিল্লুই বোবী।

– কৈনোমতা, সাব কুলকর্নিবু পূং কয়াদা য়ৌবক্কদবনো?

– চৎলুহে কদায়দগী অঙাওবনো, চৎলু। চৈ চাগেবা? ঙাওফম ইলৈ লৈত্রদুনা, চৎলু।

ঙাইবগী অৱাবা হাযবদু খম থেংলে। খূৎ থেক্তুনা খাংই। খঙনিং নিংশিংলকই, ভিজিতিং কার্দতা য়াওবিবা নম্বরদু। আশা অমা লাকপগুমই। ফুক হৌগৎলি। দুর্গাবু শমদুনা চৎখি ঙসাই লম্বীগী নাকলদা লৈহৌবা টেলিফোন বুথতুদা। নম্বরদু য়েংদুনা নমই অদুবু ফংবা কৌবা লৈত্রে। তপ্পা তপ্পা থোবক্তুনা লাকই গেৎতু তম্মা। ৱানা ৱানা ঙাইবকপনা নুমিদাংগী পূং তবা খব হেল্লক্লে। খঙহৌদনা ফজবা, লংত্রিক লংবা গাডি অমা থৌজিল্লকই। হোর্ন পীদুনা গেৎ হাংদোক্লবা খঙহল্লি। বোবীসু মুংশেল মনুংদা মুন্না য়েংদুনা চের্নাশিনখি।

– সাব, সাব, ঐ, অমিব, গুৱাহাতি, কুলী।

মপূং কানা হাযবা ঙমদে। ইথক থক্কৎলি। মীহুন দং দং চোংলকই। গাডিদু তপ্পা থৌজিনখি। বোবীসু বেগতু তাপ পাযবগা দুর্গাবু শমদুনা, গাডি মতুং ইন্নদুনা চের্নাশিনগে তৌই। গেৎ ঙাকপদুনা ইম্থোবকই। গেৎ শৎ লোর্নাশির্নাখি। বোবী কোকচাওবী কায। মতম কযাগী মমাংদগী তাবর্কাখিদ্রবা পিদু খুদকসিদ' নংহৌববোই মতাগুম তাবকখিবা খঙহৌদে। কপনীংলকই। চোংথোবকই, মিৎমাঙদা হৌপ্রবা পুক্সিগী থেংনখিবা অৱার্বাশিংদু। মনুংদা ঙাংনবা তাখি। "সাব, মখোয় অনী অসি ঙসাই অয়ুক্তগীনি ঐখোযগী গেৎসিদা লৈবিবা। তাম্বোল্লবসু চৎতে। অঙাওবা ওইবমালে।" খঙহৌদনা গেৎ হাংদোবক্তুনা গেৎ ঙাকপদুনা হাযবকই,

– চংলকলো যাবনি। চংলকলো।

বোবী দুর্গা শমদুনা বেগতু তাপ পাযখৎলগা চংলকই। গেৎ ঙাকপদুনা

শোমদা, শোমদা লাকউ হায়দুনা অচৌবা কা অমদা পুশিল্লি। কুলকর্নি ঙানথোইদুনা ফম্লগা লৈবম্মী। বোবীনা কুলকর্নিবু উবদা 'সাব' হায়দুনা মখূৎ লোৱে। কুলকর্নিসু মুন্না য়েংদুনা নোক্লকই,

ও ! অমিব, নহাক য়ৌদি য়ৌবকলেদনা।

– সাব, ঐ সাবগী নাক্তা লাকচবিবনি।

– লাকও, লাকও, কৈদৌঙৈ থুংলবা? হান্না পাউ খঙহল্লকপা যাদ্রো নঙবো?

– আ ! সাবনা পীবিবম্বা নম্বরদুদা টেলিফোন তৌজবনি। ফংদে।

– এ ! অদুদি ব্রাব মমাঙগী নম্বরদুদা?

অদুদি ম্যুজিযমদা। হা ! হা ! সোবি, সোবি, ফম্মু ফম্মু ব্রাবম্লগনি। তাঞ্জাসিদ দুর্গানা বোবীগী ফুবিৎতা পাযবগা কোযনা য়েংদুনা হাযবকই,

ব্রাও ! অমিব ভৈয়া, মসিদি নিংথৌগী কোনুংনে ব্রাব মমাঙগী ! ফজদ্রা?

দুর্গানা ব্রা ঙাংলকপদুদা কুলকর্নিদু দুর্গাদা মিৎফম হোংদবা মখৈ মুন্না যেংদুনা লৈপ্লে। মদু উবদা বোবী ইকাযবদুনা,

সাব, মহাক দুর্গা। সাবদা ঐনা ব্রাবী লীর্জাখবদু। মহাক ব্রাখল চোইববীনি।

ও ! ও ! দুর্গা ! উম ! নঙনা হায়খিবা-

হোয়, মানি সাব।

ও ! দু... র্গা ... !

নহাক অমিতা কুলকর্নি খঙব্রা?

অমিতা কুলকর্নি হাযর্বাদ ফিলমগী হেবোইনদু নত্রো সাব? কবিগী খঙলোইদগে, মহাক্তি ফিল্মগী অফাওবী হেবোইননি। ঐ টি, ভি, দা কয়াবক উখ্রে থৈসন্দা সাব।

উম ! দুর্গাসিদি অমিতাগা য়াম্না মান্নৈদনা।

হোয সাব।

অমিতা কুলকর্নি হায়রিবদু অতৈ কনাসু নত্তেনে। অমিতা ঐগী, ঐগী ইচানুপীনিনে। মহাক হৌজিক মুম্বাইদা, অনখেবীদা লৈ। ওছ্‌োক্রসু মান্নবমখ্রেদা, অঙকপনি। ফবে, নঙ ৱাবন্নগনি। হকচাং শেংদোকলো, চাক ঈশিং চাবগা নুংঙাইনা পোত্থাবো। হয়েং অয়ুক ঊনবসি। ঐদি প্লেন মনুংদা চাবক্লবনি। নঙগী থৌবাং পূম্নমক তৌহল্লগে। অজয়, অজয, লাকউ'সিদা। সে, মখোয় অনীসে মথক্তা পুখৎলু। অদুগা চাক পীজবগা ফজনা পোত্থাহল্লু, খঙলব্রা" অদুদি অমিব, পোত্থাবোকো।

হায়বল্লগা কুলকর্নি চঙখি। বোবীসু অজয়গী মতুং ইন্নখি।

# (৭)

নোংঙানবগী অয়ুকনি কুলকর্নি গ্রাউণ্ড ফ্লোরদা তেবলদা ফমদুনা টেলিফোন ওকপা, ব্রাবী শাবদা থৌ চিল্লি। বোবী চঙলকই।

- গুদ মোর্নিং সাব, চঙজবকপা য়াগদ্রা?

টেলিফোন্দা ব্রাবী কন্না শাবি। খুম্বা শংদে। খূৎনা শাইন তৌদুনা ফম্নবা খঙহল্লি। ঙাইহাক লৈবগা টেলিফোন থমদুনা হাযবকই,

- উম! অমিব, নঙবু ইমা- ইপা, ইচিন- ইনাও নঙগী মবী মতা অমত্তা লৈত্রে হায়বা? শেংলব্রা?

- অশেংবনি সাব, ইচা অনী লৈবম্মী, ঐগী নুপী লৈবম্মী। মখোয় পূন্নমক ঐবু থাদোক্তুনা চৎখ্রে।

– ময়ুম পানব্রবা?

হোয়।

– দুর্গাসিদি নঙনা কবি খন্দুনা পুবক্লিবনো? নঙগী ব্রাখল কবিনো? (নোক্লদুনা) নুপী উবা য়াদবী জাৎতুরো নঙগীসিবো?

– ঐদি ইচম চম্না মহাকপু নুংশিকবতনি। মহাক অফবা নুপীনি। পূকচেল চাওবীনি। মহাক্না অঙাওবী অমা ওইখিবা, ঐ তশেংনা নুংঙাইজদে সাব, মহাকপু লাইয়েংবীদুনা কবিগুম্বা ফহনবা ঙম্নবদি ঙমখে লৈতনা নুংঙাইজগনি।

– ফবে, অমবু ওইববসু, অমবু ওইববসু। অদো, নঙ এম, এ, নি হায়বা নত্রা? কবি কবি লোন্দি ঙাংবা ঙমই?

– ইংলিশ, হিন্দী, আশামীজ, নাগামীজ, অদুগা বেঙ্গলীসু খব খব।

– অদুতবা?

– হোয় মানি সাব।

– নত্তে। অমা ব্রাৎলি।

– ব্রাৎত্রে সাব, অসিতনি।

- নঙবু মণিপুরী ঙাংবা ঙমদব্রনে? চাক চাবে, খুকমজবি, থাগৎচবি হায়বদো? (নোকই) ঐসু মণিপুরী খঙলবনিনে, ইম্ফালদা অহুম্নক চৎলবনিনা। ঙাইখোনে লোল হায়বগা, নখোয়গী মণিপুরী লোল অসি নিপালশুবা সেদ্যুলদদি চেল্লে অদুবু দেড লেঙ্গুইজ ওইব্রগনি হায়নবির্বাস চুম্রা?

- ঐখোয়গী মণিপুরী লোল অসি অতোপ্পা লোল মযাম অমা চংশিল্লক্তুনা শিখ্রগদ্রা হাযনা কিনবি। অদুবু ওইথোক্তবনি। মণিপুরী লোল, মৈতৈলোল অসিদি ঐখোয়গা তৎন থান য়াদ্রবা মবী লৈনে। কোক, শম, লাই, মিৎ পা, না হাযদুনা লৈবিবা ইয়েক, লোল অসিদি মীওইবগী হকচাং কয়াৎতগী লৌদুনা শেমখ্রবনি। মৈতৈনা মুৎত্রিবা মখে লোল অসিসু মুৎপা নাইববোই। ইশাগী ইবোল লাইববদগী নত্রগা লৈজদবদগী মীঙোন্দগী ব্রাইদুনা শিজিন্নকবগী ব্রাফম কাবিসু লৈতে। অতোপ্পা লোলদি ঐখোয়না লৈতেং ওইনা

শিজিন্নরুবথক্তনি। ঐনা তেবিকতনগী নত্রগা মুগাগী ফুবিৎ অমা লীৎলি হায়দুনা ঐগী হকচাং অসি তেরিকতন নত্রগা মুগা ওল্লু হায়বা য়াবোই। তৌবতদি ইবোলদা লৈবা ব্রাহে অদুদি য়াবিবা মখৈ ইশাগী ওইবা লোল শিজিন্নবা পামজে। লৈতেং হায়বসিদি শিজিন্নববসু য়াই, শিজিন্নদ্রবসু য়াই। তঙাইফদবা কবিসু লৈতে। ঐগী ব্রাখলদদি সাব, মপাললমগী লোল, কলচবশিংবুসু ঐখোয়না মমুৎতানা খঙবা দবকাব লৈ। মশ্বাইদনি ফোবেন শেগায়বী ময়াম অমা থোবকলিবসি। মসিনা শেবান্নবা লশ্নীদনি। মীগী মীবমগী খঙলু উকববা মতমদা ঐখোয়গী চৎনবী লোল কলচব, মদুগী অশেংবা ফজবা, কদায় ফাওবা থাক ব্রাংনা লৈবিবা হাযবনচিংবা মথন্ত চোংথোকচবক্কদবনি হায়জনীংই।

নঙদি যাম্না কুপ্না খঙলম্মীনে !

থোইদোক্লা কবিসু খঙজবা নত্তেদা সাব। মণিপুববু কমদৌগে সাব? অদুম নুংঙাই। (নোকই) কাপ্পমমেগা, হাৎলমমেগা, ইজ্জৎ মাংহল্লমলেগা, অঙাং মচাদা তৌহৈদবা নত্তবা শাজৎ চৎলমলেগা। অদু ঐনা যানীংদবা অমা লৈবিনে। ব্রাকৎলিবনি হাযদুনা বন্দ ব্লোকেৎ পংতৌদ তৌবা, কনাদা ব্রাকৎলিনোসু খঙদবা। অদুনা অদু তৌবেগা, মানা অদু হায়বেগা। ইবাংদা পংশাদা শাগৎপা, মদু কমদৌনা ফগদগে হায়বগী সোলুসনদি থবক ওইনা শুংপাই পাইখৎতবা। মেপসু মখল মখল। মসি ঐগীনি হায়বগা হেক্তা ওইগদবসু নত্তবা। মণিপুবগী ঙমখৈসিদি অমীবা ওল্লেনে হা ! অবেপ্পা লৈতবা। ত্রিপুবাদা, আশামদা, বঙ্গলাদেসতা, ম্যানমাবদা লৈবিবা মণিপুবীশিংনা খুন্দাবিবা মফমশিংদু মণিপুবনি হায়রুবসিবো? অমেবিকাদা থাইলেন্দা, জাপান্দা, চাইনাদা খুন্দাদুনা লৈখিবসু য়াওবমগনি। হায়গে হাযবগনা অচৌবা পৃথি অসি অপিকপা ইমুং অমনি হাযবোদনা। চুমইনে ঐগী ঙাক্তনিনে। মীপূম

খুদিং ঐ ঙাক্তনি। অহম ব্রহ্মস্মী হায়দ্রো? পোজিতিব চেঞ্জ অমা পামদ্রনে? অদুবু অমগা অমগা মুক্রবা য়েৎনবা খৎনবা, শোমদনা হেন্না পূক্লিং লূপ্পগুমতৌই। ৱাব পিকচব ঙাক্তনিনে। চৈথেংদি কনাদা ফংই? লাঞ্জদবা প্রজাদা। চাওখৎপগী, লমচৎ ফজবগী নুংশি চান্নবগী, পূক্লিং লৌশিং ওইবাপোৎতি অমত্তা মমি তাদে। মোলেস তৌবম্মেগা, বেপ তৌবম্মেগা মোবেল য়াওদ ঙাক্তা। কবম শান্তি লৈগনি? চীংগী লমশিংসিসু পুবা থাদোক্কুনা থম্বগী মওংনি। য়েংশিনবীদ্রবা। পায়বিবা চূপলীদু তৎলে, মচেৎ তাবে মহৈ মহৈ শমজি খাইনবে হায়বা নত্রনে? খঙদ্রেনে, লুপ্রে। প্রজাগী সেবা তৌগদবা কাংবু, লৈবাকনিংবা কাংবু য়ামপ্রে। পৈশাদি দোল্লব ওইনা চৎনব্রা? নঙনা উবিবা কোলোনি, বিল্ডিং, লম্বী থোং, লমহাং ঙাক্তা ওইবম্মীবনি। শক ১৭০০ তু হৌজিক অদুম ওইযু হায়বা যাবোইনে। লৈবমদবনা লৈবকই, লৈবম্বনা থুগায়খি। মসিবুনি অহোংবা হায়বিবসে। মসিবু সিস্ত্রক্সননি হায়না খনব্রনে?

আ ! অচুম্বনি সাবনা তাকপিবিবদু।

ঐগী মতকী ৱানি। ইবাং শাগৎলিবনিনে। বাজনিতিগী ওইবা য়াই, ধর্ম্মনিতিগী ওইবা য়াই নত্রগা অর্থনিতিগী ওইবা য়াই। মসিবু লাম্লোঙ কৌই। খববনেনা তৌবিদুবু কবিবু পানিঙাই যাওবিগে? হোয়, থৌদোক ৱাথোক হাযবর্সিদি লোইবা নাইবা নত্তে। ফবে, মসিগী ৱাসি তোকথোকসি। ঐগী অচৌবা হোস্পিতাল অমা লৈ। খঙজে সাব।

চংলুবব্রা?

চংলুবে।

অদুগা হিদাক শুংফম অনী অমগা। নঙ ঐগীসিদা থবক তৌবসিদনা। পামদববা?

ঐগীদি লাইবক ফবনি।

নঙগী সার্তিফিকেৎ য়াওবকপ্রা?

অদুদি য়াওজবক্তে। আদা মণিপুরদা ঐগী থব্রান মিচাক্কী যূমদুদা লৈহৌবে। হৌজিক্তি থিবা খঙখিদ্রে। মাংখ্রে। উৎ ওনখ্রে।

- থব্রানমিচাক্কী যূম হায়বদি?

- ঐগী ইনা কুপ্পা যূমদুদি মনুং- মপাল চপ মান্নে। থব্রানমিচাক ঙাক্তনি। মখোয় অনী পুন্না নোকমিন্নে। কুলকর্নিনা মখা তাবকই,

নঙ চহীদি কয়া শুবে?

চহী কুন্থ্রা।

অদু নঙ ফেক্তরীদা লৈগে হায়রা নত্রগা হোস্পিতালদা?

হোস্পিতালদা ওইনা লৈজগে। দুর্গাসু লাইযেংগদৌবিবনিনা।

- উম, হোস্পিতালদা, বিসেপসনদা লৈবা য়াগনি। নঙ কমপ্যুতর পায়বা ঙম্বা?

অদুদি ঙমদে সার, পায়ববদি কুইবোই খল্লি।

শুম তৌর্বসি। গার্লস হোষ্টেল নম্বর ফাইবতুদা নঙ সুপ্রিমতেন্দেন্ট ওইনা লৈবো মতম খর। অদুগা খন্নর্বসি। নঙগী থবক্কী ম ওং যেংলগা মেনেজিং ডাইরেক্তরগী ওফিসতা ফমহনগনি। য়ানীংদরবা?

বাবী টেবল মথক্তা, কুলকর্নিগী মাঙদা থর্মলিবা ভি, কে, কুলকর্নি মেনেজিং ডাইরেক্তর হায়না থাবিবা নেমপ্লেটতুদা মিৎযেং থম্লবগা,

যাজৈদা সার।

ঐনা হায়বিবসে। হোষ্টেল নম্বর ফাইবতা মণিপুরী ছাত্রি খরসু লৈ। অদুননি। মখোয়দু নঙনা মপৃংফানা যেংশিনবা ঙমগনি খল্লি।

ফগনি সার।

নঙগী হৌজিক্কী ফিভমসিদি য়াবোই। চমোৎ চমোৎ লৈববদি মীনা উশিৎলোই। নশম ননাগদু শিৎ নান্না ককথৎলো। অদুগা অজয়গা চৎমিন্নবগা ফিবোল ফজবা সুটকুম্বা খর সৈকবো। তক তনান্না শেৎ চাগদবনি। পৈশা ঐনা পীগনি। য়াবেদনা।

– হোয় সাব।

– ঙাইখো, নঙগী নুপীদুবু মমিং কবি হায়বা?

– দুর্গা সাব।

– নত্তেদা নঙগী হান্নগীদো?

– ইমোইনু।

– ইমোইনু!

– ঐদি ঙসিতবু নিংশিংই, মাগী মমিংসে।

– অদুদি নঙগীসু নবাল অমদি লৈবেদনা।

– ঙবাংগী খবব কনানসু পানদে সাব। হাৎন-শুনবগী, য়ানথৎনবগী, কাওখাইনবগী, ফুনবগী-চৈনবগী, অশি অনাগী পাউ নত্তনা কবিসু তাবা ফংখিদে নোংমতসু ইমোইনুগী মচিনদগী। হাযবীযু সাব, নিংশিংনিঙাই ওইবিবসিবু কবিনো?

কুলকর্নি খুমদে। মোমোন নোক্লম্বা চিনবান, পিশুম খজিক্তংদি অহোংবা উই।

বোবী অজযগা চৎমিন্নবগা ফিবোল অনৌবা ফজ ফজববা মযাম অমা লৈকবে। মশম মনা নিংথিজনা ককথৎলে। দুর্গাসু লাইযেংনবগীদমক এম্বুলেন্স লাক্তুনা পুখ্রে। মদুগী ঙাইহাক্তংগী ফানবগী কুম্মেদুনি যেংবা নুংঙাইবিবসি। বোবীগী মখূৎ পায়দুনা যাল্লি কপ্পগা লাওবগা, হাৎলগদৌবোই। নমদুনা হিদাক কাপশিল্লগা পুখ্রে হোস্পিতালদা।

## (৮)

মথংগী নুমিৎনি। বোবী হোষ্টেল নম্বর ফাইবকী সুপ্রিমতেন্দেন্টকী কাদা ফমলি। চে চাংশিংদু ফাক্লুনা যেংই। মশাগী শেৎলিবা দ্রেসতুদা অমুক যেংই। কাগী অকোয়বদা অমুক যেংই। ঈশৈ ককাসু ঙংই মযেক যাওদনা। মোমোন মোমোন নোকচৈ। মাগী খ্বাইদগী নুংঙাইজবা নুমিৎ হাযবদু ওইবে। পূম্নমক মঙগা চপ মান্নখ্রে। ঙাইহাক লৈবগা কুলকর্নি চঙলকই। কুলকর্নিবু উবদা বোবী ফুক হৌগৎলি। কুলকর্নিনা,

– ফম্মু, ফম্মু, অদুনিদনা, আস, মাল্লে, মাল্লে। নঙদি য়াম্নবু ফজবস্মীনে। শকসু থীবা নত্তে। নুপা থোকপা হায়বদু'সিনিদনা। উম ! পূকচেল শেংনা থবক তৌবক্কনি হায়না ঐনা থাজৈ। নঙগী পবিক্ষা ঙসিদগী হৌববনি। ঐমক্লা পুশিল্লকপা ইমপ্লোইনি। ষ্টাফশিংগী মমাঙদা চোপহনবদি যারোই।

– ঐ হোৎনজগনি সাব।
– নঙগী সার্টিফিকেৎতু ঐ দুপ্লিকেৎ তাম্বোকপিবগে। অদুগা দুর্গাসু লাইয়েং চৎথবা হৌববনি।
– মহাক্কীসিবু সাব।
– কবিসু ৱাকগনু। চিংননিংঙাই মবম লৈতে। শোয়দনা ফগনি। হন্দ্রেত পার্সেন্ট ফগনি। তৌবতবু মতম লৈবা খিবিক্তা নুংঙাইবা ৱাখল খলহনবা। অৱাবা ৱাখল খলহন্দবা মসিমদি য়াম্না মকওই।
– য়াম্না নুংঙাইজবে সাব।
– উম ! চৎলুখিগেকো, তোকিও ফাওবদং পাইকখিগে।
– কৈদৌঙে হনবীবক্কদবা ওইববনো সাব?
– নুমিৎ মঙানিগী মতুংদা।
হায়বল্লগা থোকখি। বোবীসু লৈহৌই মাগী নৌনা শকথঙনবিবা কা অদুদা। মওন মওন খল্লি. ঐসু থবক ফংলবা, দুর্গাসু ফববা ! সাব কুলকর্নিসে মিৎনা উবা ঈশ্বরনি। অমুকসু খল্লি, হয়েং দুর্গানা ফববকান্দা ঐবু উবগা কবি খনগনি? মওন মওন খল্লিঙৈ তাঞ্জা দুদা 'সাব' হায়না কৌদুনা নুপী অমা পবপ পবপ চঙশিল্লকই। বোবীবু উবদা পূমঙক ঙকখ্রে। চপ লেপ্পুনা ময়া কাবমখৈ যেংদুনা লৈবে। মদু উবদা বোবীনা হংই, মশানা মশাবু শক তাকচৈ,
– কবি লৈববগে? ঐগী ইমিং অমিব, ঙসিদগী ঐ হোষ্টেলসিগী সুপ্রিমতেন্দেন্ট ওইববনি।
নুপীদু মণিপুরীনি। মণিপুরী লোন্দা অদুম হায়বকপনি।
– ঐ, মণিপুরদগী সাব অমা লাকই হাযবা তাবদা য়েংনীংমনখ্রদুনা লাকপনি। সাবনা চংখিবদু ঐসু হাইফেৎতি উজহৌবা। আ, ঐগী মিং সিতা। সিতা তেনগুবম। সেকেণ্ড ইয়াবনি। নর্স তমজবনি। য়াম্না হবাওএ ! সাববু কবি লৈকায়দগীনো?
– ঐদি ককচিংদগীনি, ককচিং লমখাইদগী।

– য়ূম পানবীবরো?

– উম ! ইচা লৈরে।

– ইনম্মখোয়দি? য়াওবক্তবা?

– য়াওবক্তে।

– সাব, ঐ হোষ্টেল নম্বর থ্রিদা লৈজবনি। কম নম্বর তুয়েন্টিফোর। সাবগা শকখঙ মায়খঙনবা ওইনা হুবেল নুমিদাংদু ঐগীদা লাকপিয়ুবা চা থকমিন্নসি। লাকপিয়ুকো সাব।

- হোয় হোয়, লাক্কে। হোষ্টেল নম্বর থ্রিদি শোমদা অরাং লোমদা নত্রো?

– ঔ ! মানি সাব, য়াম্না নুংঙাইজবে। চৎচকখিগে সাব। ক্লাস ঙাইহাক্তং য়াওজকখিগে। প্রাকতিকলসু লৈ। হুবেল নুংথিল আকাস হোতেলদা চৎমিন্নকসিবা সাব?

– কবি লৈবে?

– আ ! ঐখোয় ববাদো লাকএ। উনকগে তৌবা। ইথন্ত চৎপা নুংঙাইতদুনা হায়জবনিদা।

- য়াবোইনে। ঐদি য়াবোই। কনানো নমান্নবা অমগা চৎমিন্নবো।

– সাবগী অচিনবা লৈববদি হোয়। য়াইদা।

- নঙগী মিংদু, সিতা। নত্রা?

– হোয় সিতা তেনশুবম। অদু তামো, হুম ! সাব, আ ! অদু, হুবেল নুমিদাং শোয়বীনুকো।

- হোয় হোয়।

– সাবনা সিতা কৌবসে তাবা য়াম্না নুংঙাই। যাম্না নুংঙাইবগীরানিদা। হায়বন্নগা হন্না হন্না য়েং য়েংদুনা থোকখি। বোবী নোক্নুনা লৈহৌই।

## (৯)

হোষ্টেল নম্বর থ্রিগী রুম নম্বর তুরেন্টিফোবদনি। বোবী সিতাগা লোযননা কাদুদা চা থক্কুনা ৱাবী শাবি।

বোবীনা,

– নঙ নথন্তসিদা লৈবিবদি কবিগীনো? আশোমদা হোষ্টেল নম্বর ফাইবতা মৈতৈ নুপীশিংগী মবক্তা লৈবা যাদ্রা?

– ঐনা লাকপা কান্দদি কা অমত্তা হাংলমদ্রবা অদুগা মৈতৈ মচা ঙাক্তা লৈমিন্নবসিসু মৈতৈলোল ঙাক্তা ঙাংনববনিনা লোল খঙবসে য়াম্না তপ্পী। অদুদা তন্দুনা শুম।

– ও ! ও ! ফৈ ফৈ, ঙাওশিন্নবা য়াদে। ফজনা হোৎনগদবনি। ববাদি উনবক্লব্রা?

– অদো সাব হৌজিক্তি সাব লাক্লবনিনা, ঐসু সাবগী নাক্তা লৈবগেবা।

কা অমত্তা শিনবীয়ুকো।

– হোয় ঐ য়েংলক্কে।

তাঞ্জাদুদা থোঙ দং দং থীল্লকই। সিতা থোকখিদুনা কবি কবিনো খব ঙাংনখি। কবি হায়নখিবনো হায়বদি খঙহৌদ্রে। ঙাইহাক লৈবগা সিতা চংলকই নোক্লদুনা। বোবীনা হংই,

– কনা কনানো? কবি হায়বিবনো?

– কাসমিবী মচানি, দেবানগা নাশিকদ্দিনগা, পঞ্জাবী অমসু য়াওই সঙ্কব। ঐখোয়গী তম্মীন্নবা ঙাক্তনিদা।

– মখোয়দি কমদৌনা চঙলকইবা? মেল নর্স?

- হোয়।

- কবি হায়বিবনো?

- আকাস হায়বা অমা, আ... নোট বুক ব্রায়গে হায়য়ে। আকাসতগী ঐনা ব্রায়বকপা, মখোয় অমুক ব্রায়গে হাযয়ে। ঐনা সাব লৈ ঙসিদি নুংঙাইদৌমান্দে হয়েং ব্রায়বো হাযখ্রবা। সাব, নঙদি নশক য়াম্না ফজেনা। নুপী থিবমগদবা মান্দ্রিদা।

– অওইববনে? (নোকই) ইচা লৈববনিনে ঐসে।

-- ও ! ও ! ইনম্মবু য়াম্না লুনা তৌবীবমদৌবা মাল্লি। কৈদৌবগীনো মাগী নুপাসিবু মথন্ত থাদোবকইসিবো? ঐ ওইববদি শুংথা থাদোকলোই। ইনাক্তগী শুকহেন হেন্দোকহল্লোই। চৎলবসু মতুং অদুম ইন্ননি।

ব্রাবী শানা শানা বোবী তূমথখিবা খঙহৌদ্রে। অশিবগা পাংখক হায়বদু ওইপ্রে। মিৎকপ থোবকপা মতমদদি মকোক চিকপা ফাওবক্লে। ঘড়ি যেংলুবদা নোংঙানগদৌবমলে। সিতাদি তূমলি। বোবীগী শাহুম ফংবদা সিতাসু মিৎকপ থোবকলে। বোবীনা ফিজোল শেমজিন শাজিন্দুনা শাওনা, থংনবা কাগী মীদি তাহন্দনা,

- কবিনো নঙনা তৌবিবসে? ঐবু বদনাম পীগে থৌবাংবা নত্রা?

– সার, ঐবু ঙাকপিয়ু। ঐ সাববু ...।

– কবি? কৈদৌববা?

– ঐসে সাবগী হায়বদু ওইববনে। নুপানি ঙমই হায়দুনা ঐবু মাঙহনবীবন্থদি য়াবোই। ঙাইহাক্কী পূক্লিংগী অপান্থদি লাকশিনবা ঙমবীহৌদ্রগা কবিগী? ঐসু ফন কন্না সাবদা হায়জবনি, সাবনা নমদুনা ঐবু...। সাবগী মায় য়েংদুনা ঐসু...। (নোকই) সাবসে নিশা থব য়াওবকপা মাল্লি, য়াম্না হৈকো। য়েংবীয়ু,

– তুমিন লৈয়ু। নচীনথীবা ওইদবা ঙাংবা, নঙনা অদুম হায়না তৌবা য়াবা মীবা ঐসে। হা ! কবিনি হায়না খল্লি'? সাব কুলকর্নিদা হায়দোক্লবদি। তাম্লোকউবা নঙ?

সিতা খুমদে, তুমিন নোম্থদুনা লৈ। বোবীনা মখা তাবকই,

ফৈ ! হুন্দকমুক্তি ঙাকপিববনি। মতুংদা অসিগুম্না থবকসি অমুক হন্না হেক তৌগে খল্লক্লবদি নঙ ঐবু ফত্তে হায়গনু।

সিতা মায় থমফম খঙদে। লৈক্রক্তা চংগদবতা মঙাই।

বোবী থুনা য়াংনা হাইবং তুবং থোবকই মহাক্কী কাতব তম্না। সিতা কপ্পুনা লৈহৌই।

## (১০)

থা মবি মঙা হৌখ্রে। ঈশ্বরগী থৌজালদগী মকওইনা ভি, কে, কুলকর্নিগী চেকশিনবা মিৎয়েংদগী দুর্গাসু হৌজিক্তি মপুং ফানা পুংফ ফববা হায়বদু ওইবকলে। বোবীসু নীনি মবক হূর্মনি মবক ইতৎ তৎতনা মাবু য়েংশিঞ্জে। মপুং ফানা ফবে ঙসিদি। অয়ুক্কী থবক লোইশিঞ্জবগা হোস্পিতাল তম্না লাকই দুর্গা উনবা। মনিংথংবদা নাকলওইবপ্না তোঙান্না লৈ। অঙাওবশিংগী লাযেংফম। দুর্গাদি ময়ামদগী তোঙান্না থমই। মদু তানা লাক্লুনা বোবী চংলকই দুর্গাগী নাক্তা। বোবীবু উবদা চপ লেপ্তুনা, যেংদুনা লৈখ্রে। বোবী তপ্না চংশিল্লি, কৌকবি নুংশিনা "দুর্গা"। দুর্গা মিৎলু অনীদা পিবাংনা থুমহৎলে। বোবীগী মায়থোংদু শিনবা থুংনা য়েংলদুনা তনৌববী মখূৎতুনা তপ্না নাল্লকই। বোবীনা মখূৎতু পায়বদুনা ফমুংদা নিংথিজনা ফমহল্লে। খঙহৌদনা দুর্গা মমায় খুমজিন্দুনা কপলকলে। বোবীনা

থেমজিনবী,

– কবিগী কপলিবনো? কপকনু। কপ্লবদি ফববোই।

– ভৈয়া অমিব।

হায়দুনা বোবীগী থবাক্তা তপ্না ঙাথজদুনা খান্না ঙমদ্রবা থম্মোয়দু মনিং তম্না কপলি। বোবীনা শিঙ্গবকলিবা পিবাংদু তৈথোকপিবদুনা,

– য়েংউ ! মীওইবা হায়বসে ব্রাদুনা ঙাক লৈবা য়াবা নত্তে। ঐ কয়াম নুংঙাই খঙব্রা নঙনা অশুম্না জ্ঞান তারক্তুনা ফবকপদা। পুম্নমকসে সাব কুলকর্নিনা হোৎনবীবগী মহৈনি। মহাক পূকচেল চাউবা মীনুংশি চাউবা অফবা মীনি।

নঙনা ঐবু কবি খন্দুনা লাযেংবীবিবনো?

- নহাক নিংশিংলিব্রা? ঐনা গুব্রাহাতিদা অহানবা লাকপদা নঙনা ঐঙোন্দা তল অনীখক পীবকখিবদো?

ঐগীদমক কবিগী অশুক ব্রাবীবিবনো হায়য়ো।

- ঐ নঙগী থম্মোয়বু মশক মুন্না শঙই। ঐনা নঙবু কল্লকচখি। থাগৎচখি থম্মোযনুংদা মীনুংশি চাউবী, অফবা নুপীনি হায়না। নোংমা নঙনা পাংখিবা মতেং, ঙসিদি মদুগী লমন শিংবা ঙমলে খল্লি। তৌজিক্তি নহাক ননীং তম্লবনি। অনৌবা মপোক অমা পোক্লবনিনে দুর্গা। নঙনা অমুক্তং মোমোন নোকপদুনি ঐনা যেংনীংলিবা।

- ঐসে লুহোংলবী নুপীনে, নহাক খঙদ্রববা?

- ঐ খঙই। প্রকাসকী মতেং কযা পাংবীখিবা মীশক নত্রনে ঐসে।

- নঙ ঐবু নুংশিব্রা নুংশিদববা হায়য়ু। অমিব ভৈয়া। নঙ ঐবু নুংশিব্রা?

– ঐনা হোৎনবিবা পৃম্বসিবু কনাগীদমকনো? কবিগীদমকনো?

- ঐগী লেমহৌবিবা পুন্সিসে যমগী মখূৎতগী কনবীবকপা নহাক্কী খুয়াখাদা কচ্চববনি। ঐবু লৌশিনবীয়ু। ননাইগী ননাই ওইহনবীয়ু। ঐ, ঐ নহাক য়াওদনা হিংবা ঙমলোই। নঙ ঐবু লৌবা ঙমগদ্রা?

ননাক্তগী কৈদৌনুংদা হেন্দোকহ্নবীনু। নহাক্লা তৌ হায়বদুতা তৌজগে।

– কপকনুসে, নমাঙদা লেপলিবসে নঙগীদমক্তনি। নঙগীদমক থোঙ লাওদা হাংদুনা থমলি।

– অমিব ভৈয়া।

দুর্গা কপ্পা তোকলে। মিৎলু অনীগী পিবাং তৈথোকচবদুনা হায়বকই,

– ঐগী পুন্সিসিনা লৈবিমখৈ। মপোক মপোক খুদিংদা প্রকাসপুদি ঙাকপিবা ঙম্লবোই।

- মহাক্লা মপোক তবেৎ পোক্তনসু ট্রেন মনুংগী চা য়োনবা অমদগী হেল্লবোই। মাগী মমাঙদা অমুক্তংদি নুংঙাইনা হিংমীন্নখিসিকো।

অনীদু য়েংনদুনা নোকমিন্নৈ। দুর্গা মখা তাবকই,

-- ঐ নর্স অমনা হায়বমদুনা মাগী মচীন্দগী পূম্নমক তাবে, খঙঙে। ঐমুক লাইবক ফবসিবু কনা লৈবমখিগদগে জগৎ সংসাবসিদা !

## (১১)

মপূং ফানা ফববী দুর্গা, হোস্পিতালদগী দিসচার্জ তৌদুনা পুবকলে বোবীগী নাক্তা। ঙসিদি দুগগী মায়থোংসে, মকা লাম্বই, য়েংবা ওহ্মোক্লা নুংঙাইবে। মোমোন মীনোক তমজবে। অনীদু য়েংনদুনা অমুক অমুকসু নোকমিন্নবি। নুমিদাং ওইশিল্লকলে, মেসতা চাক চাকবগা হল্লক্লুনা মখোয় অনী পুন্না ৱাবী শাবি।

বোবীনা হায়বকই,

– ঙসাই নঙঙোন্দা ময়াম্না মুন্না মুন্না য়েংলিবদু কবিগীনো খঙলব্রা?

– উহুম ! খঙদে।

– ফজবগী।

– ইস ! ঐবু ফজব্রনে?

– উম, ফজৈ। হুম ! ফজদেদা, খুৎথী অমা।

– নঙনা নুংশিদুনা হায়বা ওইবমগনি। নঙসু ফজবিদুদি। ঐদি নঙবু নশক শুকখঙ খঙলুদ্রে। য়াম্না খেন্নবে। মতম অমদা কুলী ওইবস্মী হায়বা কনানসু থাজবা ঙম্নবোই।

– অমিতা কুলকর্নি হায়বিবদু কনানো খঙলব্রা?

– খঙইনা। ফিল্মগী হেবোইননিদনা।

– অদু অতৈ কনাসু ওইবমদ্রে। ঐখোয়গী সাব কুলকর্নিগী অমত্তা পোকচবী মচানুপী ওইবমলে।

– ইস !

– মানে, অচুম্বনে। মহাক্তসু নঙগা মচানুপীগা মশক য়াম্না মান্নে হায়। ঐদি উদ্রি। ফিল্মদবুদি উবে খঙঙেদনা।

– এ ! অদুদি মহাকপু উবা ফংলনিকো। য়াম্না উনিংঙে। ঙাইখোনে, ঐবু চোইবোল য়াম্না ঙাংই হায়, ঙাংব্রনে?

– উম, ঙাংদে ঙাংদে।

– কবি কবি ঙাংইবনো?

– নঙনা অঙাং ওইবিবৈগী, জগোয় শাবগী, ট্রেন মনুংগী অদুদসু নত্তে কপ্পগা লাউবগা। ইবেম্মা, হায়কদুনা কান্নদে, নঙনা ঙাংদবা অমত্তা লৈখিদ্রে।

– আস !

– নঙগী খ্বাইদগী লাইবক ফবদি নঙঙোন্দা নিংশিংবা ঙম্বগী শক্তি অমা লৈবম্বসে মসিনি। মসি লৈবমদ্রবদি লায়েংবদা খব লুনা থোক্লম্বসু য়াই। চহী অহুম মবি অসি ঐনা নঙবু শেন্নবকলিবনি। নোংমসু নঙ, কোয়চৎ চৎখিদুনা আ সন্দে মার্কেট যৌনা থিবগা পুবকলিবনি। অদুগী নুমিত্তুদগীদি নঙবু থোঙ লোনশিল্লগা অদুম থমলে। পুবা অঙাং মচা অমা শেন্নবদগী হেন্না শাথীব্রবনি। নশমদুনা শুম তৌবগা ইফা ফাবদুনা পুবা ভৈববী। ইথক্তবু শগোল তোংশিল্লকপনে। আস ! স্তান তাবা জাৎ নত্তেদা।

– অমিব ভৈয়া নঙসে, খল্লু খল্লুবগা অশুম...। ঐগী থম্মোয়সে পুবা য়াদ্রে।

– ভোলাখোয় লৈবিবা, যূমথংনবিবশিংদুনা ঐবু নোক্লবীখি। অঙাওবী অমা কোইশেন শেন্নে হায়দুনা। ঐবু অপঙবনি হায়বিখি। ঐনা তাঞ্জবা পৈশা অবেম্বদা মাংহল্লে হায়দুনা।

– অশুক কুইববসি নঙনা ঐগীদমক ৱাবীবক্লবনিকো।

– মখোয়নদি নঙবু ওক্তবা নুপাশিংদা য়োম্থোক্লগা পৈশা তানসি হায়বিবনি ঐনা য়াখিদে।

- আস ! ঐ তাবা ঙমদ্রে। নহাক লৈবমদ্রবদি ঐ কবি ওইবমগনি !

- প্রকাসনা নঙবু হেক উবগা হাৎকনি হায়বিবনি।

- মহাক হৌজিক কদায়দা লৈবগে? কবম তৌগ্রবগে? ঐনা পান্নবদি মহাকপু জেলদা পীবা ঙমই। মানা ঐবু ওৎখিবা লাক্লখিবা ময়ামদু নিংশিংলুবদা য়াম্না শাওনীংই।

– দেল্লীসিদা লৈ হায়বা তায়। নোংম, গাজিঅবাত্তা থেংনবমই হায়না তমই ঐঙোন্দা।

- মদুগী হিংচাবদু ! হেক উবগা চপলসিনা কনগনি। মমায়দুদা তিল শিংচিনগনি। মানে হান্না হাৎকদবদি।

- নঙনা খ্বাইদগী পামজখিবসি। সনাগী ফিবান হকপা ফুবিৎ। ফুল শাবি।

দুর্গা থৱায় তানা নোকচৈ। বোবীদা খূদুম্না শুবদুনা ওইনজৈ।

- মানি চুম্মে। মদু ঐনা খ্বাইদগী পামজর্বনি।

– অদুবু লৈবীনি হায়ববদি চৎথোক্কনু হায়ববসু, তুমিন লৈবো তূম্মো হাযববসু অদুম য়াই। খনসু খনখি কযাবক, লৈগে হাযনা অদুবু ঙর্মখিদে। ঙসিদি নঙগীদমক চামা চামানা খুজিং ওইবগা লৈবা ঙম্নগনি। নকোক্তুনা হিক লৈবদগী খোৎখিবসিনা খোৎখিবসিনা অদুদগী ঐনা পুবগা ইকজথোকপিবা অদুতদা ফবিবনি। নফি নবোল

ফাওবা ঐনা, আস ! কবি হায়গদবনো খঙদ্রেদা।

– ঐবু ইকজবিবিবা !? আস ইকায়বনা শিবেদা ঐদি। হে ভগবান !

– অদুতসু নত্তে, য়াম্না লৈদা হায়ববোই।

– হায়য়োবা, সে, ঐ য়াম্না তানীংইবা।

– মন্না মপুবোইববু য়াম্না নীংজবী অশেংবা সতিনি নঙদি। নঙনা প্রকাসতা লুহোংজববসু। নঙদি ঐগী নুপীনি। ঐদি মীনম্বা হৈতে। নঙগী থম্মোয়বু ঐ মশক য়াম্না মুন্না খঙই। জগৎ সংসাবসিদা নুপী হায়বজাৎসি অমত্তা থাজনীংঙাই ওইদে খল্লুবনি অদুবু নহাক অমদি লৈবমলি। দুর্গা, কবম্বা নুপা, কবম্বা মপুবোইবনো নঙনা পামজবিবসি?

– ইনাক্তা লৈববসিদি ! নুপা হায়বা জাৎসে তোংশাতবু মীহৌবা, লনথুমতবু কল্লকপা, মশাগী ওইজবতা থিবা, মীনুংশি য়াওদবা শানি হায়না খনখিবনি অদুবু নহাক্লা ঐগী থল্লায় অসি কনবীবে। নঙদি ঐগী অশেংবা অমানতনি। নঙদি ঐগী ঈশ্ববনি। অদো কৈনোমা হংগে। সাব কুলকর্নিগা কমদৌনা খঙনবিবনো?

– ঈশ্ববনা ইনশিল্লকপনি হায়গদ্রা, মমাঙ চহীদা নোংমা ষ্টেসন্দা থেংনখিবনি। ঐনা ব্রাবী লীকবদা ঐগী ইতেং পাংগে হায়না তাকপিবম্বনি।

– অদো ভৈয়া অমিব, নঙগী অঙাং অনীদুদি ঐখোয়গা লৈমীন্নসিকো। ঐ মখোয়বু উনীংই।

– নঙনা ঐঙোন্দা ভৈয়া কৌবসে কৌবনুবা। তাবদা য়াম্না নুংঙাইতে। য়াম পকত্রে।

– কবি হায়না কৌদৌবিবা?

- মিংখক্তা, অমিব কৌগেবা নত্রগনা বোবী কৌগেবা।

-- বোবীদি কবিগী?

– ঐগী মিংনে। অমিবদি ঐনা থোঞ্জবা মিংনে।

- আস, ঐ হৈনবোইদা।
- কবিগী, কৌবগা অদুম হৈনবক্কদবনে।
- হোয়, অমিব হায়না কৌবগে।
- হোয়নে অদুম হায়না নঙনা মিংখক্তা অমিব হায়দুনা কৌববদি ইনাকসু খুনগদবা হেক মাল্লেদনা।

  এ ! মিং কৌববু ইনাকখুনব্রনে ?
- যূমগী লক্ষ্মী হায়বদু হেক মাল্লে হায়বনিদা।
- ইস !
- মিংগৌগী হায়ববদি ঐখোয়গী মণিপুবীশিংদি যাম্না বেব্যহাব লৈনা কৌনৈদা।

  কবম হায়না?

  হো তাবীবিব্রো? নত্রগানা মখোয় ববা, মখোয় তামো, ম্নাখা আস যাম্না লৈখ্রে।

  ঐসু নখোয়গী লোল তম্নীয়ুকো। আস। ঐবু হৈগদ্রা খঙদেনে, কোক মতাসিগা।
- কবিগী হৈতদগে? হৈগনি। মণিপুবী লোলদি পৃম্নমক্লা রাযশিনবা থুবা, ঙাংবদা লায়না থোকপা, খোম্থোক নুংশিবা, মেংবা থোৎপা লোলনি।

  মণিপুবী নুপীশিংনা শেৎপদো -
- উম ! ফনেক।
- অদু ঙাক্তা অয়াম্বা শেৎলিকো।
- হোয়।
- শিন্দুবদি নম্ব্রা?
- নমদে। লাইবক্তা বিন্দি, চন্দল।
- অদু পৃম্নমক লোইনা তম্নীয়ুকো।

হায়না হাযনা দুর্গা কপথোবকলে। অবৎ অখম লৈতনা শিন্থবকপা পিনা

পূমচোৎ চোৎলে। বোবীনা হায়বকই,

– কৈদৌবে, কপ্পববা?

– ঐসে লাইবক য়াম্মা ফৈ। ঐ য়াম্মা নুংঙাই। ট্রেনগী খোঞ্জেলদুনা নাওশুম ওইবগা, ঐগী বাবানা পুং য়ৈদুনা, ঐনা জগোয় শাবগা হিংলকখিবা পুন্সিনি। ঐনা কবি কবম্বা পুন্য তৌবকপননো খঙদ্রে। নহাক্কুম্বা পূকচেল চাউবা দেবতা অমগী লোয়নবী ওইনা নঙগী সেবা ফংজগনি খল্লুবদা ঐ ... !

– অদুগা কবিগী কপলিবা? সে, কপকনুসে।

– মসিদি অরাবগী পি নত্তে। শিঙ্গুজসনু মনীংতম্মা।

– নঙনা কপ্পা উবগা ঐ নুংঙাইবমগনি নীংববা? নঙবু নুংঙাইনা থম্বা ওম্বা অসিতনি ঐনা ঈশ্বরদা নিজবিবা। অশুক কুইবা মতমসে নুংঙাইবা হায়বদু মশক খঙদনা লেল্লকলি। হিংলকখি লাইববগী ফিজং মকমদা। ঙসিদি ইনাক খুল্লে হায়বা নত্তে। অদুবু হিংনবগী লম্বী অমদি উবেদনা, নুংঙাইত্রনে সিবো? ঐগী থরানমিচাক্কী যূমদো নুংশিবকই ঙসিদি। মহাক্না ঐঙোন্দা পাবা কয়া তম্বীবমই।

– ঐ নঙগী রাবী তাবদা য়াম্মা নুংঙাইতে।

– ফবে, মতমসে ফন য়াম্মা থেঙলল্লগনি, পোত্থাবসি।

– অমিব !

– দুর্গা, ঐগী দুর্গা।

জেবো রবকী মৈঙালনা কাগী নৈতেং ওইনখি।

## (১২)

নোংঙানবগী অয়ুকনি। ভি, কে, কুলকর্নিগী দাইনিং রুমনি। কুলকর্নি, বোবী অমসুং দুর্গা পুন্না ব্রেকফাষ্ট লৌবি। অজয়না সেবা তৌবি। দুর্গাদা য়েংদুনা অজযনা,

– ভাবী, খবগা হাপচবকখিগে।

– য়াজবে।

– যাদে, য়াদে। সে, মসিনা ঐগী তবফতগী, মসি লোইনা চাবীগদবনি। ভাবীগুম্না মশক ফজবা, চপ মান্নবা অমা, ঐগীসু থিদবা যাদ্রে।

মখোয় পুন্না নোকমিন্নে। দুর্গাগী মমাঙদা খজুব, বর্ফি, লালমোহন, বসগুলা মথং মথং ট্রেদু থাংজিল্লি। দুর্গা বোবীদা নোক্নুনা য়েংলকই। কুলকর্নিদা অমুক য়েংদুনা ইকাইবপ খোইকম মোমোন তৌজে। কুলকর্নিনা,

– চাশিল্লু, চাশিল্লু হঙ্গোইকনু।

অজয়না অমুক মখা তাবকই,

– ঙসিদি য়াম্না নুংঙাইবা নুমিৎনি। ভাবীনা অশুম্না ফবকপসে য়াম্না নুংঙাইবে। ঐদি পুমঙক ঙকলে। ভাবীনা অহানবা লাকপদা হোস্পিতালদা পুনবা হোৎনবদা তৌখিবা মতৌদো আস ! ভাবীবু এম্বুলেন্সতা থাঙ্গৎপদো ঐসু যাওবিবনি। নত্রনে অজয় ভৈয়া?

– হোয় অচুম্বনি।

– সাব, ঐখোয়গী অমিতাদুসু মহাক্কী সুতিং মতম খজিক হাঙলবদি লাকউ হায়খিসিবা। মখোয় অনী উনবগী মিৎকুপ্পুনি ঐনা য়েংনীংলিবসে।

কুলকর্নিনা খুন্নকই,

– লাক্লগনি মহাক লাক্লগনি। ঐনা পাউ হাযপ্পবনি। হযেং নত্রগা হংচিৎতি শোয়দনা লাক্লগে হাযবকপনি। আকাসকা মখোয অনী লাকদ্রা হায়না খল্লি।

– আকাসপু অমিতাগা লৈমিন্নরনে?

– হুম ! লৈমিন্নদে। এয়াবপোর্টতগী।

– ও !

অজযগী খুৎতগী গ্লাস নাম্থদুনা তাখি। কুলকর্নিনা.

- কবিনো অজয, ইথক থক্লদুনা, নঙনা তৌথোবকপসিমা, খুনজিল্লু।

বোবীদা অমুক ওনশিন্দুনা,

– মাসু অনধেবিদা মথন্তুনিদো য়ূমদুদা। ঐসু ইথন্তনিদো য়ূমসিদা। ইপা ইচা লাপ্লবসে ঐসু নুংঙাইতে। অদুবু হৌজিক্তি, ইচা নুপী অমা আদা লৈখ্রবসু, ইচা নুপী অমা লৈবেদনা ঐগী য়ূমদা।

দুর্গাদা ওনশিন্দুনা অমুক মখা তাবকই,

– উম ! দুর্গা যেংঙো। অমিবসে নঙগীদমক যাম্না ব্রাজবকপনি। মহাক্কী সেবা নীংথিনা তৌবীয়ু।

দুর্গা লুকথকবা মায়থোংদু খজিক্তং হাইগৎতুনা বোবীদা মিৎচিনা হাইফেৎতং য়েংলুবগা হায়বকই,

– মহাক্তি ঐগী মিৎনা উবা ঈশ্ববনি। সাবগী তৌবীমল পুল্লিদা শিংঙল্লবোই।

– উম ! হৌজিক্তি নুংঙাইনা লৈবগদবনি। নখোয় অনীনা নুংশি চান্ননা নুংঙাইনা লৈবা উবগা ঐনা হেন্না নুংঙাইগদৌবিবনি। অমিবগীদমক্তদি ঐনা আশা কয়া তৌবি। ঐসু মীওইবনি নোংমা শিখিগনি। ইচানুপীসু ময়ূম পানখিগনি। ঐগী লৈবিবা লনথুম সম্পত্তি ময়াম অসি নোংমা মহাক্কী ওইববসু য়াই কনানা খঙবা ঙমগনি ? পূম্নমক মহাক্কী তৌথোবকপা থবক্কী মখা পোল্লবনি। অমিব, ঐনা হায়বিবসি তাবেদনা, অজয় নঙসু তাবেদনা।

বোবীনা কুলকর্নি য়েংদুনা হায়বকই,

- ঐ, ঐগী অঙম্বা শক্তি পুথোক্তুনা হোৎনজগনি সাব।

– উম ! হোষ্টেল নম্বর ফাইবতি কবি কমপ্লেন্ট লৈ?

- থোইদোকপা লৈজদে সাব, অদুবু কা অনীগী এয়াবকুল্লব য়াদ্রে হায়বা অমগা, মথক্কী ইকজফমগী ঈশিং তেঙ্কি পিকমল্লি হাযবা অমগা অদুগা আশোমগী মেসকী বিফ্রিজবেতব যাদ্রে হায়বা অমগা ...

– অদুগুম্বা থবক মচা মশুদু ঐঙোন্দা মথা শাহল্লক্কদবা নত্তে অমিব, নাহলদগী কৈদৌদুনা লৈবিবনো? নঙগী নথৌ তৌ। য়াদবশিংদো শিন্দোকখো, অব্রাৎপদু খুদক্তা লৈক। শিকি অনা থিবিঙৈদা ছাত্রগী কেবিয়ব শোয়বক্লবদি কনাগী মাঙজবনো? ইন টার্মস ওফ মিলিয়ন বিলিয়ন থাদবিবসি য়েংউ। কুলকর্নি মিবাকলস হোস্পিতাল, কুলকর্নি মিবাকলস মেডিকেল কলেজ হায়বিবসিনি মিবাকসল !

– খঙজবনি সাব।

– উম ! ফবে ফবে, য়ৌবো।

নমস্তে তৌবমদুনা বোবী দুর্গা থোকখি।

## (১৩)

মথংগী নুমিদাংনি বোবী চে চাং খব শুবি। দুর্গা মশম হাংতুনা লৈবন্দ্রদগী বোবীদা ওনশিল্লকুনা হাযবকই,

- তাবিবিব্রো?
- কবিনো?
- ঙসাই নুপীমচা অমা লাক্লমই। হোস্টেল নম্বর থ্রিদা লৈবনি হায়। মমিংদুবু উম ... সিতা। মণিপুবীনি।

বোবী শ্বাই লাওই, হুমাং অনপ্পী কায়। দুর্গানা মখা তাবকই,

- মহাক হোস্টেল নম্বর ফাইবসিদা লৈজগে, য়ানবা খব হায়নবীয়ু হায়বম্বা। সাব কুলকর্নিদসু দবখাষ্ট ইদুনা পীশনম্ব্রে হায়। মথন্তসু ওইবমালে। মাবু শোমদা লৈহল্লসিবা। ঐদি মাবু য়াম্না নুংশি, মবুক মপাওসু যাম্না ফৈ। মাদি ঐ উবদা ৎকম্ব্রবজাৎনিদনা, মহাক্তি হান্না

খঙদবজাৎনি। ঐনা মানিনে ঐ নখোয়গী সাব অমিরগী লোয়নবীনি হায়রুবদা ঐবু “ওহ ! ভাবী ” হায়দুনা কোল্লগা নুংশিনা খজাইদা চুপ্নীবনি। আকাস মেহতা কৌবা শেঞ্জাও পায়বা অমগসু ঐগা শোয়দনা খঙনহনগনি কাসু হায়বমই। খঙনহন্দবা শুংয়া য়াদ্রেয়ে মানা হায়বিবা। খঙদে খঙদে ভাবীগা লৈমীন্নবনি হায়বিসিনি। হোস্টেল নম্বর ফাইবসিদা লৈববদি...

– য়াবে য়াবে তোকও তানীংদ্রে।

– কবিনো হায়বিসিবো? মহাক্না হায়বদুদা ঐসু হোয় হোয় ঐ হায়নবীগে হায়দুনা হায়দোকপ্রে হাযবা।

– য়াবোই য়াবোই ঐ খঙই।

- কবিগীনো?

- হোয় লৈববসু লৈহনগনি অদুবু মতম খব লৈখিসনু। কা অহাংবসু লৈতে। হৌজিক হোংদোক হোংজিন তৌবদা নুংঙাইখিবোই। কা তোয়না হোংবসে ষ্টদিদা য়াম্না কায়বনি। নঙসিসু হোয়া ফবী ওইনা তৌবদনা। মীনা হায়বমই হায়দুনবু হেক, মীনা কবি কবি পংহায় হায়জিল্লম্লবসু হেক থাজবা তাবে?

হায়নবিঙৈ তাঞ্জাদুদা টেলিফোন অমা লাকই। মদু ওক্লগা দুর্গাদা ওনশিন্দুনা অমুক,

- ঐ চৎলুখিগে। সাবনা লাকউ হায়বি। ফজনা লৈবম্মু। থোঙ লোনশিল্লু। ছাত্র মখৈনা হংলবদি মেনেজিং ডাইরেক্তরগী মনাক্তা চৎখি হায়য়ু।

– চাকতি?

– চাথোকঅম্মো।

– তল্লি কৈসু। নহাক লাকপা ঙাইবমখিনি।

বোবী পবপ পবপ থোকখি। দুর্গা টেবলদু হাইফেৎতং লোইশিল্লি। মেগাজিন অমা ফাক্তোক্লুনা লাই অমুক য়েংই। কবি কবিনো খোবি অমুক খোৎলি।

হৌগৎতুনা মিংশেল মমাঙদা ঈশৈ ঙংদুনা, মখূৎ তিংথোক্লদুনা জগোয় অমুক শাই। ফমুংদা তপ্না হিপথদুনা মোমোন অমুক নোকচৈ, ব্রাখলগী ঈপাক্তা তাওজে। ঙাইহাক লৈবগা বহাদুব লাক্নুনা মী লোইনমক চাক চানব্রে থেংখ্রে হায়দুনা চাক থিল্লকইবনি হায়দুনা চাক পুবক্লুনা পিবল্মী। ঘডি অমুক য়েংই, বোবীদি লাকপা কৌবা লৈতে। ঙাইন ঙাইন তূমথখি। কয়াম কুইনা তূমথকববনো খঙদ্রে। বোবীনা মহাকপু কৌবদুনা থোঙ থীল্লকপা অদুতদা মিৎকপ থোবকই।

– কবিগীনো অশুক য়াম্না থেংবিবকইবদি?

– য়াদদুনা তৌবিবনিনহে।

– কবি হায়বিবনো?

– অচৌ অশাং মচানিদনা। হো, ঐখোয়গী সাবগী মচা নুপীদো, ফিল্ম কুম্বীদো লাকএ। অদুদা সাবনা মশক খঙনবো লাকউ হাযদুনা কৌবিবনি। ঐসু মেক- অপকা তৌদুনা খব কেদবা য়াদ্রে। নত্রবদি মীনা উশিৎলোইদৌবি। মাগীদু কবেম কথাইনবিব্রা, নোকনীংইব্রা কবিনো খঙদে। ঐঙোম্দা মুন্না মুন্না য়েংবৈ ব্রানি। হেবো মাল্লুবব্রা খঙদেব্রানি। সাবগী মমাঙদা কযা ইকাযখ্রে। শককাদি তাখৎখ্রেদা, ব্রাসি চাউন চাউন ঙাংঙদনা। মশকনেনা তৌবিদুনা খব থীবসু ফদৌবা, ইফ হেক ফজবদনা। মশক্লু উব উবগা নঙবু শুম ফুনিংঙকপগী ব্রানিদা। নোকফেৎ নোকফেৎ। ইস ! ঐবু জোকবগী তাইপতা।

– কবিগী, কবিগীনো ফুনিংই হায়বিবো? (নোক্লুনা) মশক যাম্না ফজব্রা?

– ফজেবো। ঐদি ফিল্মগদি অশেংবদনবু হেন্না ফজব্রা খল্লি। ইবেম্মা, চপ মান্নে। নঙগা শুকখেন খেন্নদে। ঐদি শুম হায়না মান্নবমগনি হায়বা শুংথা থাজদে।

– কবিদবু মান্নগেনে? ইস ! য়াম্না তানীংদেকো !

– মান্নৈবো। খেন্নবিবা হায়ববু মহাক্লা খব ঙৌব্রা। শাবি শেৎতে, শিন্দুব নমদে। মশম খোঁইদে। অসিতনি।
– অওইবগী ! ঐসু শমসি শৎ তিংঙদি ফদৌবা।
– পুবা মহাবানিনিদা। থবক মনা অমা শুদবজাৎনিদা। মশাগী থবক ফাওবা মীঙোন্দা তৌহনবজাৎনি। মীগী মতেং য়াওদনা মবোমদোম হিংবা ঙমজদবা য়াম্না তোনবা জিবনিদা। ফিন্মদকাদি খুঙ্গংগী লাইববা ইমুংগী মচানুপীগা শাবমগব্রা খঙদে। চৎলগে য়াদ্রিবনি। ব্রাবী অদুম শাদুনা লৈবৈ ব্রানি। ব্রাহংসিনা জাৎ জাৎ। সাবদদি হায়কবা য়াদে, হৈনবোই ঐদি।
- মীদি মমিং লৈববী, লৈবাক্লা শকখঙবীনে। খোংবান লুকপান্দা, নমথী হঙাইমবক্তা হিংলকপা ঐখোয়গদি খেন্নবা তাবা। মহাক্লা মান্নকবদি কদায়দগী য়াগদগে?
- মাগী মঙ্গেতব আকাস হায়বদুগা শাওনবব্রা খঙদেনে। কবিগুল্লা লাক্লবদি চংহল্লকনু লৈতে হায়খো হায়দুনা গেৎ ঙাকপদুদা হায়হৌই। শাওবসু নোকপসু নঙগা চপ হেক মান্নে। ঐদি থব্রায়বু ব্রাশিল্লকএনে, নঙনি হাযদুনা আশোমদা অমুক হাইজিল্লুববদি ইচোপ চোপননি। কবম হায়না তৌবিবনো খঙদে। ঐদি নখোয় অনীসি ফাইবোক্তুম মানশিল্লকএ। ঐ ফাওবনা খন্দোকফম খঙদ্রদি লুবেনে হা?
– য়াম্না মান্নখ্রবগী ব্রানিনে। য়াম্না উনীংঙে কমাইনা তৌনি !
– মিংশেল মমাঙদা অদুম য়েংঙো, য়াবে।
– ইস ! নঙগীদু থাগৎলিব্রা শিথবিব্রা জ্ঞান অমা তাশিল্লক্তবে। ঐখোয়সু মহাক্তুম হায়না মকে শেমদুনা লৈববদি দমা অমা ফজনি।
– ফবেসে পোত্থাবসি। চাক চাববা নব্রো?
– চাদ্রিদা, ঐনা ঙাইবমগনি হায়খ্রিদুদি?
– এ ! অশুক য়াম্না থেঙলবসি ফাওবা? মেসতি ঙসাইনা লোইবন্মনি।

– চাকপুদি ঙসাইনা বহাদুবনা খিল্লক্তুনা লৈববনে।

– এ ! অদুদি চাথোকওনে চাথোকওনে। ঐদি চারকঅবনে সাবগা, অমিতাগা ঐখোয় অহুম।

– তল্লি, পূক থল্লে।

– কবিগীনো চাদনা থল্লি হায়বিসিবো?

– ঐ ইথন্ত কবম চাগদৌবিনো, নহাক য়াওদনা?

– ফবেসে, লাকও, ঐসু অমুক্তং হুপলগে।

চাক থাংদোক্তুনা চামিন্নবে। বোবীদি অমুক্তং হপ্তুনা হৌগৎখ্রে। বোবীনা মখা তাবকই,

– হয়েংদি পেদেসু ওইবমগনি। মার্কেতিং চৎলুসি। নঙগী ফিবোল খব লৈকসি।

– লৈদ্রবসু অশুম য়াবিদা। কোন্না লৈবসি।

– কবিগী? য়াদে য়াদে, ঐনা লৈগনি খনখ্রবনি। নঙনা পামজবদো।

– পৈশা খব তুংশিন্নবা হোৎনবনা ফত্রা?

– পৈশা তুংশিল্লিবনি হায়দুনবু শেৎতবা চাদবা য়াবিব্রা? অঙাং য়াওদ্রিঙৈসিদা খব শেৎ চাহৌগদবনি।

– ঐদি মমা ওইবা কুইবেনা। পৈশাদুম খব থাবীখিসি। নত্রগনা ঐখোয়গী নাকসিদা থম্নসি।

কদায়দা লৈগে হায়বসু খঙদনা। এদ্রেস যাওদনা কমদৌনা পৈশা থাগদৌবিবনো?

– মখোয়না শোয়দনা হ্রাবৌবমগনি।

-- সিবু ঐগী ইবাল্লো? লমচৎ নাইদবীদুনা পুদুনা চৎচখিবা নত্রা? ঐনা মখোয়বু হুন্দোক্লুব্রনে? ঐসু মীনে, ইচা নুংশিবা খঙঙে। ঐবু হুন্দোক্লম্বগী, অতোপ্পা নুপাদা ময়ূম পানখিবগী নত্তে ঐনা শাওনীংলিবসে। নুপী অমনা মপুবোইবগী থাজবা মাংহল্লম্বদু মদুগীদমকনি।

– অদু ওইরবসু।

– তোকও, তানীংদ্রে। অবেম্বদা মথা শানবা অসিগী ব্রাসি অমুক হৌদোবকই।

দুর্গা খুমলক্তবে। তুমিন লৈম্লে। চাবা তোক্তনা তেবলদা ফমথবকই। বোবীনা ফমুংদগী মখা তাবকই,

– কবিগীনো অদুক মুন্না য়েংলিবদি?

– হুম ! কৈসু তৌদে।

– লাকও।

– ঐদি তুমখিবোই।

– টি, ভি, য়েংখিগে হায়বিবো?

– হুম, য়েংঙোই। ইমিং ফাওবা ইবা হৈতবসে মীগী মমাঙদা ইকায়জে। নহাক্কী নুপীনি হায়বদা মতিক চাদে।

– অদু কৈদৌববনো? ইবা পাবা তমগে অসিবো?

– হোয়।

– হুম ! হৌজিক্তি তৌগনু। নমিৎ শোক্কনি। মদুসু ঐনা শিনগনি। লাকও, লাকওনহে অমিতা কুলকর্নি নঙবো।

দুর্গা নোক্তুনা চংশিল্লক্লগা,

– অদুদি নঙনা কনা?

- ঐনা নঙগী নুপা। দুগাগী নুপাদি কনানো?

দুর্গা বোবীগী মথানুংদা ঙাথজবদুনা,

– অদো ঐ কৈনোমতা হায়গেবা।

– কবিনো?

– নুমিৎ খুদিংগী চাবগা তূম্বগা ফম্বগা, থবক অমত্তা লৈতবসে ঐ য়াম্না হৈনদে। মতম লেনবা য়াম্না ব্রায়। তৌফম খঙদে। শুম কাদা লৈনা লৈনা তৌবা য়াবা, ঐনা ঙমগদবা কবিনো অমত্তং তৌগেবা। অদুগা ইবা পাবসু হৈনীংই।

– কাদা তৌবা য়াবদি সেৰিং মেছিনগুম্বা, হেন্দিক্রাফকুম্বা নত্রগা কেন্দল শাগেব্রো? মৈখেৎ শাগেবো?
– হোয় অদুসু হৈগনি।
– নঙবু হৈগদ্রনে? নত্রগনা জগোয় শাগে হায়ব্রো?
– নঙ নঙ মী কবেম্নবক্কনুকো। নুংশিদেচো।
– হৈক্রু আচাব শেমগে হায়ব্রো?
– কবিগুম্বা অমা তৌবদি ফৈদনা। ইহাঙ হাঙনা লৈবসে,
– অহাঙবা কোকতি ভুট- প্রেৎকী শান্নফমনি।
– এ ! কোকপু কমাইনা হাঙদোইনোদা। অদুম খল্লিসিদি !
– ৱাখলদো হীবম অমদা শিজিন্নৌ হায়বা। শিজিন্নদবা থাঙনা কোঠ্নিং কাবকপগুম ৱাখল ফত্তবা চংলক্কনি হায়বা।
– অদুনবু হায়বিসিনি।
অদো, অদু য়াদ্রগনা অঙাং অমা লৈহল্লসেবা।
– এ ! অদুদি কদায়দগী লৌকদৌবিবা?
– মীনা অশেংবগী হায়বগা। মসিগী নুপাসিদি।
– হাই দেবী, নঙনা নীংবা থুংজবো।
– মশক'সিগা।

শুক্লা মম্নবা থাসিগী অহিং কযানা কুপশিনখ্রবা হাংলবা থম্মোযগী অতিয়ানি বোবীগী। মশিঙ থীঙমদ্রবা অঙাওবা লৈচিলগী পল্লোন কয়ানা কুপশিল্লুববা মকশিল্লবা মায়থোং দুগগী, ঙসিদি ঙাল্লবে থাজগুম।

## (১৪)

মথংগী নুমিৎনি। ডসিদি পেদে ওইবনা পৈশাসু ফংলে। দুর্গাগা মার্কেতিং চৎকে খন্দুনা চে চাং খব লোইশিন্নবা লাক্লবিঙৈ চৈবক্লুদা টেলিফোন অমা লাক্লুনা হাথু হাথু চৎখি। চেল্লিব্রা চৎলিব্রা খঙদে। হৃমাংসু মবিক মবিক কাবকলি। কুলকর্নিগী যুমদা চংশিনখি। ঙাইহাক লৈবগা অমিতানা বোবীবু গাড়িদা হাপ্লুনা পুখ্রে।

শোমদনা দুর্গা মিংশেল মমাঙদা শাবিদু শেম্বা হোৎনবি বোবীনা মার্কেতিং চৎনবা লোইশিন্দুনা লৈবম্মু হায়বমই হায়দুনা। লাকমন্দ্রবদা মাগী ওফিস কাদা যেংলুবদদি লৈবমদ্রে। মহাকপু পুবীদনা চৎখ্রবোই খন্দুনা থোঙ লোনশিন্দুনা ফমুংদা তুমিন হিপথখি।

নুমিদাংব্রাইবম ওইবকলে। অমিতা বোবী হল্লকলে। গাড়িদগী কুমথদুনা পোৎচৈশিং অদু পুশিন্নবা অজয কৌদুনা হায়বকই অমিতানা,

– অজয়, পোং- চৈশিং অসি ঐগী কাদা থনম্মু। অদুগা চাইনিজ চোপ নত্রগনা পিজ্জা অনী, হৈ মহিগা শেন্নক্কদবা, থুবকও।

বোবী ঙসাই চংখিবগী ফিজোলদু নত্রে। মমল য়াম্বা সাইনীং য়াওবা ড্রেসনি হোংলকলিবদু। খোঙউপসু অদুগা শমগী মওংসু। য়েংবদা মুন্না য়েংশিন্দ্রবদি বোবীনি হায়ববোই। অশুক্কী মতিক চীংলেম্না ফজবে। চংমিন্নখি অমিতাগী কাদা। অমিতা ফমুংদা পদ্রাক তাদুনা হিপথখি। অদুগা হায়বকই,

– আস ! কোক য়াম্না চিকএ। কৈনোমা তৌবেম্নী ঐবো। অমিব, কোকসি অমুক্তা নম্মুবাওসে।

বোবীসু হায়বা ইনবা অঙাং মচাদু মঙাই। উপাই লৈতে। বোসকী মচা নুপীনি। বোবী চংশিন্দুনা ফন্নগা অমিতাগী মকোক্কু নম্বীকবি। তাঙ্গাদুদা অজয় চংলক্লুনা,

– মেদাম, শোমদা লৈজবে।

– ফবে থম্মো। য়েংঙো, খোঙদু খব ঙাশিল্লম্মু।

অজয়সু হাইফেত্তং যেংলন্নগা খোকখি তুমিন। অমিতানা মখা তাবকই,

– অমিব চুকপসি 'মুক্তা লাল্লকউ।

– এ ! মেদাম, চুকপ থকপ্রনে? মদু অফবা নত্তে।

– ঐসু খঙইদা।

– অদুগা খঙন খঙন কবিগী?

– ঙাইহাক শুম পোত্থাবগী থানি।

– ঙাইহাক্তং ঙাইবীখোদা, কোক চিকই অমুক হায় অদুগা,

– নোক্কনু হায়বগা নোকনীংইবা কবিগী? তৌগনু হায়বগা তৌনীংইবনা কবিগী? হোয়দা, থাবীগী থানি। ঙাইখোনে, নঙগী ঐগী ফ্রেন্দসিপসি নঙ কবি খল্লি?

– নুপীগা নুপাগা মরূপ মপাং ওইবা য়াদে হায়বা লৈতেনা।

– নঙসে, ঐখোয়গী দেদিনা পূকচেল শেংবা থ্বাইদগী থাজবা য়াবা মীনি হায়, চুস্না?

– অদুদি করি ৱাহংনি হায়গে মেদাম? ঐসু খঙদে, ঐদি খুমিৎ খুদাংদগী হৌবকপা তোনশ্রবা অদুবু আত্মা অমদি য়াওজবা অহিংবা মী নত্রগা জিবদুনি।

– নঙসে কবি চাদুনা ফজবিবনো?

– মীঙোন্দা লান্দবা, অশেংবা অচুম্বাতবু থাগোন্নজবগা চম্না হিংজবা। অচুম্বা হায়বসিদি ফজদুনতা লৈ। মীনম্বা হুবানবা মীগী মায়থোংনা কৈদৌনুংদসু মশেক মঙাল থোকপা ঙমদে।

– গুদ, তাইবঙপালসিদা নঙগী কনাসু লৈত্রে হায় চুম্বা?

– হোয়। ঐগী হায়ববু দুর্গা, সাব অদুগা মেদাম অসি মঙাইবে। অসিদগী হেনবদি ঐগী হকচাং পোলাং অসিনি। থৱায়দি ঐগী নত্তে। থৱায়দি অমত্তনি। পূম্নমক চপ মান্নে। মীওইবনবু তাইবঙপালসিদা কবিবু লোয়নদুনা লাকখিবগে? কপ্পা নত্তনা।

– নঙগী ৱাঙাংসি তাবা য়াম্না নুংঙাইবা কৈনো'মা য়াওবি। লোজিক ওইবা, ফিলোসোফিকেল ওইবা ৱাঙাং, স্প্রিচুএলসু য়াওবগুম তৌই অদুগা লিটবেচবসু মমি তাই। কবি সবজেক লৌবকই?

– মেদামদি অফাওবা অইবা কয়াগী খুৎই ৱাবী স্কুপ কয়া নৈনবক্লবা, কবেক্তব এনালাইসিস তৌদুনা এক্ত তৌবক্লবা মীনি। পুন্সি কয়া নৈনবিবক্লবনি। হাইফেত্তং উখিবদা খঙবা ঙম্লবনি, অদোম্না অদুম লেপ্লিবো।

– নহাক লিটবেচবগী ছাত্র শোয়দনা ওইবমগনি।

– মানি চুমই।

– মনিপুবদি আর্ট এণ্ড কলচবদা, স্পোর্টতা থোইদোক্লা নূপীশিংগী অখাংকনবা মথৌনা মবিংজেল শিংথানিংঙাই ওই। মালেমদা শক তাকলি।

– মেদামনা তাকপিবিবদু অচুম্বমকনি। ঐনা কবিসু খঙউ হৈকদ্রবসু, অদোমদা য়েংলুরগদি, মণিপুরী মচানি হায়বগী চাওথোকচবা অমদি

পোকচবিবনি।

ঐদি নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামাদগী হৌবকপনি। ফিল্মদি কোন্না মমি তাববনি। ঐনা এন, এস, দি, দা লৈবিঙৈদা থা অহুম মণিপুবগী জগোয় অমসুং কলচববু নৈনখি। বাস জগোইদা হকচাংবু থোৎ নৌনা ইংনা মেগুনা নোয়বদো, মদুনা ফোংদোকলিবা নুংগী ওইবা বোদি লেঙ্গুইজ অশুক্কী মতিক থাক ৱাংই। কামশুত্রগা কয়ামুক য়াম্না নকশিন্নবকপগে য়েংউ। মদোমদা ঙাক ৱাহল্লোক পীকবগী ৱা নত্তে। নুংগী ওইবা ইচেলদুবু হায়বনি। হোয়, বিচুএলগী ওইবসু লৈবমগনি। এঙ্গল কয়াদগী য়েংবা মিৎয়েং লৈবমগনি। নুপা নুপী অনী লৈনবিবা মবী মশোমদা য়েংলুবগদি মসিনা জগৎ সংসাব অমা শেম্লকইবা। অদুগা এক্তিংদা হায়বগনা ৱাহং পাউখুম, হায়বদি কনাগুম্বা অমনা নুংশিনা য়েংলকপা মতমদা ইকায়না লুকথখিবা বেসপোন্স, নেগেতিব বেসপোন্সপু ওইববসু, আস যাম্না পাকচাওখ্রে লোইবা নাইদে। মদু জগোয়গী ইলিমেন্তনি। চিঙ্গাক্তগী পূক্লিং পোকই। পূক্লিংদগী জগোয়গী শাথেক পোকই। ঐখোয় মথং মথং শন্দোবকই। সভ্যতা অমা। পৃথিবী অমা। উ- ৱা শিংসিসু জগোয় শাদ্রনে? লোইবা নাইদে। ফোঙদোকফম খঙদে। নঙনা ঐগী কোক্তা নম্বীবিবা অসিসু নঙগী এক্তগী বেসপোন্স ঐনা তৌবিবা নত্রনে? মদুগী নুংঙাইবা অমা ঐঙোন্দা ফাওবকইর্বাস, মর্সিনি, কলাগী অথুপ্পা বস। নঙদি কবি কবি জগোয় উবে। ভাবত নাট্যম, কথকলি...?

কুলী অমনা উফম থোকপদগী হেনবা কবিবু উকগদগে'?

অপৌবা মিৎয়েংদা, নাগা দান্সকুম্বা, থাবলচোংবগুম্বা, বিহু দান্সকুম্বা মর্সিদি লোইচৎ হাইফেৎ মান্নে। মখোয় অসিনা ৱাহল্লোক তোঙাল্লা পুবা য়াই। মান্নবসু য়াম্না য়াওবি। ময়ামর্সি উকবগা খোমজিন তাশিল্লগা, মোর্ডন টেকনিক ময়াম অমা হাপচিল্লগা

মদুদগী ফজবা তোপ তোপ্পা পোৎশক অমখকনি ঐখোয়না থিবা হোৎনবিবসি। মদু খজিক্তংগা তস তৌকখদুনি ময়াম্মা ফজে নুংঙাই হায়দুনা হেক পেনবীবিবা।

ঐদি মেদামসি ফিল্মগী হেবোইনগী ঈশৈদা বোমাক্সতা তাওদুনা লৈবমগদবা মাল্লি অদুবু য়াম্না কুপ্না নৈনবিবকপোইবে।

মীনদি ফিল্ম কুম্বীনি অদুনি অদানি হেক হায়বিবা। মনুংগী আইদিয়া ময়াম অমা থিবিবনি হোৎনবিবনি। হেক্তা য়াবা পোৎ নত্তে, হোয় মপাম্বোংগী ইল্লুজন খবসু য়াওদবা য়াদে। তোঙানবা সংসাব অমনিনে। লোইবা নাইবা নত্তে। ঐগী ব্রাবীসিবু নুংঙাইত্রবো?

য়াম্না নুংঙাইজেদা মেদাম।

ব্রাবী নুংঙাইবিঙৈসিদা চুকপু অমতং থকসিবো?

কাওদেহে মাগী চুকপসি। ঙসিদি থকপিবনু মেদাম।

চুকপকী ফেক্তবি, মাগী শিম্বোলসিনা হায়বিবসি কবি হায়বিবনো খঙব্রা?

কবিবু হায়কনি হায়গে। শিম্বোলদি শিম্বোলনিদনা।

অঙৌবা লাইন অমা চুম্না ইনখৎলক্লগা অঙাংবা অমনা ককথৎলিবসি। জগৎ সংসাবসিদা লৈবিবা অফবা মী, অফবা খুন্নাই, অফবা কন্ত্রি খুদংমক তুম্না হাৎকনি হায়বিবনি। লাননি। মীওইবগী পুন্সিবু শীংনবিবনি। হাৎতোকলিবনি। মঙোন্দগী হেন্না ফবা খুদিং হাৎতোক্কনি'সিনি।

খঙদে, থকপা য়াববোই হায়বিসিনি। থকপিবনুবা মেদাম। চুকপ থকপনা মীওইবগী পুন্সি ককইবনি।

খব পোত্থাই হায়দুনা তৌবনি। থকত্রসু য়াইদা। ঐ পাউখোং অমা চনগে।

কবি পাউখোংনো?

ব্রাবী পাউখোং।

– য়াইনে।

– ইবানি চহী চপ মান্নে। অদুবু নঙনা চহী কুম্থানিথোই শুবা মতমদা ঐদি চহী নিপালখক্তা ঙাইদুনা লৈবে। ঐ কবম্বা থাগী তাবিখ কয়াদা পোকপনো?

– হেবা, মদু ওইথোকওইদা।

– ওইথোক্কুনবু হায়বিবনি।

– খঙদ্রেদা।

– হায়বগে। ঐনা ফেব্রুয়াবিগী তাং কুনমাপলদা পোকপা।

অনীমক নোকমিন্নে।

অমিতানা মখা তাবকই,

– অসিগুম্বা তাবিখতা পোকপা, জানুয়াবি তাং বান্দা পোকপা মীসিনি ফাওগল্লি হায়বিসে।

বোবীনা অমুক,

– অদুদি ঐসু অমা চনগেনে।

– উম।

– হৌজিক্কী পোৎসি ফুৎতোবিনিকো। ঈশিংদা ব্রোং ব্রোং শৌবমখৈ ফুৎপা। থুম কিলো অমা থাকচিনবা, মোবোকসু কিলো অমা থাকচিনবা। থুমসু য়াক্তবা। মোবোকসু শুংশা শাদবা কবি পোৎনো হায়বো?

– এ ! অদুদি লুইহে।

– খঙদ্রবো?

– লৈতেদা।

– লৈ। য়েকম ফুৎপা।

– ও ! চুম্মে চুম্মে।

– অমগা হায়য়ুবা মেদাম?

– হায়য়ুনে।

– ভুটনি। চহী কুনগী মমাঙদা শিখিবা। ঙসিদি মহাক অহল ওইবে, মকোইনা থবাক য়ৌবে। খুজিল শাংলে। মফি মবোলসু শেগায়বে। চুম্রা?
– চুমই।
– ঐদি য়ানীংদে।
– হায়বদি? মহাক অহল ওইবে। খুজিল মশম ককত্রে। মশানা তাবা নত্রনে?
– চহী কুনগী মমাঙদা হায়বদি মহাক্লা শিখিবা মতমদা ওইখিবা ফিবমদু অদুমমক ওইগনি। আত্মাদি অহল ওইবা লৈতে। মশম শাংদোবকপগী, খুজিল শাংদোবকপগী দবকাব ওইদ্রে। মাগী হকচাংদুদি মৈ থাগ্রবনি।
– নোং বেদ। য়াই য়াই।
– থাগৎলিঙৈসিদা অমগসু হায়হৌগে। খঙদি খঙদেকো। কনাগুম্বা অমা নোংমৈনা পাল্লে। পানবগা ঈ থোকই, বোম তুবগা শি। মসিবু চুম্বনে? ঐগী মততদি লানগদ্রা খল্লি। নোংমৈনা পানবগা চৈনাদু ব্রেন্দা হান্না য়েকখিনি অদুকান্দা নাবা ফাওবক্কনি। মথংদা ঈ থোবক্কনি। ঈদুসু কউ'এ্যগ্যুলেট ওইদ্রি ফাওবদি থোকওইদ্রনে? নোংমৈনা পানবা খুদিংগী তুগদবা নত্তে। তুবিবদুদি চৈনাদুনা, জ্ঞান মাংলক্লবকান্দা তুবকপনি। লানব্রনে? হোয়, হায়বিবশিংসি সেকেণ্ড অমা অনীগী মনুংদা থোকপা ঙাক্তদি ওই।
– হোয় হোয়। কাপ্পকলিবদুগী দিষ্টেন্স, ভেলোসিতি, ইনর্জি ফোর্স খঙবা তাই। শিবিবা মীদু নহাবা অহল্লা হায়বা ফাওবা নৈনগদবনি। খেন্নবা খব লৈ। হুম ! নঙ ঐগা লৈমিন্নবা য়াদৌবি। ইহে, য়েংউ।

অজয়না পুবক্লম্বদু। সে, য়াবে। অসিদুম চাখিসি। খূৎ শেংদোকউ। বোবী মখূৎ শেংদোক্লুনা মখোয় অনী চামিন্নে। অমিতানা বোবীদা মুন্না য়েংলদুনা মোমোন মোমোন নোকই। বোবী মমায় থমফম খঙদে।

অমিতানা,

– অমিব।

– মেদাম।

– হায়ববোইদা।

– কবিবো?

– নঙসে য়াম্না ফজবে হায়বা। ঐদি পুমঙাও ঙাওবে।

– আস ! মেদামসিমা ওষ্থোক ওষ্থোকপা। ইকাইজেহে। হোয়, ফাগী তৌফম অমা লৈবসিসু নুংঙাইব্রনে? নোং ঙানবদগী নুমিৎতাবা ফাওবা শুগৎলগা লৈববদি কমদৌনি। ঙাইহাকসু নোকথোকপা হায়বদুনি। কবিগুন্না 'মখক্তা হংজগে। মীনা থাগৎপসিবু কবি খনবীগে মেদাম?

– ঐনা কবিগুন্না খব তৌজবিবদুবু খঙবীদুনা হায়বীবকপা হাযবসিদি য়াম্না নুংঙাই নিংঙাইনি। নব্রনে? ইগোগী ব্রা নত্তবা। মীওইবনা শেন্না ঙমখৈগী ব্রাংমদা অশুম শন্দোকখিবা, অশুম শন্দোকখিবা, মিংচৎকী উবোং খিনবা পামদ্রনে?

– মেদামগীসিদি হিতলব, আলেকজেণ্ডববু নিংশিংলকই। কলাগীবু পম্থুং লৈব্রনে? লোইনাইদবা পোৎনি হায়বদাইনে? ঐ ওইববদি থাগৎপিবগী মহৎতা, নঙগীদু খব ব্রাৎলি, য়াদ্রিদা হোৎনখো, য়ৌদ্রি য়ৌদ্রি, হুমহায়না খক্তা হায়হননীংই। মীনা থাগৎলিবদু মেদামগী অবোইবা চৈখৈনি। অদুদগীদি নিংশিংবতা ঙাইহৌবগদবা।

– হন্দক অমেরিকাদা এসাইনমেন্ট অনীগী ইপিসোদ খব নমগনি। নঙগা ঐগা ঐখোয় অনী চৎমিন্নদবা য়াদ্রে। ঐনা নঙবু পুগনি। ঐগী বোদিগার্দ থমদে। ঐ ইথন্তনি। দেদিনদি অমা থম্নবা কন্না হায়বনি। অনধেবিদা লৈবিবসিসু চাওত্রবা য়ুমদুদা ইথন্তনি। নঙনা য়াববদি আদ ওইনা লৈমীন্নববসু য়াবনি। য়ানীংদব্রনে?

- মেদাম, ঐদি মদু...

– করিসু বাহল্লোই নিংথৌগুম্না লৈগদবনি। চাক থোংনবা, ফি শুনবা, বাইশিংনবা, চৌকিদার, ড্রাইভর লোইনা লৈ। ঐগী পর্সনেল সেক্রেটরিসু লৈগনি। অদুগা নহাক্না ঐবু শেন্নবিগদবা। ঐগী বোদিগার্দ। ঐগী শম্বল।

– অদুদি মেদামগী মঙ্গেতব আকাস মেহতাবু ওইহনবদা করি কায়বা লৈ? মেদামবু ঙাক শেনবা হায়বসে মাগী মথৌনি।

– নো বে।

– নিংথিববী নহাক্না থাজগুম আকাসকী পুক্নিদা ঙাম্ছোইবা। য়াম্না পক্নগনি। ঐসু আকাসকা য়াম্না নকনবা মবী লৈনবকই থবানমিচাক্কী য়ূমদা।

– হুম ! থাজনা থোকপা আকাস ওইবমদ্রে। পোলুসন থোকপা আকাস ওইবমলে। য়াম্না ফত্তবা মীনি। লৌনম্বনি ওইদবনি। নুপীবু শান্নপোংকুম্না খনবা শাদগীসু হেন্না তোনবা মীনি।

– হায়বিবসিবু?

- পুক্নিসি ফাগী নত্তে, পুক্নিগী খোঙলোই থিবদা তবাইনা লৌফম থোক্তে। নিশাগা নুপীগা। মহাক্নদি ঐসিবু ইপঙ পঙবী নুপী অমগুম উকবমালে। চাওখৎলবনি খঞ্জবিবা মহাক্কী সোসাইটিদো ঐদি তুক্কচে। শেঞ্জাও পায়বা মচানি, মাগী পৈশাদো ঐঙোন্দা দবকাব ওইদে। মোইথেম তৌবা য়াবা, ইশানা ইশাবু অচাকপা মৈনুংদা লংশিঞ্জগদবা নুপীদুদি ঐ নত্তে। বাই দ বে, দুর্গা হায়বীদো নহাক্না থবায় কনবীদুনা পুবকপনি হায় চুম্রা?

– মানি, মাগী কনা লৈত্রবী, ইচম চমজবীনি। মবা মপুবোইবনা কেবোসিন হৈজিন্দুনা হাংনবা হোংনবদগী ময়াম চঙদুনা কনখিবনি। তমথীনা ফুবীবদগী বাখল চোইববী অঙাওবী ওইনা চহী কয়া লৈকববীনি। ঙসিদি মহাক ফবে।

– ঐ মানব্রনে?

– হোয় মেদাম।

– কয়াম মান্নগে?

– উবগা খঙগনি।

হায়নবিঙে তাঞ্জাদুদা অজয় চংলক্লুনা চাখি থকখিবগী পোৎ চৈশিংদু লোইশিল্লবি। অমিতানা অজয়দা য়েংলদুন,

– অজয়, নঙসু চিবাইদি আ য়ৌবেনে। নুপী অমা থিজন্নবা তৌবোদনা।

লেপকক তৌবগা অজয়,

– ঐঙোন্দবু কনানা লৈবীদৌবিবা?

– এ ! থিবু থিবৰদি কবিগী ফংলোইদবা? ঐগা তান্নৌনে। নঙগী সেবা তৌবীনবা অমা য়েংঙো হায়বনিদা।

- ইখোঙ তেকপসু নত্তে, ইখূৎ তেকপসু নত্তে, ঐগী থবকতি ঐনা হোৎনজৈদনা।

- হায়মা ! কবিনেগে'সিদে' মসিগী নুপাসিদি ঙাওবেদনা। নাবগা কনানা সেবা তৌবীনি?

- নর্সনা।

হায়বল্লগা পবপ পবপ থোকখি। বোবী অমিতা নোক্লুনা লৈহৌই। অমিতানা মখা শমথবকই,

– দুর্গাদু য়াম্না উনীংই। ঐগী নাক্তা পুবকউ। হৌজিক নঙগী নাক্তা লৈব্রা?

- হোয়, ঐখোয় অনী লৈমিন্নজবনি। মহাক পৃকচেল চাউই, ঐ মানু নুংশি। ঐনা লাইবক ফদুনা সাবগা থেংনকুবদগী সাবনা পুম্নমক হোৎনবীবিবনি। কবম্বা কান্দা কবিসু লৈত্রবা ঐনা লমনসি শিংবা ঙমগদবনো। ঙমগনি হায়বা নীংদ্রে।

– মীওইবা হায়বসিদি অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা হিংমিন্নগদবনি। থোইদোক্লা খল্লনুদা। অৱাবা ৱাবীসে নুংঙাইতে। নুংঙাই নুংঙাইবা ৱাবী শাসি।

অমিতা ঙাইহাক তুমিন লৈরুবগা, মোমোন নোক্লদুনা,

– ঐনা নোংমা স্বামী অমদা খুবাক ময়ি য়েংবদা হায়বিবা, ঐসে 'এম' না হৌবা মাইকৈদগী নুপা অমদা য়ূম পাননি হায়য়ে।

– এ ! মরা লৌদে। এমনা হৌবা মায়কৈবু লৈব্রনে? নোর্থ, ইষ্ট, সাউথ, বেষ্ট, এমনা'মতা হৌদে।

মণিপুব এমনা হৌবিসিদি?

– অদুদি মায়কৈসু নত্তনা। লম মমিংবো !

– আস, তল্লিহে। বিৎকা'মতা লৈতে।

– মিংগীদি হায়দ্রো মেদাম?

– মিংদুনা 'এ' না

– অদুদি আকাস তাবেনে?

কবিগী? অমিবদি 'এ' না হৌদ্রো?

ঐগীদি 'বি' না হৌই। বোবী। হা ! হা ! গুদ জোক ! ব্ৰাবী নুংঙাইবা হায়বদু 'সি মঙাইবে। নুংঙাইবিঙৈসিদা ঐসু, ঐ অমুক চৎচবগে।

অমিতা শকফম খঙওন ওল্লদুনা হায়বকই,

কবি নুপানোহে ! ঙাইহাক্তা ফম্মু। নচা ময়ামসি ঐঙোন্দা ইর্নশিল্লম্লগা কদাযদা চৎকে হার্য়বনো। য়ু থকপা চৎকদৌবিবা ওইবিনিনে ! নোংঙানবদগী নুমিৎতাবা ফাওবা যুদা ঙাওদুনা লৈবা ! নঙগী খবচ হুনবা ঙমদ্রে। নমান নমান্নবনা মশা মশাগী কববাব চাওখৎনবা হোৎনবিবশিংসি নঙদি উবিবোই। লৌতাঙ তাঙবনিনা, ঐদি শিজনীংঙেদকো। কমদৌনা অসিগুম্বা নুপাদা য়ূম পাল্লুবনো ঐবো ! মমাঙগী খুবাতোননসু পৈশা থৌবা লাক্লম্বনি। তাং কুন ফাওবগী মনুংদা পীদ্রবদি উকিল নেক্লগা ফাহনগনি হায়বম্বনি। মদু কবিমতা খঙবিবা নত্তে নঙনা। অঙাংশিংসিনা মবোল অমা। অদু লৈবীয়ুগা, অদা লৈবীয়ুগা, ঙংলিবা। মপা নত্রো? শেন্দোন্না খ্বাং কোয়ববসিদা হৌজিকপু কদায়দগীনো, খল্লো,

নকোক্তু শিজিন্নৌও !

বাহৈশিংদু অমিতাদদি ইমপ্রোবাইজ তৌবা শেমজিন শাজিনবা ডাইলোগ ওইববসু বোবীদি তাবা ঙমদ্রে। মমায় মমিং ঙাংশং ঙাংলে, থমফম খঙদে। ফুক হৌগংলি।

– ঐ, ঐ চংচবগে মেদাম।

– হাই ঙাইখোনে, শাওবব্রো? ফাগী তৌবনিনে।

নোকফেং তৌবদুনা বোবী,

– অদুগী নত্তেদা, মেদাম ঐবু চংচবা য়াবদ্রা?

– কবিনো শাওবরো? চংলগে হায়বিবো?

– হোয়।

– ও ! ফবে অদুদি য়ৌবো।

– য়াম্মা নুংঙাইজবে, মেদামনা ঐগীদমকসু যাম্না লৈবিবে। থাগংচবি।

– নঙনা মেদাম কৌবদো য়াম্মা কোইবা মাল্লি মিং হেক্তা কৌ কৈদৌবগে? অদুগা য়েংঙো, দুর্গাদু হয়েং ঐগী নাক্তা পুবক্কদবনি।

– ফগনি আ মেম ...।

– কৈনো'মতংগা। মীপুম খুদিংমকসিবু পোলুসননা মাঙহনখিবা পাম্ব্রনে? ইন্দিয়াসি নুংশিদ্রো?

– নুংশি। ঐদি গ্রীন প্লানেটসে য়াম্মা নুংশিজে।

– অদুদি য়াবেকো, ঐগী বোদিগার্দ?

বোবী খুমদে মোমোন্তমক নোক্কল্লগা থোকখি। অমিতা য়েংদুনা লৈহৌই।

বোবীনা মাগী কা য়ৌবকপা মতমদদি দুর্গা কপ্পুনা লৈবম্মী। বোবী য়ৌবক্লবদা দুর্গা থোঙ হাংদোকই। বোবীবু মুন্না য়েংই। য়াদি ঙাংদে। মপি তৈথোক্লুনা ফমুংদা ফমই।

বোবীনা হংলকই,

– কৈদৌবে কপ্পুনা লৈবম্মীবদি?

– নঙদি শুংলাকসু লাক্তনা ! মার্কেতিং চংসি হায়বম্বা নত্রো?

কদায়দবু চৎলুবিবনো?

– এ ! অদুগীবু কপ্পা হৌনব্রনে? ঐদি জাৎ জাৎ খল্লুবে।

– ঐ ইথন্ত নঙবু ঙাইবদা কয়াম রায় খঙব্রা? নঙ নত্তনা ঐগী কনানো? ঐ কয়াম রাবমগনি খঙদববা? ঐবু হুন্দোক্লম্লগা চৎব্রবদি ঐদি কোক শিদোক্কনি হায়বিবসিনি।

– নঙবু হুন্দোক্লম্লগা কদায়দা চৎকদৌবিনো? অচা, অঙাং মচা মান্দ্রা? ঐসে ঙসাইনা লাক্লগদবনি। মেদাম অমিতাদো, নশক মান্নবীদো মাগা থবক অমা চৎমিন্নদবা য়াদদুনা চৎলুবনি। হুল্লকপগা ঐসু লাকল্লিবসিনি। মীগী মখাদা থবক তৌবা হায়বসে অসিনিনে। অচৌবনা চান্নবা, য়ান্নবা চৎপা তাবনি। ঐখোয়না ট্রেন ষ্টেসনদা শুজবগা নোমজবগা ফংলগা চাবা ফংদ্রগা তোকপা মদুগী মতৌদু নত্তে। য়েংউ সাবনা ঐখোয়বু মচাদা মচাগুম্না কয়াদা লুনা চান্না তৌবীবিবা ! মীগী থাজবা মাঙহনবা য়াদে। সে, শাওবনু হায়বা। ঐ লাক্লবসিদি। অবেম্বদা পি তাহল্লে। নুংঙাইনা লৈবম্মু য়াদ্রো। সে, নোকওবা, নোকওসে। এ ! এ ! নোকএ নোকএ, তু...

- হিংচাবা ! সিবু ঐনা কপনীংদুনা কপ্পবা? নঙনা কপহনবা নত্রা?

- ওফিসকী টেলিফোনগা লাক্লম্রা? কবি কবি হায়বকই?

- হৌজিক ঙাইহাক্কী মমাঙদা টেলিফোন অমা তৌবক্লম্বনি ক্লার্ক ওইবমালে। বিল সবমিৎ তৌবকউ হায়য়ে। হায়ববু থোক্তেদা।

– য়াবে খঙঙে। হয়েংদি মেদামনা নঙবু পুদুনা লাকউ হায়বি। নঙবু উনীংই হায়। ফজনা কেথবগা চৎপা তাবনি। লাইবক ফববদি ফিল্ম নমসি হায়বকই হায়বসু খঙদে। মুম্বাইদা পুনি হায়বনিকো, অমেবিকাদকাসু চৎকনি হায়বনি। আস অদুদগীদি নহাকসিনা ফিল্ম কুম্বী অফাওবী ওইখ্রবা, অদুদগীদি ঐবুনা বোতল অহাংবগুম্না হুন্দোক্নুনা থম্বীবম্লবা !

– তানীংদেহে, অসিবু রানেনা। বোতল অহাঙবা খুল্লগা মিনবেল

ৱাত্তব শাদুনা য়োম্লকপা মীনে ঐখোয়দি। ওইস়ু ওইবোইদবা ৱা ঙাক্তা। ইস ! ঐনা ফিল্ম কুম্মদি ফজবনিহে।

– এ ! ফজগদৌবিবনে, নঙদি কপ্পগী এক্তিংসু হৈ, অদুগা জগোয়সু হৈ, মীঙোন্দা ফুবসু হৈ।

– এ ! এ ! ঐবু কবি ফুবা হৈবিবা?

– ঐঙোন্দা খূদুম্না শুবিদুদি।

– মশক'সিগা।

– জগোয হায়বগা, আস ! ঐদি ইথক থক্কুনা ইলাং লাংঙমগদবা মাল্লি। লেকচবসি ফজনা তৌথবকপগী ৱানি। মেদামনা ঙাংর্বাসি ঈশিং লিংতেহে। ঐসু উম উম হায়দুনা তায়। হুমাং অনপ্পী কায।
এ ! খঙবদি ফজনা খঙবজাৎনি।

– অদুগী ৱাদি অফাওবীনিদনা।

– হয়েংদি নঙগা জগোয কনানা হেন্না হৈবনো য়েংবা তাবে।

– এ ! অদুবুদি শাবীগেনা, কবিসু কিবীদে।

– সবাস ! ফৈ ফৈ, হয়েংদি জগোয় য়েংবা তাবেদনা।

– নঙদি য়েংহল্লোইদবদো।

– কবিগী?

– টিকেৎ য়াওদ্রবদি চংহন্দে। মেদামগা ঐগতং শাগদবা।

– অর্দুদি লোন্না কেমেবা নমহৌবা তাবে।

– য়াবোই. অদুদি হুবানবগী চৈবাক ফংবা তাবা।

– ঐদি যেংবা লাক্কনি। জর্জ য়াওদর্বাদি য়াবোইনা।

– লাক্কননবা নখোঙ নখূৎসে লোইনা পুন্সিল্লগনে থমদৌবিবা।

– জগোয খব হৈ হায়দুনা চাওথোকপগী ৱানিনে?

– চাওথোকএ ঐখোযদি।

– মসি মসি।

– অয়ো ইমা, হিংচাবাও !

– আস ! চাকসিবু পবপ পবপ চাথোকনীংঙ্ব্রেদা ঙসিসে । সত্য পুংসিসু শুংচৎ চৎত্রব্রা কৈনোমা তৌবে হায়ব্রানি।

– হাইমা, চাক লাম্মব্রো?

– খঙদেনে ঐগীসিবু লাম্মীব্রা লামদব্রা, চাক পবপ পবপ চাথোকনীংঙকপগী ব্রানি।

– নুমিদাংগী পুং নিপাল ফাওবা তাদ্রি, মেস তাইমিং য়াম্না ব্রাৎলি।

– অদু ওইববসু চাক চাথোংনীংঙে হায়বিবসিনি।

– কমাইনা তৌনিসিদে।

- আস ! তুম্মসিবা।

- হাই বাম ! কয়াদা ইকাযবা খঙদ্রিবনো যেংউ মসিগী নুপাসে।

## (১৫)

মথংগী অয়ুকনি। কুলকর্নিগী ভিজির্তস' কমনি। অজয চাইদুনা লৈবিবা ফাইল খব লোইশিনবা হোৎনবি। মথন্তু মুকম মুকম শোন্দুনা ঙাংই, কয়াদা মবাইবক ফগ্রবনো মীগী মচাদি। ঐগী লাইবকসিনা কবম্বনো খঙদে। থী হানব্রা কৈনোমা তৌই। অমনা অমুক য়েৎলি, অমনা অমুক য়েৎলি। অশুক কুইনা শঙজবকপা, অশুক কুইনা ঙাওজবকপবু কবিসু খঙবীদবা। অতা অতু কদায়ব্রাইদগী খুল্লকপনো খঙদে। মীনা মবাইবক থম্বাল শাৎখিদৌবে। মপু ওইখিদৌবে। ঐনা মীনাইদগী হেন্দে। লূ-য়াং তেকপমখৈ হোৎনজবিবা মীগীদমক্তনি। মীগীদি ফম্বা কল্লগা ফম্মেন ফমই হায়রে, ঐগীদি য়াইবোং থুংঙে। মীনাইনে মীনাই ঐদি মীনাই, মচুমনা হিংজবা। মীগী হকচাং মনুংদা লৈবা তিল, পেবাসাইদ !

লুনা চান্না তৌশিন্নবগা খূবামনুংদা থমদবা য়াদে। নত্রগা হূ পীজদুনা পুল্লপ হাৎতোকখ্রসিবা? এ ! চাবোন শুবোন ফাওবা পৈশা পায়হৌবা হায়বদু অদুম ওইবে। ঐসিসু কয়া ফবা মীদি নত্তবজাৎনি। অসিগুম্বা ব্রাখলবু খল্লুবিবা ! খন্দদি কৈনো? খন্দদি কৈনো? ব্রাখল খনববু পাৎপ্রো? পোমব্রো? খোইদৌদি শাওনীংখ্রেদা ! মিৎসি নাখ্রেদা ! মখোয়গী মবলনা হিংবা মীবো ঐবো?

তাঞ্জাদুদা কুলকর্নি চংলকই। অদুগা হায়বকই অজয়দা,

– হাই, অজয় য়াবব্রা?

– আ... আ ... হোয় সাব।

- কবিনো নঙনা নথন্ত ঙাংইবদুনা? কৈদৌবগে? কনাদনোনে নঙনা শাওবিদুবো?

– কবিসু নত্তেদা, আ... কনাদসু শাওদেদা সাব, শুম ...

- উম ! অমিবদু অমুক্তা কৌ। হৌজিকমক লাকউ হায়য়ু। অদুগা য়েংউ, কদায় লৈখ্রে দব্লিউ, এইচ, ও, থ:বদো, উম ! মসিগী ফাইলসে মসিমা ডা. চোপ্রাদা থব য়ৌহনখো। ঐ বেঙ্কতা অকুবা মিতিং অমা লৈবে। অমিবগা লোয়ননা চৎকে।

অজয় টেলিফোন থাঙ্গৎলি। ঙাইহাক লৈবগা বোবী দুর্গা চংলকই নমসতে তৌই। কুলকর্নিনা,

– উম ! অমিব লাকউ চংলকউ। নাহলগী ফাইলদুদি পীখ্রবা নত্রা?

- হোয় সাব, পীজখ্রে। আ, ফাউন্দেসন দেগী থবক অমা তাকপিখিবদুবু?

– হয়েং ফাউন্দেসন দেসিদা, ছাত্রশিংগী ইন্টটেন্দ প্রোগ্রাম ময়াম অমা উৎকনি। অদুদা ছাত্রশিংনা কন্না হায়বকপদগী মখোয়গী ইন্টবেস্তা অমিতাসু স্পেসিএল প্রোগ্রাম অমা পীগনি। প্রোগ্রাম কন্দক্তসু মহাক্না তৌগনি। মহাক্কী দবকাব লৈবা খুদিংমক নঙনা এবেঞ্জ তৌগদবনি।

— ফগনি সাব। এ ! অদুবু ঐবু হৈগদ্রনে সাব?

— মাগা উনবগা হেক খন্নবো। অদুগা ঐখোয় অনী হৌজিক বেঙ্ক ফাওবদং চৎলুসি। অকুবা মিতিং অমা য়াওদবা য়াদ্রে। প্রোসেস ময়ামসে নঙসু মনুং মপান ফাওনা উনবা। হুম ! খঙজিনবদু ফৈদনা।

— সাব।

— উম ! দুর্গা নঙবু ইহৈ হৈনদ্রবো? অসিদা লৈবসিবু নুংঙাইএব্রনে?

দুর্গানা নোক্লদুনা খুম্লকই,

— য়াম্না নুংঙাইজৈদা সাব।

— উম ! অদুনি অদুনি। নুংঙাইনা লৈগদবনি।

মচানুপীদা কৌবদুনা,

— হাই, অমিতা অমিতা !

অমিতা চংলকই, কুলকর্নিনা মখা তাবকই,

— য়েংউ, দুর্গা, কনা মানগে য়েংউ। নখোয় অনী লৈমিন্নবম্মু। ঐ অমিবগা মিতিং অমা চৎলুখিগে। মাগী গাড়ি অমসু য়েংলক্কে। মহাকসু ব্রাবেনে, গাড়ি য়াওদনা হংগৎ হন্দা চৎপদা, হা অমিব'?

বোবী নোকই। অমিতাদা হাইফেত্তং য়েংশিল্লুই অদুগা দুর্গাদা হায়বকই,

— লৈবম্মু মেদামগা ব্রাবী শাবম্মু ঐ চৎলুখিগে।

হায়বন্নগা থোকখি কুলকর্নিগী মতুং ইননদুনা। অমিতা দুর্গাবু মুন্না য়েংই অদুগা নোকফেৎ তৌবদুনা,

— লাকও, ঐগী কাদা ফমলুসি।

- নমসতে মেদাম।

মখোয় অনী চংমিন্নখি অমিতাগী কাদা। ফমথবদুনা অমিতা দুর্গাবু মুন্না য়েংলকই, মফম খুদিং শিনবা থুংনা অদুগা ইংনা মেঙনা হায়বকই,

— মধ্য প্রদেসকী খুঙ্গংগী পুন্সিদো নুংশি। "তালাক" হায়বা ফিল্মদু য়েংলব্রা? মদু নম্লমদাইদা পেটলাব্রাদ, মানপুব, কাইথা হায়বিবা মফমশিংদুদা থা অনী ট্রেনিং তৌখি। মখোয়গী খুঙ্গংগী পুন্সিদো

*চুশিন্নবা হোৎনখি। ঐনা পদ্মা নাদকনিংগী শক্তম লাংখি। খাজুবাহো*
দান্সসু মোর্ডন টেকনিক ময়াম অমা হাপচিন্দুনা ষ্টাইলাইজ তৌদুনা শাবকখি। নন্দুবু কৌববদি পূকচেল হেক্তা শেংলমগদবা মাল্লি। ঐনা চৎলমদাইদা মহাক্না উৎখিবা মাগী মায়থোংদো মদুমক্নিনি। ফিল্ম সিনা হিট চৎখিবা। হিংলিবা মহিং, পুন্সি, মদু, মদু ঐগী মাষ্টব পিসনি। অসিগুম্বা কয়া কয়ানিদা।

হায়বম্নগা দুর্গাবু য়েংদুনা শিথ শিথ নোকথোবকলে। দুর্গা ঙকপদা থেংলে। ইকায়জবসু ফাওবকলে। তৌফম খঙদ্রে। অমিতানা মাগী লেপতোপ কম্প্যুটবদু নমদুনা য়েংহল্লি। অদুগা হায়বকই,

- মসি কনা মানবগে য়েংউ। শুকখেন খেন্নদ্রে। নহাকসু য়েংউনে, মান্নদ্রা?

দুর্গা মুন্না য়েংই। কম্প্যুটব মনুংদুদা মহাক চোংথোবক্লবোই নীংই। মমিৎ লংখৎতুনা মখূৎনা মচীন খুমদুনা য়েংলগা লৈবে। অমিতানা মখা তাবকই দুর্গাবু য়েংদুনা,

- *ঐসে কযাদা লাইবক ফখ্রবনো?* থিকবা তৌদনা ঐগা শকমান্নবী অমা ফংজবে। অঙকপনি ঈশ্বব মাগী খূৎশেমসে! ঐনা ইচে কৌগদ্রা? মান্নবমগদ্রা? চহী কয়া শুবে? ইতা হেক্তা কৌবগে।

দুর্গানা ইকায়বপ তৌনা নোক্লদুনা,

ঐদি অঙাংনিদা। মেদামনা হল্লমগনি। ঐদি চহীকুন।

- ও ! অদু ওইববদি ঐনা খব হল্লে। ঐগীনা চহী কুনমঙা। অদু ওইববসু ইতা কৌবা কায়দেনা।

তাঞ্জাদুদা অজয় চংলক্লুনা কাপুবজি লাকই হায়না তাক্লবে। অমিতানা চংহল্লকউ অদুগা চান্না থক্লবা খব শেম্লকউ হায়না খঙহনব্রে। ঙাইহাক লৈবগা বোকি কাপুব, সঞ্জয় দিক্ষিত অমসুং কেনেদিগা লোয়ননা, গুদ মোর্নিং অমিতা হায়দুনা চংলকলে। চংলকলিবা কাংবুদু ফল্লমলিবা অনীদুবু উবদা পূমঙক ঙকলে। অঙকপগা লোয়ননা হায়বকই বোকিনা,

– এ ! কবিনো তৌরমলিবসিদি? ঐনা উবিবসিবু চুমলিব্রা?

অমিতা নোক্লদুনা,

– লেওশিল্লকউ কাপুবজি, সঞ্জয় ফমসি। কেনেদিসু য়াওবকলিদনা।

দুর্গাদা চঙলকলিবশিংদু শক তাকই। কাপুবজিনা মখা তাবকই,

– কবিনো অমিতাজি, অনীসিবো? অনীসিবু, ঐবু কবন্না, অমসিনা ননাউনুপীবা নত্রগা আম্না ওইনা চোংথোক্লুনা পদ্মা ওইনা থোবক্লব্রা?

অমিতা নোক্লদুনা হায়বকই,

– মহাক অনীশুবা ঐনি। দুর্গা। ঐগী য়াম্না তাংনা ফংজখ্রবা। য়াম্না ব্বানা থিকবগা পুজবকপা। ঐনা নীংজবা ঈশ্বব মহাক্লা থাবীবকপা।

– উ! য়া, মানি, মানি শক্তমসিমকনি, মায়থোংসিমকনি, সেটসিমকনি ঐনা তালাকতা ওইহন্নীংখিবা ক্রেৎ তৌখিবা পদ্মাদু।

দুর্গা মিৎ থমফম খঙদে। মশাদু হৈনদনা উবে। অমিতাদা হায়বকই,

– মেদাম, ঐ চৎচবগে।

অমিতানা খামদুনা,

– কৈদৌবগে হৈনদ্রবো? ঙাইখো, ঐখোয় অনী থবক অমা লৈবি।

তাঞ্জাদুদা অজয়না অচা অথক পুবক্লুনা ব্রেকফাষ্ট লৌবে। কাপুবনা মখা তাবকই,

– অউ ! হাওব্রেদা, কবি হাপ্পজাৎনো? লাইবক ফববদি হন্দকসু বোম্ব ওফিসতা য়েগদৌবিবনি মকোক্তা। অমেবিকাগী খোঙচৎসি...

ব্বাবী মবক থৎতুনা অজয়বু কৌই অমিতা,

– অজয়, তাবিব্রা, হৈ খিত্তা পুবকউ।

– য়াওবিসিদি?

– হৈ য়াম্না চানীংঙকপগী ব্বানি।

– হৌজিকপো? আস অদুদি হয়েং কবিগুম্না যুম পাল্লবদি হৈ য়াম্না চাগদৌবিজাৎনি।

– *খঙদে। য়াম্না চানীংঙকপগী ৱানি। এ ! ঐদি য়ূম পাল্লবসে ! নখোয়দি খঙহৌদ্রবোইবে।*

– অচা তুকচ্চদ্রা? অমদো, কেমেবামেন্দো, জোহন, নুমিৎ খুদিংগী লাকই ইঙো। আস ঐদি মতৌদো য়েংবা ঙমদে য়াম্না নুংশিবৈ ৱানি।

– চা-চা- তোকও তোকও, মদুই ৱাদুমা তানীংদ্রে। মৱা লৌদে। শিনফমগী খোঙলোয় ওইনা অদুক লোয়নকবখক্তনি।

– অফবা মীদি মাল্লি।

– খঙনৈ চান্নে অফবা মীনি হায়দুনবু থম্মোয় হেক্তা পীগদ্রো? কবিনো নখোয়না হায়বিসিবো?

– মমাদো...

– নখোয়গীসি মাগী ৱাবী শাবা লাকইবা? ৱাবী অতৈ লৈত্রবো?

– কদোমদগী অমুক ফৈজিল্লকইবা ৱাবীনো সিবো?

– ঐনা হৌদোবকইবা, নখোয়না হৌদোবকইবো? ঐনা হৈ চানীংইদং হাযকবদা কয়াদা শাংদোকখ্রবা।

– উ ! হৈদগী হৈদগী, ৱাবীসে হৈদগী।

– ঐদি পুন্সিদা লুহোংলবোইদবনি।

– ফবে তোকঅসি। ফুলষ্টোপ। কৎ কৎ।

মিৎকুপ অমতং লৈকবগা অমিতা,

– কৈদৌঙৈ চৎপদা লেপ্লবগে?

– লাক্লিবা তাং তবা, পুং নিপাল মিনিট নিফু মঙা। লোইবে, তয়াবি লোইববনি। মখোয়দগী পর্মিসনসু ফংলে। মিষ্টব ফ্রেঙ্ক হায়বা অমনা ওক্লম্লগনি এয়াবপোর্টতা। গ্লোবেল ইন্দষ্ট্রিজ ইন্টর্নেসনেলগী মীনি।

অমিতানা দুর্গাদা হাইফেৎ য়েংলুবগা,

– ঐদি 'সিদগী চৎকনিকো, আদা অমুক লাক্লবোই।

– কবিগী?

– *ঐ দেদিগী নাক্তা মতম খরদং লৈখিগে। দেদি মথন্ত লৈবসে ঐনসু কয়া পামদ্রবা। ফবে, মসিনা লনাইগী বানি।*

কাপুব দুর্গাবু য়েংদুনা মখা তারকই,

– মহাকপুসু পুশিদনা, কবি খল্লি।

– হুম ! য়াদে। মহাক্কীদমক্তদি ঐনা স্পেসিএল ওইনা ফিল্ম অমা প্রদ্যুসব ওইদুনা কুলকর্নি ফিলমসকী বেনবদা পুথোক্কনি। য়াম্না তাঙনা, লোৎতুনা থমজবিবা লননি। ঐগী দুর্গা। ইলায় লায়না ইন্ট্রোদিউজ তৌবা কদাযদগী য়াগদগে? তবাই তবাই ইযাং যাংনা হেক্তা য়াবোই।

– ও ! য়া, গুদ আইদিয়া। ডাইবেকসনদি ঐগীনিকো। উ ! দিস্ক্রিট, খৃৎ থাবা হৌ। অনীসি উবেদনা, ফজবা স্ক্রিপ অমা। খল্লু ! খল্লু ! অনীসিনা অমত্তা, অমত্তদগী অনী, অদুদগী, অদুদগী কনফ্লিক্ট, ক্লাইমেক্স, ফজবোইদ্রনে?

অমিতানা মখা তাবকই,

– কাপুবজি, তহা তহাকখিনু, স্ক্রিপ অমা হেক্তা য়াবোই, ষ্টোবিলাইনদু ষ্ট্রোং ওইবা, য়াম্না তক তনানবা, অমুক্তসু থোকখিদ্রিবা, থোকপসু থোক্লবোইদবা মতমগী নোংলৈনা ইলায় লায়না হুমদোকখিবদু নত্তবা। মতম পূম্নমক্তা, মীবোল মীবোল খুদিংদা নীংশিংহৌবা য়াবা, মহৌশাগী অচুম্বদা যূমফম ওইবা বাবী। ফোর্মুলা নত্তবা ! মীপূম খুদিংগী থম্মোয়দা য়ৈকগদবী চমজববী অখাংকনবী মথৌনা লৈবী দুর্গা। ফিল্মসিসু য়েংবদা ওনীংবা, নুংঙাইদৌবা মাল্লগা মমৈদা ফ্লোব চৎপা, লোইশিননীংবনা হান্না পাখৎপা, লোইশিনফম খঙদবা মখল মখল ময়াম অমসু লৈ হায়বি।

– কনানা হায়বিবা?

– অমিবনা।

– অমিব হায়বদি?

- লৈ ঐগী হেবো অমা, হায়যুনে দুর্গা।

কাপুবনা মখা তারকই,

- ওঝাদুনদি ছাত্রদু য়াম্না লায়না খঙহন্ননবা য়াম্না লায়বা মওংদা তাকপা, ছাত্রদুনদি খল্লিবা, ওঝানা তাকলিবসিদি ইলায় লায়না খঙইদা। আসিদি ঐসু তাকপা ঙমগনি। অসিনি অসিনি হৌজিক্কী ভাবোক ! কনাগীদমকনো ঐখোযনা হোৎনবিবসিবু?
- হোয় মখোয়গী ৱাখল মিৎয়েং, ইমোসন, সেন্টিমেন্ট খঙবা তাই। অদুবু ভাবোক্কী ঙাক খন্দুনসু ফিল্ম পুথোকওইদবনি।
- অদুদি স্মৃপ্তা দিপেন্দ তৌবকই।
- অদুনবু হায়বিবসিনি।

দিক্সিটনা হায়বকই,

- মদুনি ঐনা পান্বসু,

  মদুনি ঐনা থিবিবসু।

  মদুনি ঐনা শাগৎপসু

  মদুনি ঐনা ঙাওবিবসু।

অমিতানা অমুক মবক থৎলদুনা,

- ৱাখলনদি য়ৌবা, খৃৎনদি শোকউবা ঙমদবা জগাসু লৈবনি।

দিক্সিট ৱাখলনা লৃমথববা অমগুম,

- কেঙ্খিসনু কোক্কী শমসু লিশিং লিশিং

  আকাসতা কাদুনা, পাতালদা কৃমদুনা,

  ঈবোলনুংদা লৃপ্তুনা

  অমিতা দুর্গা, দুর্গা অমিতা,

  গবিব - অমিব,

  লৈবে!

  আই গোট ইট।

ঙাইহাক ৱাবী শান্নববা তুংদা মখোয় অহুমদু থোকপ্রে, শকমান্নবী অনীদুতা

ঙাইহৌবে। অমিতানা মী খব কৌখি। পংকুই কুইদে সৎ ফাওজিল্লকই নুপী অনী অদুগা নুপী মানবা নুপা অমগা। মখোয় ময়াম চংদুনা দুর্গাবু ককপগা শেম্বগা, তৈবগা য়েকপগা, অমিতাগী লৈবিবা মখল মখলগী দ্রেস ময়ামদুদগী মথং মথং মথং য়েংদুনা খল্লগা শেৎহল্লি। হৈবদি হৈখ্রেদা মখোযসে। মমিং চৎপা ডিজাইনব, মেক- অপ তৌবা মী শোয়দনা ওইবমগনি। খুঙ্গংগী নুপী অমিতা মাল্লম্বদু য়ক লাওবী ইনাক কৈবাক খুনবী, নিংথৌগী মচা নুপী অমিতা মানখ্রে দুর্গাদু। অদুদগী জগোয় হৌগৎলি মখোয় অনী। ঙাইহাক্তি দুর্গা কৃন্দুনা খাংলমই, উপাই লৈতে। অমিতানা তম্বীবি থেক্লা নৌনা। দুর্গাসু শাগৎলকই অয়ৌবী শাথেক্তা। ঙাইহাক্তি পুন্নাঙ লাঙই, য়া য়া নোকই, হবাও মথোই কায়।

য়েকপিবমলিবা, কেবিবমলিবা, শেম্বী শাবীবমলিবা মখোয় অহুমদু চৎথ্রবা মতুংদা অমিতানা হৈ মহী থক্লা থক্লা,

– ঐদি পুমঙকপু ঙকলে, নঙদি জগোয় য়াম্না হৈবম্মী, লৌশিনবা য়াম্না থুই।

দুর্গানা নোক্লদুনা খুম্লকই,

– কনানা হৈজকগবনোদা, ঐদি মেদামগী মতৌ তমজবতনি। অদো মেদাম ! ঐ ঙমযোইকো। ইচোপ চোপ্পনি ইকায়জে।

– কবিগী চোপকদৌবিবা? অশুক নীংথিজববসিদা। হয়েং ফাউনদেসন দেগী জগোয়সে নঙনা শাগদবনি। ঐদি কম্প্যাবনি। (অমুকসু নোকই মথন্ত অদুগা) ষ্টেজদা থোকলিবা, জগোয় শাবিবদু ঐ নত্তে কনানা হায়গদৌবিবনো? অমিব ফাওবা নহাকনি হায়বা খঙলবোই।

দুর্গাগী মায়থোঙদা য়েংলদুনা, চোইথোবকপা শন্নাং খবদং খোমগৎপিদুনা হায়বকই অমিতা,

– নঙদি লাইবক ফবীনি। অমিবনা নঙবু লুনা তৌবীকো?

– হোয় মেদাম।

– *নখোয় অনী কবি কবি রাবী শান্নে? য়াম্না নুংশিনব্রা? পুং কয়াদা তূমই? মশকসু ফজৈ, নুপা থোকই হায়বনিদা। কমদৌগে, লৈমিন্নবা নুংঙাইব্রাবা? শাওগনব্রনে মাবো? ফুগনব্রা? হুম ! মবূক ফৈকো। মবূকচেলসু শেংবা।*

– হোয় মেদাম।

– নিশাদি চাব্রা?

– নিশাদি মাগী য়েক্লবনি।

– অদুমকনি ঐনা,
ঐনা নঙবু লাইবক ফৈ হায়বিবসে।

– মেদাম নঙসে য়াম্না ফজৈকো।

-- হোয়, নঙ মানবগী।

– হোয় মান্নবগী।

অনীদু ওইগা য়েৎকা, য়েৎকা ওইগা, খূবাক মবিদু থাদুনা নোকমিন্নে।

## (১৬)

নুমিৎ হুমনি মবিনিগী মতুংদনি। কলেজগী ফঙ্কসনসু লোইখ্রে। দুর্গাসু নিংথিজনা জগোয় শাখি। ময়াম্না থাগৎনখি। ঙক্লখি। মীপূম খুদিংবু শুঙ্কৎখি। অমিতাগা দুর্গাগগী ব্রাবীনা পূমনিল নিনখি। মেদিয়াসু নিংথিজনা কভবেজ তৌখি।

দুর্গা ঙসিদি মায়থোং মকশিন্না উই। য়েংবা নুংঙাইতে। নুমিদাংগী চাকলেন ফংলুবগা কা তম্না চংলকলি। দুর্গানা শুকথবদুনা হায়বকই,

— পূন্না চামিন্নববসু য়াবনি। তোঙান য়াম্না তানীংশ্ব্রবোই। নুমিৎ খুদিংগী মীগীদা হেক চাবদুনা।

— কৌবকঅবনিনা চৎলুবগী ব্রানি। চাক্কীদমক চৎলুবদি নত্তেদনা। কা য়ৌবদুনা হাংদোকলে, মফি মবোল হোংদোকলে। দুর্গা থোঙদু লোনশিল্লদুনা হায়বকই,

– মেদামগা নখোয় অনীগী মওংসে ঐ চিংনরকলে। নাহল ফঙ্কসন নুমিত্তসু ওইগা য়েংকা হেক ফম্মীন্নরদুনা।

– অদু কৈদৌরবা, কৈদৌরবনোবা? নঙনা ষ্টেজ কাদুনা ময়াম মমাঙদা জগোয় শাবদি ঐ কবি হায়? নবূক ফত্তবা খনগনুনে। অদুগুম্বা কবিসু লৈতে। মেদামমুক ফবা নুপীদি থেংবু থেংনদ্রি।

– ইস ! হুম ! ঐখোয়সু লোইনা খঙই, নঙনা থাগৎতনা কনানা থাগৎতৌবিনো?

মিনিট কাংদে কৌরিবা, ঙাইহাক লৈব অমিব, ঙাইহাক লৈব অমিব !

– মীনা নুংশিদুনা কৌবীবকইবনি হবাওগেদি খন্দ্রদুনা।

– নঙনা নুপানে, মানা লৈশাবী খঙলব্রা? অজয়সু লৈবি।

– অজয়দি নুপা নত্রো? মরূপ মপাং হায়বসিদি অদু ঙাক্তনি। নুপা নুপীগী য়া লৈতে। অজয়না, অজয়। ঐনা, ঐ।

– অদুওইবসু, অজয়বুদি কৌদনা নঙবুতা কবিগী কৌবিনোবা? নঙনা থরায় য়াওবা খব হেনবা। খবসু চৎচনীংবা। মবম অমা শোয়দনা লৈবমগনি। নঙগী মওংসে হেনমল্লি য়েংনীংদে। নমিৎতো মিৎযেং চুমদে। ঐঙোন্দা যেংঙকও ঐঙোন্দা, ঐগা শক চপ মান্নবনি। কৈদৌবগীনো ঐবু লায়েংবীবমলিসিবো? কংশি শিদুনা লৈজবম্বনা ফবনে। ঐগী লাইবকসিবু কবম্বা লাইবকনো'সিবো?

– য়াবেদা য়াবেদা।

– তানীংঙবিবোই, ঐদি য়াম্না হায়বকখিদৌবি।

– তোকও য়াবেহে। মসিদি !

– পুন্সিদা অমুক্তং থাজবা মাঙখিবা হায়বসে কোক্লবোইদবা মমিনি।

– তানীংদ্রেকো ! মথোং মবমসু খঙদনা মথন্ত পংঙাংদ ঙাংই, কবিসু নত্তবা অমগীসু পংখন হেক খঞ্জল্লদনা, পূকচেলদু পিকমনম্রে, মীনা তাবগা...

– তৌবু তৌদ্রো? অশেংবা হায়বসি শাওনীংঙবিনি।

- ফবে, তোকওহায়বা অদো, ঐনা হায়বেদনা, অদুগুম্বা নত্তবা, নঙনা য়ানীংদবা অবোনবা অমত্তা লৈতে হায়দুনা। নঙসু খঙলিবদুনি, উবিবদুনি। মাসু ইচম চমই। ঐনসু বোসকী মচানুপীনি বেসপেক্ত কায়দে। নঙগসু অদুক নিংথিজনা, নক্না লোয়নবিবা। নঙনা ঐবু চিংনবিবসিনিনে ঐনা ঙকলিবসি ! সে, পৈশাসিদুম চেকশিন্না থমজিল্লু। নঙনা অদুম্না খনগদবা ওইববদি থবক্কা'মতা তৌবোই। তোকথোক্কনি। কবিনো খঙদে ! নোংমতসু হবাও নুংঙাইবগী, চাওখৎনীংঙাই ওইবা ৱাবী অমত্তা শাদে। ইশুক হেক শুক্লদনা।
- শুকপবা শুকতববা য়ানীংদবা কৈদা অমা য়াওবি।
- নঙসু ফিল্ম কুমহনগনি হায়বমই হাযবদাইনে? কনা কনানো উনৈ হায়বদাই? নঙনা হায়দ্রবসু খঙই। য়াবোইকো, য়াবোই হায়বিবসিনি।
- অদুদি মেদামনা হায়জবনি কৈনো, লাক্লমলিবশিং অদুনা হায়বম্বসু নত্তনা।
- অদু ওইবসু।
- পামজদেনা। পামজদে কৈসু। ঐঙোন্দকা অমুক ওনখৎলক্লদনা।
- নঙ মঙাইবে অমিতা কুলকর্নি মাল্লিবা, শক ফজবিবা। নঙ সো য়াম্না তৌনীংব্রা, মীঙোন্দা য়াম্না উৎনীংব্রবা? অঙাং ওইবিঙৈদগী ট্রেন মনুংদা উৎলগা লাক্লবা নত্রো? পেন্দ্রি ! হা নঙ পেন্দ্রিবা ! হকচাং উৎলগা লেমমেনে নঙদি ! নৱা নপুবোইবা ঐদি ফজবে।

দুর্গাদু কপথোরকলে। বোবী তৌফম খঙদ্রে। দুর্গাবু থেম্বা লাক্লবকই,

- মী তাখিনি ইকায়জেকো।
- হিংচাবা, মীফত্তা, ৱাবন মানবা !
- কৈনোমতা হেক হায়কবা য়াদে নঙসিসু। সে, কপ্পনোবা, কবিমতা হেক হায়জববোই। সে, তৈথোকপিগেসে। আস ! মেদামনা হায়ববু

নাহল নওঙোন্দা কেবীবন্না শেম শাবীরম্বশিংদু পূমওক ওকম্রে হায়বিনে। অশেংবা অমিতাদগী হেন্না মানখ্রেয়ে। নশমসিসু শেমলুবদগী ব্রায় ব্রায়, মনাম তাবদুনা মেদামদগী হেল্লি হায়বি। নওগী নমাঙদা মেদামদি লৈহৌবেয়ে। হোয়নে চুমইনে কয়াদা ফজববনোসে। অদুবু ঐদি, হান্নগীদো অদুনবু হেন্না নুংশিজৈদা ঐদি।

অখোইবা শন্নাং মবক্তগী নওনা নোক্তুনকা য়েংলকপদো !

অদুঙৈ ষ্টেসন্দা তৌখিবগী মতৌ তম্মী। দুর্গা নোকই। বোবীনা মখা তাবকই,

– নওনা জগোয় শাবদো ঐদি মিহুনগাসে দং দং চোংই। পাখৎলি।

– কবিগী?

– শোয়বক্কদ্রা হায়দুনা।

– হো ইবুংঙো, পাখৎপিকনু কৈসু। ঐখোয়সু হৈত্রজাৎনি।

– নও উবগা ঐসু তাল শুম থাবম্বদগী লেপখৎলগা জগোয় শানীংঙকপগী ব্রানিসে।

– এ ! এ ! এ ! মশকসিগা।

– অশেংবনে, নওনা শাবিবদুদি ঐসু হৈনিনা।

বোবী লেপখৎতুনা দুর্গাগী জগোয মতৌ তমদুনা শাই। দুর্গা থব্রায় তানা নোকচৈ। বোবী ফমথবকই দুর্গাগী নাক্তা অদুগা মিৎ কুপ্তুবা মখৈ য়েংজৈ। মিনোক্তু উবগা পেঞ্জে। দুর্গা মখূৎতু বোবীগী মিৎমাঙদা হাইবদুনা হায়বকই,

– হাই, কৈদৌবগে ! কবি খুৎয়েংনি হায়গে'দুদে?

– নওনা নোকপসে উবদা ঐদি..., য়েংলিমখৈ পেন্দে, য়েংনীংদুনতা লৈ।

– য়েংবীবক্কনু কৈসু। মিৎয়েং চুমদ্রবদি মেদামগী মনাক্তা চৎহনবদি লায়বদুনা ওফিসকা'মতা কাহন্দনা থোঙ লোনশিল্লগা ইনাক্তগী শুকহেন হেন্দোকহল্লোইদৌবিনি। য়েংলক্কনুসে ! কনা মাল্লি হায়দুনবু য়েংনীংইনো খওদে।

– য়েংগনি, পৈশা তিংবসু নত্তবসিবু।

দুর্গানা বোবীগী মিংতা শ্বনা ফু ফু কামশিল্লকই। বোবী মমিৎ উইশিন্দুনা খাঙই। দুর্গা থব্রায় তানা নোকচৈ। মদু উবদা বোবীনা,

– তস ! অদুনিদনা ! নঙনা নোকপসে ঐগীদি ভিতামিননি খঙঙব্রো?

– ইস !

– কবিগীনো শম ফোইবিসিবো?

– কয়াদা হৈবিবনো য়েংউ, তাৎ হেক তৌশিন্নবদুনা। নোকচনীংদে ইবুংঙো নোকচনীংদে। য়েংবীবক্কনুসে নুংশিদে।

– য়েংগনি। মীগী মপোৎতা য়েংলুবসু নত্তনা। অয়ো, কৈগীনো অদুক কন্না শিক্লকইবদে? তাশিন্নদেনে মসে ! মসি, মসি ! হৈ, গুব্রাহাতি ষ্টেসনগী ব্রাবী লীবিবকউবা?

– হো ইমা ! ইকায় খঙদ মায়থাবা। ইকায়দবা। সে ! ঙাইখোবা।

কাগী মৈ মমখি। অদুবু নিংথিববী দুর্গাগী মশেক মঙালদি শন্দোকলি নীংথিববী থাজগুম।

# (১৭)

নোংঙানবগী অয়ুকনি। বোবী হাথু হাথু চেম্ফোবক্তুনা মহাক্কী গাড়ি থৌদোবকলি। মশাদু ইথক থক্কৎনা উই। থুনা যাঙনা থৌখিদুনা চনক্যাপুবিগী ফাইব ষ্টাব হোতেল অমা যৌবে। গাড়িদগী কুমথবক্তুনা আকাস হোতেল থাবিবদু হাইফেৎত্তং য়েংলম্লগা মী ময়াম ওমশিন্দুনা লৈবিবা মফমদু তানা চংশিনখি। লেপ্পমলিবা মীশিং অদু ইম্ফোক্তুনা য়েংলুবদদি উবে, লৈমায়থক্তা ফিবোল নাতৈ চানা শেংতবী, হকচাংগী ফিভম কায়ববী, মমিৎ অনী কোৎথোপিশ্লবী নুপী অমগী অশিবা হকচাং তাদুনা লৈবিবদু। ও ! কয়াদা য়েংহৈখিদ্রবা ! বোবী মুন্না য়েংই, লেপ্পমলিবা পুলিস অমদা হায়দুনা চংশিন্দুনা য়েংলুবগা খুদক্তা ফোন তৌই,

– হল্লো সাব, চুমলে। মহাক সিতানি।

– ফবে অদুদি নঙ য়াম্না থুনা লাও।

– ফগনি, লাকচবগে সাব।

অশিবা হকচাংদু বেকোর্ডনচিংবা ফাইন্দিংস ময়াম অমা ইশিনবা লোইববা মতুংদা পোষ্ট মোর্টেমগীদমক পুখ্রে। বোবীসু হল্লক্তুনা কুলকর্নিগী নাক্তা চংলকই। মথা শানা মকোক্তা মখূৎ হাপ্তুনা ফল্লমই। বোবী উবদা হায়বকই,

– চুম্লবা নত্রা?

– চুমলে সাব, আস! য়েংবা ঙমদে। আকাস হোতেলদনি। মাগীদু অবাংবা মফম অমদগী হাৎতোক্লগা ইম্থবকপা গুম্বা মাল্লি। মমিৎ অনীসু য়াওদ্রে। মদুনা তাকপদি মথন্ত শিজবদি নত্রে। কনাগুম্বা খবনা মাবু হাৎতোকপিবা ওইগনি। মনাক চঙবদা কবিনো মনম অমা নমই। কবি মনম ওইগদবনো...

– নুপী মচাদুগী মমিং কনি কৌই হায়বা?

– সিতা, সিতা তেনশুবম।

– মণিপুবদগী নত্রা?

– মানি সাব।

– কদায়দগীনো, মমা মপাদি খঙব্রা?

– অদুদি খঙজদে সাব, বেজিষ্টাবদা মাগী এডমিসন তৌবগী ফাইলর্দদি শোয়দনা য়াওবমগনি।

কুলকর্নিনা কলেজগী হেড ক্লার্ক ওইবিবা গুপ্তাদা ফোন তৌই।

– হলো, গুপ্তজি, য়ুমদা লৈবা নত্রা? পাউদু চুমলে। য়াম্না থুনা হৌজিকমক মহাক্কী বাইও দেতা য়াওবা চে চাং পুবগা ঐগী নাক্তা লাকউ।

টেলিফোন থমখি। বোবীদা ওশিন্দুনা অমুক,

– মসি পূম্নমকসে, নঙনা দাইত্য পুগদবনি। ঐনা নঙঙোন্দা হায়খিদ্রা? কবিগী নঙ থৌশাদে। লৈবক খোংবান্দা অতা অতুগুম লৈবম্বা নপুন্সিদু, ঐনা অসি য়ৌনা পুখৎপিবকপা নত্রা? ঐনা নঙবু কয়াদা থাজনা থমই? শা ঙাগা চপ মান্নবজাৎনিনে নখোয় মণিপুরী হায়বা

জাৎসে। মী নত্তে শানি। ঐসি কয়াদা পঙথ্রবনো? হৌজিক নঙ কবি হায়নীংই? য়েংঙু, হৌজিক ঐগী ইথত্তুনি লোয়নমক নম্বুবক্তদৌবিবা পোৎলুমসে। সিবু ফাগীবো? ঐনা তৌবিবসিবু ফাগীবা হায়বা ? অশুক চাওখ্রবা কলেজসি কবিসু লৈতবা নঙ অমনা মুথৎকদৌবি নত্রা? পোষ্ট মোর্তেমগী রিপোর্ট লাকখিসনু। নঙবুসু লেম্না থাবোই।

বোবী ব্রাখল লৌশিং থোক্তে। খুম্না ঙম্বগী পাঙ্গল লৈতে। ঙাইহাক্তুদি স্তান মাঙই। তুমিন্না কাগী থোংজিন্দা লেপ্তুনা তাবম্বী অমিতা থোবক্তুনা হায়বকই,

– দেদিনা হায়বিবদুবু কবিনো? ব্রাখলদু লাল্লে। মসিদা অমিবগী মবাল লৈতে। অমিব, হার্যবিবা ছাত্রি অদু নঙগী হোষ্টেলদা লৈব্রনে? লৈতে।

– কযাদা লৈ?

– হোষ্টেল নম্বব থ্রিদা লৈবনি।

- অদুদি মসিগী দাইত্য সিবদত্তনা পুগদবনি। মবমদি মহাক হোষ্টেল নম্বব থ্রিগী সুপ্রিমতেন্দেন্টনি। মহাক্কী মবালনি।

কুলকর্নিনা সিবদত্তবু কৌদুনা সিবদত্ত য়ৌবকলে। কুলকর্নিনা হায়বকই,

- সিতা হায়বিবা মণিপুরী মচা অসি হোষ্টেল নম্বব থ্রিদা লৈ হায়বা অচুম্ববা?

- হোয় সাব, মহাক কম নম্বব কুনমবিদা লৈবম্বনি। অদুবু হৌজিক্তি লৈত্রে। নুমিৎ মঙানিগী মমাঙদা হোষ্টেলগী মপান্দা বেন্ট হাউসতা লৈথ্রবনি।

– হোষ্টেল থাদোকচবগে হায়বগী চেদি থাবম্ব্রা?

– হোয়, শোমদা লৈজবে। য়েংবীয়ু সাব।

কুলকর্নিনা চেদু য়েংই, সিবদত্তনা মখা তাবকই,

– মহাক য়াম্না ঙাওশিন্নবা অঙাংনি। ব্রানিংসু অনীবক পীথ্রবনি। মথং

অমুক্তা তৌববদি নঙ মেনেজিং ডাইবেক্তবদা হায়দোক্লগা নঙবু তাম্বোক্কনি হায়বা ফাওবা হায়খ্রবনি। অথেঙবা ফাওবা লাঙদুনা নুপামচা খবগা অদুম লৈবনি। থংনবা কাগী ছাত্রশিংনসু ঐঙোন্দা কয়াবক হন্না কমপ্লেন তৌবকখ্রবনি। মখোয়সি লম লাপ্পা লাকপনি, জ্ঞান তাবক্কদ্র খন্দুনা ঐসু খাঙদুনা লৈবনি।

হায়র্নবিঙে তাঞ্জাদুদা গুপ্তজি চঙলকই। কুলকর্নিনা,

– গুপ্তজি, কদায় ফাইলদু য়েংগে। অদুদি কলেজগী ব্রাংমদা ভাবাগী কাদা লৈখ্রবনিনা কবিসু ব্রাকনীংঙাই মবম ওইদ্রে। মখোয়গী অহল লমনদ মবিক চুম্না পাওসি খঙহনখ্রগা লোইবে। খঙলেদনা গুপ্তজি হায়বিবা অঙাংসি হোস্টেল নম্বব থিদ্রা লৈবম্মী। মহাক যাম্না ঙাওশিন্নে নুপামচা খবগা লাঙদুনা লৈবা, নিশা শিজিন্নবা অঙাংনি। কলেজগী নিয়ম নিতিগী ব্রাংমদা মহাক্কী অনীংবা অপাম্বগী মতুংইন্না অথিংবা লৈতবা মফম থিদুনা চংখিবনি। সিবদত্তদগী অকুপ্পা রিপোর্ট লৌবো অদুগা ফজনা মচা তানা ইখ্রো। কলেজদা মিংচং থীবক্তনবা য়াম্না থুনা। হায়বিবসি পুলিসতসু কোপী টু তৌগদবনি। কদায় লৈখ্রে অজয়দো, অজয়, অজয়, লাকউসিদা। নঙ চংলু, সে, মসি চনক্যপুরিগী পুলিস ষ্টেসনদা পিক চংলু। ঐসু ডি, জি, দা টেলিফোন তৌখিগে।

অজয়দা অইবা চে অমা পী। অজয় থোকখি। গুপ্তজিনা পুবকপা ফাইলশিংদু য়েংদুনা সিতাগী বাইও- দেতা ইদুনা পীখিবনি।

গুপ্তজি, সিবদত্ত থোকখ্রে। বোবীসু হৌগংতুনা চংকে তৌবদা কুলকর্নিনা খাম্নকই।

– ঙাইখো, নঙ ঙাইখো।

বোবী ব্রা ঙাংদে তুমিন ফম্মী। কুলকর্নি মমায় লৈথোক্তুনা লৈনা য়েংলক্লগা,

হাই, কনা লৈবনো, অজয়সু চংখ্রে।

অমিতা চা থকসিনে, অম্বীকা লৈব্রা কনা লৈবনো চা শেমহল্লকউ।

অমিতা হৌগৎতুনা হায়বকই,

– য়ানি দেদি, ঐ শেন্নক্কে।

কুলকর্নি শ্বব শাংনা হোন্দোক্লুনা, মকোক্তা নান্দুনা, মমায় মমিৎ তৈথোকই, অদুগা হায়বকই,

অমিব, নঙ শাওগনু। ঐগীদি হায়ফম থোকপা নত্রনে? টেনসন খব হেনখ্রমালে, ব্রা খব হাযখ্রে, নহাক ব্রাবৌব্রা?

– ব্রাবৌজদেদা সাব।

- উম ! লাইবক ফর্বানি। মহাক কলেজগী ব্রাংমদা থোকখ্রবনি। কবিগুম্বা মহাক্লা হোষ্টেলদা লৈবন্নবদি ঐখোয় পূন্নমক অমত্তা হিংলবোইদবনি। কেবিক্তব সার্টিফিকেৎকাসিসু পঙপী পীবব্রা খঙদে।

তাঞ্জাদুদা অমিতা চঙলকই। মখোয অহুম্মক চা থকমিন্নৈ। অমিতানা হংলকই,

কদায়দনি হাযবা? আকাস হোতেলদা?

হোয়।

কুলকর্নিনা অমুক মখা তাবকই,

– অকাস হোতেল হাযবির্বাস খঙলব্রা অমিব? ঐখোয়গী অমিতাগা হায়ন- শিংনবম্বা আকাস মেহতা হাযবিবা অদুগী মিংদা মাগী মপা আর্জুন মেহতানা লিংখৎপনি। ইন্দিয়াগী অচৌ অচৌবা হোতেল হেক লৈবিবসিংসে মাগী ঙাক্তনি।

বোবীনা মবক থৎলদুনা,

– ঐনা চিংনবা লৈ।

– কবিবো?

– সিবদত্তনা নুপা মচা খবগা লোযনৈ হায়বিবদু ঐনা খল্লিবা অসি শোয়দনা ওইবম্বা য়াই।

– কবিনো, কনানো হায়য়ু, হায়য়ুনে নঙনা খঙবা লৈববদি।

– ঐনা নোংমা হোষ্টেল নম্বব থ্রিদা হায়বিবা কম নম্বর কুনমবিদা লৈবিঙে মতমদা...
– নঙদি কবিগী চৎলুবা?
– মহাক্না, হায়বদি সিতানা নোংমা ঐবু কৌবনি চা থক্নবা। অদুদা নুপা মচা খব সিতাগা উনখি। মখোয়দুগা মাগা নকশিন্ননা তিন্নবা, লোয়নবা মাক্লি মওংদু।
– কনা কনানো?
– ঐখোয়গী ছাত্র ঙাক্তনি। কাসমিবী মচা দেবান, নাশিরুদ্দিন, পঞ্জাবী সঙ্কব, গুপ্তজিদা হংলবদি খঙগনি।
– উম! মদুসু থিজিনগনি।

বোবীসু চৎচবগে হায়দুনা থোবকলে। মাগী কা য়ৌবগা দুর্গানা ঙাংবা শকপগা কয়া ইতা তানীংদ্রে। তুমিন্না লোংথোক্নুনা, তৃমদুনা লৈবে। নোংমতসু তাবকখিদ্রিবা কুলকর্নিগী রাঙাংশিংদু কাওথোকপা ঙমদ্রে। হঞ্জিন হঞ্জিন খোম্থাং য়ৈববে।

মতৌদুদা নুংঙাইত্রদুনা দুর্গানা হংলকই তুমিন্না মনাক্তা ফমথবদুনা,
- কমদৌবে? চুন্নব্রা? ঐখোয়গী কলেজগী ছাত্রি?

বোবী ঙাইহাক্তি খুন্নক্তে। তপ্না হায়বকই,
- উম।
– কনা ওইবন্নবনো? কমদৌবিবজাৎনো?
– সিতা। অসিবু ঐনা হোষ্টেল নম্বব ফাইবতা থন্নমন্নবদি কবি ওইবমগনি?

বোবী খল্লি মথন্ত অমুক, মখোয়দু শেবান্নবা লম্বীদা চাওখৎপ্রবা কাংবুগা শন্নব্রা? নত্রগা পোর্নগুম্বা ফত্তবা লিটবেচব! কদোমদগীনো? কলেজ মনুংদা কমদৌনা ছাত্রশিংদা মমি তাববিবা? অমুকসু খল্লকই, সিতাবু নমদুনা ঐনা, নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ! ঐবো? নত্তে, মদু ওইথোক্তবনি। নমথাকনি। অচিকপদু থুগায়দুনা দুর্গানা অমুক,

– সিতা হায়বদি মণিপুরী, নোংমা লাক্লম্বদুবা?

– *মানি। মহাক অমনা কলেজসিবু, ফুকপ অমবু কয়াদা চেম্ছহল্লবনো?*

– মহাক্লা কবি লানবননো? কনাননো? কদায়দনো?

– মহাক হাৎলমলিবা কাংবুদুনা নত্রগা মীওইদুনা লাল্লবসু মহাক চুম্বদি য়াববোই। মহে মশিং তম্বা লাক্লগা, মমা মপানা ব্রানা হোৎনবগা মচা মচাবু মীওইনবা মতিক চানবা হায়দুনা থাবক্লিবনি, কয়াদা ব্রাবমগনি। মহে তম্বা হাযবসে অবেম্বদা মিৎকুপ অমাগী মতম কাইথোকনিংঙাই লৈবা নত্তে। য়েংশিনবীনবা লৈত্রে মতাগুম, ব্রাখল লাকপা ঙমদবদগী থোকলিবা থৌদোকনি।

- *মহাক্তি য়াম্না ফবনিনে।*

– নঙনা কবি খঙবনো?

মহাক অমা শোয়বদা কয়া য়াম্না মাঙই খঙব্রা? শিখ্রিবা মশাখক্ত নত্তনা, কলেজসিসু লৈখা তাগদৌবিবা। মণিপুরী হায়বা জাতিবুসু মহাক্লা খোঙগাওনবমলিবা। হুম ! ঐ চৎতবা য়াদে ঐ মণিপুব থোক্লগনি। মফমসিদা মণিপুরী হাযবা কাংবুসিবু থাজবা লৈববোই। হৌবক্কদৌবিবা লাক্কদৌবিবা ছাত্র ছাত্রি কয়াসু মতুংদা সিতা কয়া থোবকখিবা যাবি। ঐখোয় হল্লকপা যাই, হল্লক্তবা য়াই।

– *ঐদি নাহৌলদগী মণিপুবদা থোক্লসি অঙাং অনীদু লৌকসি হায়জবনি।*

– অদুনিনে লুবিবসে। অঙাং অনীদু লাক্লগা মখোয়বু মণিপুরীনি হায়দুনা চাওথোকচবা ঙমখিগদ্রা? মমায় থাঙ্গৎতুনা চৎপা ঙমখিগদ্রা হায়বা? মদুনা অঙাংদুগী তুংগী কেবিয়বদা পুক্সিদা কয়াম বিফ্লেক্ট তৌবক্কনি? ইচাদু মফমসিদা পুবক্লগা, মীনা মখোয়বু উবগা তিল শিৎপদো ঐদি য়েংবা ঙমলোই। ঐ ঙসি য়াম্না ইকায়। শিবদগী হেন্না ইকায়।

– ও ! পাম্মুইদা ! পঙখ্রেদকো ! নুপী হায়বসিদি হকচাংদা ফিবু থোংদ্রবদি ফজবা পূম্বা মাঙখ্রবনি।

– ফজবা ফজদবা, মথৱায় ফাওবা খাংঙুথক্তা মাঙলিবসিনি।

– অদুবু মখোয় মখোয়গী মচল, মচাদা থোক্লবদি মখোয়সু নুংঙাইবোইদা।

নুমিত্তুগী নুমিদাংনি। মায়কৈ মবি শুংদাই নিপালদগী ফুজিল্লকপা অকনবা ৱাখলগী নোংলৈ নুংশিৎ কয়া মায়ওক্লবল্লগা, ৱাবমালে তূমথগ্রে বোবী।

বোবী য়াম্না কন্না চেল্লকই। খৌগংবনসু প্রান থাগদৌবে। অদুবু য়ৌবা কৌবদি লৈতবে। ৱানা ৱানা য়ৌবকই, তপ্না তপ্না চঙশিল্লকই অমিতাগী কাদা। অমিতা বোবীদা মুন্না য়েংই, শ্বব থবেৎ থবেৎ হোল্লি। থবাক্কী মিহুল চোংলকই। বোবীবু য়েংদুনা মনিংনা শিৎতুনা তুং হন্দোকই, মমিৎ উইশিন্দুনা খাঙই।

বোবীনা,

– কিব্রা?

অমিতা মমিৎ তপ্না পাংথোবকই। মমিৎ মবি মিৎচান্নে। অমিতা বোবীবু য়েংদুনা পিবাং শিন্থবকই। বোবীনা তৈথোকপি। বোবী লৈথোক্লুনা চৎকে তৌই। অমিতানা খূদাং তাপ ফাদুনা খান্নগা তপ্না হিপথখি। খঙহৌদনা কাদুদা বোম অমা লংশিল্লকই, থোঙনাওগী মিংশেল থুগাযদুনা। খঙহৌদনা পোখায়বকখি শক্তি লৈববা বোম অদু।

মিৎকপ খঙথোক থোবকই। বোবী চেঙ্গুম চেঙ্গানববা শ্ববদু ফাথজবদুনা লাইবক্কী হুমাং মবিকশিং অদু তৈথোকচৈ। নাকলদা য়েংলকই, দুর্গাদি তূমলি নিংঙাইদনা। ফন হোৎনদুনসু তূমথবা য়াখিদ্রে। খোম্বাং য়ৈববি তেঙ্গৈদগী হেন্না খৌববা কুলকর্নিগী ৱাঙাং ! ৱানা ৱানা নোং ঙানবা ফাওবদংদি ঙাইখিবা তাবি।

## (১৮)

নোংমা র্নিনি হৌখ্রে। বোবীনা চিংনবিবা মখোয় অহুম অদু হায়বিবা নুমিৎ অর্দুদি হোষ্টেলদা হঞ্জিল্লক্লমদ্রে। মখোয অহুমবু ফাদুনা ইন্টবোগেসন চৎথবদা চোংথোবকলে আকাস হোতেলগী মপু আকাস মেহ্তা। মখোয় অহুমগী মনুংদা কাসমিবী নাসিরুদ্দিন আকাসকী অবোনবা থবক কয়াদ তেংবাংলকপা মীনি। সিতাবু হোতেল অদুদা কৌদুনা নিশাদা তাওহল্লবা মতুংদা থবক অদু চৎথখিবনি। আকাসনা মহাক্কা নুংশিনবা, একসিদেন্ট অমদা মমিৎ তাংখ্রবী বোক শৈশকপী লৈবাক্লা শকখণ্ডনববী অমগীদমক সিতাগী মমিৎ কোংথোকখিবনি। মাস্তবমাইন্দ আকাস মশামক্লা ভাবতকী ব্রাংমদা খূদক্তা পাইখিদুনা লোৎখি। মখোয় অহুর্মদি জেল য়ৌখ্রে।

থৌদোক্কু থোকখ্রবা মতুং নুমিৎ মঙানি শুবগী অয়ুকনি। বোবী দুর্গাগা লোয়ননা মফি মবোল ফজনা শেৎ চাবদুনা,

বৃফকেস অমা পায়বদুনা, বেগ মচা অমসু য়াল্লদুনা কুলকর্নিগী য়ূমদা লাকলি। কুলকর্নি ফমদুনা লৈবম্মী। বোবীনা চে অমা পীশিন্দুনা,

– সাব, ওফিসতি নত্রে অদুবু মসিমতং।

– কবিগী চেনো?

– সাব, বিজাইগনেসন লেটবনি।

– কবিগী? কনাগী?

– ঐ চৎচবগে। মতম খব সাবগী নাত্তা লৈবা ফংজবা য়াম্না নুংঙাইজবে।

– যাবোইনে অমিব, নঙ ঐবু ব্রাবৌবিব্রা?

– ব্রাবৌজদেদা সাব। সাবগী লমনসু য়াম্না তোনশিনজবে। মতাং চাবা অমদা –

– নঙগীসি ঐ একসেপ্ত, তৌবা ঙমলোই। খুদিংমক মায়ওক্লগদবনি। কিদুনা চেললোইদবনি।

– সাব, ঐ য়ূম ফাওবদং য়ৌজকখিগে।

– নঙগী খুঙ্গংদা চৎলুখিগে ছুতি পীয়ু হায়বদি য়াই অদুগা থবক তোকপদি য়াখিবোই।

– সাব, দুর্গাসু মণিপুবদা চৎনীংই হায়বি। ঐসু চৎতবা কুইবে। য়ূমদা অমুক্তং চৎচকগে।

– য়ূম ! নঙগী থব্রানমিচাক্সী য়ূমদো? (নোকই) যাম্না নুংশিব্রবনিনে, য়ূমদগী হেনবা লৈতে হায়বদুনিনে হা? দুর্গা ঐগী য়ূমসিবু সাহাবাগী লৈঙোই মথক্তা নত্রগা মী তাদবা অশুকপা জঙ্গল মনুংদা শাববনে?

– সাব অদু...

– এ ! ফৈ ফৈ, ফাগী তৌবনিদা। চৎলু চৎলু। অদুগা নঙ হনবদি হল্লকখোকো। থবক কয়া তৌমিন্নখিসি কৈনোনে? মসিসু মীওইবগী সেবা মখল অমনি। মীহাৎপশিংদুসু মশক খঙলে। পূম্নমক নোর্মেল ওইবে। ঐ নঙঙোন্দগী আশা কযা তৌবিবনি। উম ! সে, সে,

অসিমতং পুখো।

চ্যেক অমা পীবকই। বোবীনা য়েংদুনা হায়বকই,

– এ ! মসিদি য়াম্মনগ্রেদা সাব !

– এ ! য়ামদে য়ামদে। টুৱেন্টি লাখসখক্তনি। ঐনা নুংঙাইবিবদি নঙনা থম্মোয়শেংনা থবক তৌবিবসে মসিনি। নঙগী জনির্গীদমক ঐনা পীবনি। হৈ, ঙাইখোনে অমিতানদি নঙসু অমেবিকাদা মাগা চৎমিন্নগনি হায়বিবসিনা কমদৌবা? অমুক্তং উনবম্মুদনা।

– ফগনি সাব।

হায়দুনা থোবক্লগা অমিতাগী কাদা কোল্লিং বেল নমলুই। অমিতা থোঙ হাংদোকই।

– হাই, কদায় চৎকদৌবিবনো? ঐসু লাক্কে য়াবোইদ্রো?

– মেদাম, ঐখোয় য়ুমদা চৎচবা তাবে।

– হায়বদি মণিপুবদা?

– হোয় ।

- কবিগী? কৈদৌবে?

- শুম য়ুমদা চৎতবা কুইবে হায়দুনা।

কর্বিনো হায়বিবসিবো? অমেবিকাদি কমদৌবা? লোইনা তয়াবি লোইববসিদা। যাবোই চৎলবসু হল্লক্লগা চৎলু।

দুর্গানা মবক থৎলদুনা খুল্লকই,

- মেদাম, মহাক্তি য়ুমদা চৎসি হায়বা য়াজদবনি। মেদামগা অমেবিকাদা চৎকনি হায়দুনা। অদুদা ঐনা মণিপুবদা অমুক্তং পুবীযু, অমেবিকাদুদি মেদামগা মতুংদা কয়াবক চৎপসু য়াবি। মণিপুবর্দদি হন্দক চৎলিবা অসিদগী অমুক চৎপা ফংদবসু য়াই কনানা খঙবা হাযদুনা ঐনা নমদুনা পুবিবনি। অমুক্তং চৎচকগে তৌর্বানি। ৱাবৌবীনু মেদাম।

– ও ! ফবে অদু মঙাইবে, নখোযনা য়াদ্রবনিনা। অদু য়ৌবগা পাউ

খঙহল্লকউকো। ঐসু বিং তৌবক্কে।

– হংচিৎ নত্রো? মেদামনা চৎকদৌবিবসে?

– মানিনে। হংচিৎনিনে। ফিল্ম অনীগী শুতিংনি। সবক কে বাজা হায়বা অমা তেবে লিয়ে হায়বা অমগা। অদু নখোয়বু কয়াম কুইনা লৈবক্কদৌবিবনো? ঙাইখোকো কৈনোমতা...

(ফাগী তৌদুনা অমুক)

নুংশিবসি ঐনা খব হেল্লমালে, নঙদি ঐবু থাদোক্কুনা চৎনীংলে নত্রা ইতা?

মখোয় অনী নোকমিন্নে। অদুগা দুর্গাগী খুৎতা পায়বদুনা চোক অমা পীবকই ইদুনা।

– সে মসি পায়শিল্লু চেকশিন্না পুগদবনি। নুংঙাইনা চৎলুকো।

দুর্গানা চোক্কু বোবীদা পীশিল্লকই।

বোবীনা য়েংলদুনা হায়বকই।

– এ ! মসিদি মেদাম !

– মানি ঐনা দুর্গাগীদমক পীবিবনি। কবিসু নত্তেদা, অপিকপা খূদোলপোৎ মচা অমত্তং। নঙদি নুংশিদে। নঙদি দেদিগা অদুম লৈহৌনি, দুর্গাগা ঐখোয় অনীদি অনধেবিদা লৈমিন্নখ্রদৌববু। উনবা লাক্লবসু কনানো মশক খঙদে হায়বগা লোইবে।

(নোকমিন্নে)

মেদাম ! মসি ঐ, আস মিলিয়ন অমবু কবম হায়না?

– কবি তৌববনো? খুদোলপোৎ হায়বসিদি খুদোলপোৎনি যামই য়ামদে থিনদে।

দুর্গাদা অমুক ওনশিন্দুনা অমিতা,

– ঐনা নঙবু নুংশিজবিবসিদি পৈশা খবসিনা চাংদম্নবা য়াগদবা নত্তে। নঙগা ঐগা উননবা শিনবীবিবা ঈশ্বব মহাক্কী মফমদা কচ্চবনি হায়না হেক খন্দোকউ। অদু ওইববদি শেনফমদু মবম চাবেদনা।

ফবে শোয়দ ঙামদবা ওইসনু। শকমান্নবী, লাইবক ফবী, চৎলুখোকো ইতা। অদুগা অদুগনে, কবিগুম্বা ঐনা হল্লকপদা নখোয় হেক লৈবমদ্রবা, ঐসু মণিপুবদা লাকএ খঙউ। নখোয় লৌবা লাক্কদৌবিবা। ঐনা পাম্বা অমদি লৈ। প্রকিতিগী ফজবনা ইকোয় কোয়শিনবা, পূক্লিং হুনা ফজবা মফম অমদনে নিংথিজবা তরু তরুবা য়ূম অমা শাবম্মু। অদু ওইববদি নোংমা ফাদোক ঐখোয়মখৈ কোয়থোকউবা য়াইদনা। মতম খব লৈথোক্কেবু হায়ববসু। কো দুর্গা?
বোবী থোবকলে অমিতাগী কাদগী কুলকর্নিগী নাক্তগী পোৎ চৈ পুদুনা থোবকলে কুলকর্নিনা হায়বকই,

– নঙগী কাদি শো লোনশিল্লম্নবা নত্রা? গাড়িদুসু –
– গাডিদুদি ঐনা পুজবকলে। সাবগীসিদা লৈবসনু।
– ফ্লাইত্তা নত্রো চৎকদৌবিবদুবো?
– মানি সাব।
- অজয, অজয়, লাওনে, য়েংউ অমিববু এয়াবপোর্ট ফাওবদং থিনবীকচো। ফবে ফবে। ফজ ফজনা চৎলু।

দুর্গা বোবী কুলকর্নিগী মখোঙ শোক্লা খুকমজদুনা থোবকলে। অমিতানা হায়বকই,

- হাই, অমিব, নঙগা চৎমিন্নবিবদু অমিতানিকো, নঙগী দুর্গাদি নঙবু ঙাইদুনা লৈহৌবিবনিকো।

মপা মচাদু থোঙজিনদা লেপ্তুনা, য়েংদুনা লৈহৌই। মখোয় অনীসু থোবকলে। গাডিদা কাখৎলে। অজয়না থৌদুনা এয়াবপোর্ট পাংলকলে।

## (১৯)

নুংথিলগী পুং অনীগুম্বা তাবল্লগনি। বোবী দুর্গাগা লোয়ননা চংলকই কোন্দুমগী য়ূমদা। ইহান হান্না উবকই মহাক্কী মতম অমগী থব্বানমিচাক্কী য়ূমফম। য়ূম অমদি ফন নিংথিজনা উবি। মথং মথং নীংশিংলকই হৌখ্রবা থৌদোক কযা। মথংদা উবকই মতম অমদা শাইদাংলম্বা, বোইচানা থৌজানবীখিবা শঙ্গোয়। য়ূমদু কনামতা লৈবা উদে। চংশিন্দুনা কৌকই।

- তামো, তামো লৈতব্রো? তামো কোন্দুম।

নুপী মচা অমা চেঙ্খোবকই মহাক্কী হান্না লৈবম্বা হৌজিক্লা নৌনা শাববা শকখঙদবা য়ূম অদুদগী, ইঙক ঙক্লা য়েংই।

বোবীনা হংলুই,

- ইবেম্মা, মখোয়গীসিবু মী লৈখিদবা জাৎলা? তামো কোন্দুমবু লৈখিদববা, অমুক্তা কৌথোকপিবকউবা।

নুপী মচাদুনা খুন্নকই,

– বাচৌদি লৈখিদবা কুইবে। চহী অনী অহুম ফাজিল্লকলে।

– হা ! তামোবো?

– হোয়।

– করম হায়না? এ !

– নাবদগী।

– ও ! ইতৈমদি, ইতৈমা নুংশিবে?

– মাচৌদি দুকান্দা, দুকান থোকখি।

– কদায়দা, লমখাইদা?

– হোয়।

– অমুক্তা কৌবীবকউগেবা?

– হোয কৌবক্কে।

নুপী মচাদু চেনখি। দুর্গানা হংলকই,

কদায়নো নঙগী থব্রানমিচাক্কী য়ুম হায়বদুবো?

থবানমিচাক্কী য়ুমদুদি কদায়দগী উবা ফংলনি? নঙবু উবদা ইকায়দুনা লোৎখ্রেদনা। মসিদা উবিবা য়ুমসে অসিদা লৈবম্বনে। নুংশিত্রবা য়ুমনিদা।

হায়নবিঙৈ তাঞ্জাদুদা নুংশিবে তহা তহা চেল্লক্লুনা হংলবে,

– কনা উনবীগদবা ওইববনো, কবি থবক্কী?

– ঐ ইতৈমা উনকুগে হায়দুনা লাকপনি।

– লেংশিনবীবকউ। শোমদা ফন্নসি। ব্রাবৌবীবা যাদে, ঐবু ভাব অমা–, বেঙ্ককী লোন খোমগৎপা কাংবু ওইবীবব্রা নত্রগা মোবেহবোমগী ঐখোযগী কাংবু ...

– ইতৈমা ঐবু খঙদ্রবো? ঐ বোবীনিনে।

– বোবী হায়বদি ঐখোয়গী বোবী? বোবী, হা ! ইস ! মানি মানি মাল্লকএ। পূমওন ওল্লম্লবসিদদি কদাযদগী খঙলদগে? শকফমসু

পূমওন ওল্লে। য়াম্নসু নোয়খোকএ। ফিভমসিদদি কদায়দগী খঙলদগে? আ– মহাক্না কনা? কোম্বীবৈনদি ফিল্মগী হেবোইন অমা লাকহৌই হায়দুনা তম্লবদুদা অঙাং নচীন থীনু হায়দুনা হায়বীবমলিবনি। নত্রনে, ফিল্ম কুম্বীদু নত্রো?

– দুর্গা, আ, ঐগী নুপীনি। দুর্গা ইতৈমদা নমস্তে তৌ।

মণিপুরীদা হায়বকই,

– খুরুমজরি দিদি।

– ইস ! মশকসিদি ফজপ্রেদা। হোয়নে, হোয়নে, ঐ টি, ভি, দা ময়াম অমা উপ্রে। মণিপুরী থোকপ্রো মাবো? মমিংদুবু কৈনোমা হায়দাইনে? দুর্গাসু কৌবা ! ইস, নুংশিপ্রেদা !

– ইতৈমা ঐনা লাকলিবসে, ললনৈমগা, দোঙকিগা অনীদু য়াববদি ঐগা লৈমীন্নবসিবা হায়দুনা। বোইচানা য়াবীববদি অঙাংশিংদু ঐগা লৈমিন্ননীংই। হৌজিকপু মখোয় কদায়দা লৈবিবগে?

নুংশিবৈ শকফম পূমওন ওনখি। ঙাইহাক তুমিন লৈরুবগা,

– মখোয়গী খোঙ্গুল লীরুবনু। কান্নববোই বোবী।

– কবিগীনো? কদায়দনো মখোয়না লৈবিবসিবো? ফববসু ফত্রবসু ঐসু মপানিনা, মখোয়বু তোপ্না থম্বসে ঐ পামদ্রে।

– নঙনা খঙনীংলবদি মোবেহ্দা চৎলুগদবা মঙাইবে। ঐখোয়গীসিদগী ইনে থোইবী খঙইদনা।

– ইনে থোইবী হায়বদি ?

– অরাং লৈকায়গী ইনে থোইবী, হেবা, নোংমা নঙনা অঙাংগী মফি- মবোল লৈখ্রগা পৈশা পীদে হায়দুনা পৈশা থৌবা লাকপদা ইমোইনুগা খৎনখিবদো।

– ও ! ও ! খঙঙে খঙঙে।

– অদো মোবেহ্দা ময়ূম হোংদুনা অদুম লৈখ্রবনি। মঙোন্দা হংলগা লোইনা খঙঙনি।

– মাগী য়ূমদি মোবেহ্ কদায়রাইদনো?

– এ ! ককচিংদগী থোংইবী হায়বদা খঙদবা'মতা লৈববোই।

– ফবে অদুদি ইতৈমা ঐখোয় অমুক চৎচকখিগে।

– আস চাসু থকত্রে।

– এ ! য়াবে, হৌজিক্তা থক্লকই।

– নত্তে নখোয়বু কৈদৌঙৈ অমুক চৎতৌবিবা? 'সিদা শুম লৈবদৌবিবা, অমুক চৎকদৌবিবা?

– মেন তাদ্রি ইতৈমা। অমুক চৎপসি চৎতৌ মান্দ্রে।

– হোযদা হোয়দা য়ূমদগী হেনবা লৈতবনিদা। ইনাওসিদি নুংঙাইন হেক লৈথোকউ। ঐখোয় মখৈ পূন্না নুংঙাইনা লৈমিন্নবগা লোইবেদনা।

– ককচিং লমখাইসিদি যাম্না ওল্লম্মেবো। য়াম্না হোংঙে।

– ওল্লে ওল্লে, পূমওন হেক ওল্লে। শাগৎলিবা ময়ামসে কামেশ্বর হায়দুনা শেঞ্জাও পায়বা অমা লৈবি, মাগী ঙাক্তনি।

– ঐখোয়গী য়ূমফমসিনা... !

বোবী, ইতৈমা উপাই লৈতে। নঙগী তামোসু লৈখিদ্রবনিনা ইতৈমা তৌফম খঙদ্রদুননে। নঙগী য়ূমফমসি য়োম্থোক্লগা, নঙোন্দদি মীনম্মোইকো ইবুংঙো। দুকান মচা অমত্তং ফমদুনা হিংননবা উপাই ওইজবিবনি। মদুগী পৈশাদো ইতৈমা...

– যাইদা ইতৈমা, অদুম হোৎনবীয়ু। মতম অমদা ইতৈমখোয়না হোৎনবীখিবা পাংবীখিবা মতেং ঐ কাওজদে। য়াম্নদি য়াওজবকত্রে, মসিমত্তং পায়শিনবীয়ু মতেং মতেং ওইনবা লুপা লীশিং তবানি। ফবে অদুদি য়াম্না নুংঙাইজবে। ননাও অমুক চৎচকখিগে।

– ফবে ফবে য়ৌবো, ও ! নুংশিদা। বোবী নঙ ঐঙোন্দা রাবৌগনুকো। মতম অমদা নঙোন্দা ঙাংখি শকখিবা, নঙবু ফহন্নীংদুনা...।

– মানিদা ইতৈমা। কবিগী রাবৌকগবনো। ঐনা পঙবদগী থোকখিবা ঙাক্তনি।

– নত্তে, নওবু কদায়দনো? কদায়দা লৈবিবা? ইতৈমগীসিদা লৈবসিদনা?

– য়াবনিদা ইতৈমা।

বোবী থোবক্তুনা ইম্ফাল হোতেল য়ৌবকলে। মতম খব লৈবগী শেম শাবে। সিতাগী মবমদসু খঙলে। মখোয় মমা মচাদনি। মপাদি লৈখিদ্রে। মমানা পানদুকান ফমদুনা হিংননবা হোৎনজবা, মচাগী পৈশা মপূং ফানা থাবা ঙমদবা ওইবমালে। হান্নসু মোবাইলদা চেল্লুববা নুপীনি, ফাদোক্লদুনা থম্বনি। মমাগী মতৌ য়েংবা ঙমদে।

নোংঙাল্লগা মোবেহ য়ৌবে। থোইবী উনবে। খঙলে পূম্নমক। বোইচানা দোংকিবু য়োম্থোক্তুনা য়াঙ্গোন য়ৌখ্রে। ময়াম্বা কোন্দুম নাদুনা শিখিবা নত্তে। ময়াইকাবা নিশা কববাব তৌকবদগী ফানবা কোয়তান তান্নববদা লোৎহল্লিবনি হায়দুনা ম্যানমাবগী জঙ্গলদা পুশিন্দুনা বোইচানা হাৎখিবনি। লনলৈমদি মফম খঙখিদ্রে। ইয়ু, এস, দোলব লিশিং য়াঙ্খোদা য়োনখিবনিকাসু হায়নৈ হায়দুনা তমই। অদুগা ইমোইনুনা ওক্ত শঙদা বোইচানা পোকপা বুংগা লোয়ননা লৈখ্রে। বোইচাগা মখোয অনীগাসু লৈমিন্নদ্রে। ইমোইনুনা জয়ন্ত হাযবা অমগা, বনজিৎ হায়বা অমগা অবোনবা মবী লৈনবমই হায়দুনা নোংমা মখোয় অনী খৎনবদগী শা ওনদুনা ইমোইনুবু ইন্থোকপিবল্লগা বোইচা তুমু নুপী অমা লৌদুনা লৌখি। ইমোইনুনা ওক্তবীগী শক্তম লাংখি। খোঙ্গুল লীকবগী কান্নবা লৈত্রে। সমুদ্রগী কল্লবা ঈথক ইপোমদি নুংশিবগী লাইবেন্বীনি, শাথেক হৈবীনি। অদুবু চেকশিলহৌদবা মিৎকুপ অমদা পুন্সি কয়া ইবোলনুংসিদা লুপশিন্দুনা থব্রায় মাঙহল্লি হায়বসি ইমোইনুনা খঙখিদববা?

## (২০)

চহী অমা হৌখ্রে। মহৌশাগী ফজবনা ইকোয় কোয়শিনবা অচিকপা মফমনি। লাইফম কয়াগীসু তিনফমনি। নিংথিজববা মালেমগী লাইবৈবাকনি, লাইফম লোকনুং। ককচিং লমখাইদগী নোংপোক লোমদা খজিক্তুং কাখৎপ্রগা লৈ। মফম অসিদনি বোবীনা য়ুমফম অমা লৈদুনা নিংথিজববা তক তকবা য়ুম অমা শাদুনা লৈবিবা।

মেবাগী পুর্ণিমা নুমিৎনি। ইংনা মেংলবা থাবলগী মঙালনা নুমিদাংগী অমমবা কোকহল্লগে মতাগুম শন্দোবকলি। বোবী দুর্গাগা লোয়ননা ব্রাবী শাদুনা ফমলি। পিকতকনা চিংলেম্না শাবিবা মথোল মরিগী য়ুমদুগী কফ মথক অদুদা। দুর্গানা হায়বকই,

– ইচে নুংশিবৈসে য়াম্না ফবমদৌ মাল্লি।

– ফৈ অদুবু মখোয়সে লাপথোক্লগা ফজবা, নকশিল্লুবগদি নাবক

মোংশোঙ, তিংখং তুম্বৌতনা থনবা চীংগুম্বনি।

– আস ! প্রমান ফাওবদি শেৎলিহে !

বোবী ব্রাখল অমগী ঈপাক্তা তাওখি। দুর্গানা মখা তাবকই,

– কৈদৌব্গে, কবি খল্লিনো তুমিন উংদুনা অমুক লৈবীথ্রিসিবো?

– কৈনোমা খল্লিবনিনহে।

– অদুবু কবিনো হায়বা।

– ঐ ফিল্ম নমদবা য়াদ্রে। ফিল্ম পুথোকঅগে।

– আস ! য়াম্না পকত্রে। কদোমদগীনো অমুক ওইবোইদবদা।

– কবিগী ওইবোইদোইনো? শোয়দনা ওইগনি।

– কুলী নঙনা ফিল্মগী মবমদা কবি খঙঙদনা? হুম !

– কন্সলটেন্ট অমা, এদভাইজর অমা ইচাও চাওনা লৈবিসিদি? ঐনা হায়কবদা মাই কবিসু হায়বকওই। ছাত্রশিংনা মহাক্কী পারাদু প্রেগাফ অমা খঙনবা চীনফা পুনবা হোৎনবদা য়াম্না ব্রায়। মরুওইবা ব্রাহৈশিং খন্দোক্লনি, মদু নিংশিংগনি, অদুদগী শাজিল্লগা ইগনি। য়াম্না ব্রানা হোৎনখ্রবজাৎনি। অদুবু মহাক্না য়েংখিবা ফিল্ম অমদি মকোক্তগী লোইবা ফাওবা ব্রাবী লীবা ওমই। স্কুল, কলেজ, য়ুনিবঅসিতিদা তমলিবা টেক্স বুকশিংসে, ব্রাবী, শৈবেং, পাবা খুদিংমক ফিল্ম ওইনা পুথোকঅগে। অদু ওইববদি স্কুপকী অব্রাংপা লৈববোই, কৈথেলগী অব্রাবা লৈববোই। আর্টিসশিংসু শিনফমসিদা হিংবা ঙম্নগনি। ছাত্রশিংসু মমুৎতানা খঙলগনি।

– শৈবেংবু কমাইনা নমদোইনোদা? ব্রাবীবুদি ফবেনে।

– কবিগী য়াদনি? কম্প্যুটবগী যুগনি। সবজেক্ত খুদিং নম্বা য়াগনি। এক্সপেরিমেন্টেল প্লে এবসর্ট প্লেগা হায়বিবশিংসে ...।

– ফবেসে। খঙজ লাকচদেদা। শৈবেংদি ব্রাকৎনি। অশাওবগী শাওনিংবগী, পেন্দবগী, অব্রাবগী, কায়নবগী।

– নঙনা কবি খঙঙদনা?

– নঙনা হায়বগী খঙবগী ৱানি কৈনো? অদুদি পাউদম নত্রো? চাওখৎপা নুংঙাই য়াইফবগী পোৎপু কবি য়াওবিগে? শেংনা ইকজথোক্লবা মতুংদা মিংশেল য়েংলিবদুবু নুবা নল্লিবো? নুংশিবা ফজবা পোৎতি অমত্তসু উদনা। ফিল্মগা নম্বীবক্কনুকো, ঐদি য়েংঙোই হায়রিসিনি।

– ঐনা তৌনি হায়ববদি তৌবদৌনি। অচৌবা ব্যুজিনেস অমা ওইগনি।

– হোয়য়ে, ফগদবদো অদুম তৌবীয়ু। অদো, ঙসিবু তাং কয়ানো?

– কুপ্পানিথোই।

– কয়াদা নুংশিত্রিবনো ! মশম অসি হেক ফোইদৎপা। তাং কয়ানো হায়বনে?

– কুপ্পানিথোইনি হায়বা।

– মসিগী নুপাসিদি ! মখোয়গী ববা, ঙসিবু তাং কয়ানো হায়বা?

– কবিগীনো নঙনা তাং হংঙিবো?

– ডাক্তব চেক- অপতো !

– হোয়নে।

দুর্গা বোবীগী মথানুংদা ঙাথজবদুনা,

– পাউখোঙ অমা চল্লুবা?

– কবি পাউখোঙনো?

– ঐনা লেপলিবসিসু নঙগীনি।

চাকলিবা মৈচাকসিসু নঙগীনি।

শিঙ্খবিবা পিবাংসিসু নঙগীনি।

হায়বা, কবিনো?

– আস ! অদুদি য়াম্মা লুইহে !

ফোংদোক্তবা নুংশিবা, লাকখিদ্র খন্না ঙাইবা, মৈচাক খাঙজবা।

দুর্গা থবায় তানা নোকচৈ। অদুগা,

– নত্তে অসি ফাওবা খঙদমালে।

– কমদৌনা নংত্রিবা? তাবিশ্বকী পাউখোঙলনে? নত্তেদা। নুংশিবা কায়নবগী পাউখোংনি। ই ! ইবেম্মাও, খঙজবদো।

– নত্তে কৈসু।

– মানি। খঙজবদো।

– নত্তবদো। খঙদি হেক খঙদনা। খঙঙম্মনি !

– অদুদি হায়বোদনা।

– অদুবুবো, কেন্দল।

মখোয় অনী নোকমিন্নে। দুর্গা বোবীবু মোমোন মীনোক অমগা লোয়ননা হাইফেৎ য়েংলুবগা অমুক নোম্থখি তপ্না হায়বকই,

– মীওইবগী পুন্সিসিসু কেন্দলগুম্বনে।

– য়াম্লবু হৈবিনে। ঐদি জগোয় খক্তা হৈব্রা হায়ববু !

– অদু কাওনিকো। তাবীবিব্রো? কাওনিকো।

– হোয়নে। কবিবো?

– ডাক্তবগী চেক- অপ নুমিৎতো।

– হোয়নে, হয়েংনিনে।

– কাওদনবা নীংশিংজবিবনি।

– হোয়, ঐনদি কাওগনবনিনা।

– অদো মমিং কবি থোনদৌবিনো? অমিতা থোনশিবা?

– নুপা ওইবগনা দুর্গেশ্বর অদুগা নুপী ওইবগনা বোবীতা। ইস ! য়াম্লবু ফজবিনে।

– ফজদবা য়াবিব্রো? মমা ফজবিসিদি !

লাইবক্তবু তম্নবদি ওইথোক্তবা কয়াসু ওইথোকই। থেংনবিবসিনি য়েংউ নঙ ঐসু। অশুম্না নঙবু খল্লুব্রনে? হোৎনববু লেপত্রবদি নোংমা হায়বদো ঐখোযগীসু লাকখিনিদা। মিৎকুপকী হোংবা তাইবঙনি। অহোংবা নাই। অতিয়াদা থোকলিবা থা থবানমিচাকশিংসিদি ঙসিসু হোংদ্রি। য়েংলি কুম্মৈ।

বোবী শ্বব অশাংবা অমত্তং হোন্দোক্তুনা,

- নঙনা ঐবু অহানবা উবদা কবি ফাওখি? পুন্সিসে নুংশিবক্ত্রা? ষ্টেসনগী পুন্সিদো!
- নীংশিংলিব্রনে?
- নীংশিংলি।
- লোয়না নীংশিংবা?
- নীংশিংই।
- তল পীজবসো?

নীংশিংই।

হীক কাইবীবসো?

- নীংশিংই।

ইকুজবিবসো?

- নীংশিংই।
- অহিংদুদি?

নীংশিংই।

- মেদামদি?
- নীংশিংই।
- অদুনেবা।

মখোয় অনী পুন্না নোকমিন্নে। দুর্গানা মখা তাবকই,

মেদামদি যূম পাল্লবোই, ঐখোয় অনীগী ইচা শেন্নদুনা অদুম লৈবনি হায়বিবা।

কবমকান্দা?

নোংমা।

হেবা, হায়জবিবা হায়দুনি।

মেদামসি শুংলাক লাক্তেকো। ইস! মানা অমেবিকাদগী হল্লকপদা লৈবমদ্রবদি লাকদৌবিনি কা হায়বদুনা। য়াম্না মাল্লে।

- মুম্বাইদা লৈবমগনি। মপানা কৌবদুনা পোথাবা ওইনা মতম খব লৈমিন্নবম্বগী ব্রানি। মথৌ চিনখ্রবা মীনি। অয়াম্বা মতমদা য়ূমদা

লৈপোৎনত্তেদা।

– অদু ওইব্বসু ছুতি অদুম লৈবমগনি। অদুম লাকপা য়াবিপোৎনি।

– লৈফমদি খঙদনা কবম লাক্কদবনো? মখোয়না খঙইবদি থব্রানমিচাক্কী য়ুম। হোয়, খঙবা য়াবা অমদি লৈ, ঐগী দাইবী, ঐগী দোকুমেন্ট। হোয়, মহাক মণিপুববু য়াম্না নুংশিজবা মীশক্লি। হান্নসু লাক্লমলে হায়, অদুমকপু ঐখোয়না লৌকদৌবা।

– মেদামদু লৌবীকসিবা ! লৌবীকসিবা ! লৌবীকসিবা ! নোংমা নিনিদং ওইববসু ঐখোয়গা লৈমিন্নসি হায়জকসিবা। য়াবকওইদ্রনে? য়াবক্কনিদা। কো, অমুক্তং হায়কসেবা।

– আস ! নঙগী নিঙাইদু মতাং চাদে। কবিগীনো খঙনুং নুংশিবকইসিনা?

– মখোয় ববা নত্রো, মীগী তৌবীমল কাওবা য়াদে হায়খিদুবো?

– চৎলবসু কোন্না অঙাংগা উনববা মতুংদা।

– মেদামনা পামজবা হায়বদুমক থোকলে। কয়াদা নীংথিজবিবনো মফমসে।

ঙাইহাক তুমিন লৈকবগা অমুক মখা তাবকই দুর্গা,

– মণিপুবসিদি হব্রা নুংশিৎ য়াম্না ফৈকো। আগী চবাংনবদু নত্রে। ঐদি শুংথাবু থাজদে অশুম্না লৈবমগনি হায়বা, চীং ঙাক্তা ওইবমগদবা মাল্লি। মণিপুবগী মহৌশা লাইবেশ্বীনা ঐবু থৌজানবীববনি। ঐনা কমখ্যাদা চৎতুনা খুকমজবগী মহৈনি। ঐদি লাইবেশ্বীগী মচানি। ঐদি মপোক ফবীনি। অদো, মপোক মপোক খুঁদিংদা নঙগী নাক্তা লৈহনবীয়ুকো। ঈশ্ববদসু নিজবিবনি। ঐ হাযফম খঙদে।

দুর্গা মাযথোংদি নোকলি, মিৎলু অনীদি পিবাংনা থুমহৎলে। থাবলগী মঙালদা লুপাগী মহী চেম্থবকপগুমলে। বোবীনা তৈথোকপিবদুনা,

– কবিগী পিনো? অশুক নুংঙাইববা মিৎকুপসিদা?

– খঙদে, নুংশিবনা থুমহৎলি থম্মোয়সে। ঐ, ঐ, মমা ওইগদৌববনিকো !

## (২১)

নুমিৎ তবানিগী মতুংদনি। পাকিস্তানগী শুক্লবা জঙ্গল অমগী মনুংদনি। বোবী মখূৎ পুনশিন্দুনা, মমিৎ খুমদুনা ফমলি। ফুবদগী ঈহিং নাহিং শাববা অশোকপশিংদগী ফাওবকপা চৈনাদু খাওবা হোৎনবি।

আকাস মেহ্‌তা বোবীগী হকচাংদা খোঙনেৎনবদুনা, খূৎলায় পায়দুনা লেপলিবা মহাক্কী খোঙলোয়শিং অদুদা কাক্কী খোঞ্জেলদা হায়বকই,

– মিসন ফোব, জেৎ 'এ' গী কাংবু চৎলু। কুলকর্নিবু লোইশিল্লু। য়াদ য়াদ্রবদি মিবাকলস থুগায়বগুম এপোলোসু থুগাযবম্মু। কুলকর্নি হিংবা য়াদে। চৎলু। কালিয়া, কমপ্যূতব ' তার্গেৎ।

মীওই খব চৎখি। বোবীনা আকাসতা হায়বকই,

– আকাস, তৌগনু। কুলকর্নিগী থবায়দদি কনবীয়ু।

– য়াম্না নোল্লুকপগী ঝানিনে। জ্ঞান্না লূমথববনিনে? মীনুংশি চাউবাও ! নঙগী নথৱায়দুগা শিন্নগে হায়ব্রাও? নুংঙাইবেহে, কুম্মৈ নুংঙাইদৌবিদা? কুলকর্নিসি ঐদি ফন শিংব্রা খনবনি অদুবু য়াদে। কদায়দগীনো অতা অতু অমা খুল্লকঅগা। অজয়না হায়বদু চুম্মীদনা। হুম ! ঐ লোইনা খঙইনে। হাৎকদবনি কুলকর্নিগী শাগে তুম্না হাৎকদবনি। য়েংগে কাংখল মনুং থাঙহাইবা কাংবুসিনা কৈদৌবা ঙস্বা !

– তৌগনু, নঙ মদু তৌগনু। অশোল অনা লায়েংবা লাকচবিবা মবাল লৈত্রবা, কবিসু খঙজদ্রবা মীওই কয়া কয়াগী পুন্সিবু তেমশিঙনবা অসিবু, নঙগী খোঙথাং অচুম্বনি খনব্রা? মীওই লীশিং কযাগী পুন্সিবু তুমিৎ কাঙগুম্না উবিবা !

- পেৎ পেৎ ঙাংইহে মসে। নঙ নথৱাযদু লৌথোকউবো? নুংশিগে ঙমদবনিনেসে।

– হাৎলু হাৎলু। ঐ থৱায় পাম্মুবা লৈতে। কবিসু লৈত্রবা ঐগী থৱায়সিগবু শিন্নবা য়াগনি হায়ববদি। অদুবু...

– তুমিন লৈয়ু। এ ! জ্ঞান তাবা ! মীনুংশি চাউবা ! মণিপুব মচা ! হৈ নঙনা কবি খঙবনো? ঐখোয়না তৌবিবসে চুমমেনা তৌবিনি খঙঙব্রা, চুমমেনা তৌবিবা। নোংমৈ মকগুম হায়না, শৎ তিংনা পাইখিদৌবিবা, নঙগী, নঙগী থবাক্কুদা। ঐখোযগী তার্গেৎ ! মিসাইল। বুং পোখায়কদৌবিবা। মিসাইলদগী হেন্না চুম্বা মক অমত্তা হায়য়ুনে? নঙসু, নঙনা কয়া লোৎলবসু হুৎতুনা থিবক্কদৌবিবা। নঙ খূদক্তা চেল্লকইবসিনি। ইখোঙদা তুববিবসিনি। অসি ওইবে লৌশিংনা শামু ফাই হায়বদো। তুমনা তুম হল্লি, য়োৎনা য়োৎ ককই, মীনা মীবু হাৎলি। মসিদগী হেন্না চুম্বা অমা কদাযদগী লৌকদোইনো? এ ! ঐ অমা ইচাও চাউনা হায়না শিঙন্দুনা লৈবিঙৈদা, নঙনা কদোমদগী অমুক হাইজল্লুবিবা হা ! মীনাই মচা !

হুম ! সিতি খুদিংমক্তা হাইন হুম্না পাল্লিবনিনে ঐসে। লৈবাকসে ঐগী খূদোম্বী মতোন্দা লৈবনিনে। নঙগী প্রাইম মিনিষ্টবদো, ঐগী লৈবাক খোৎপা মালিগা লম্বা য়াখিবোইনে। যেংউ য়েংউ, মসি য়েংউ ! হুই ! থেংউ থেংউবা মফমদা য়াবেকপা, অউবা খুদিং মিৎতাবা হুই ! থব্রানগী হুই ! নঙ মঙাইবেনে কুলকর্নিনা চাল্লিবসে? মপু নীংবাও ! ঐখোয়দি ভর্জিন নত্রদি খূৎ থাদে, খঙব্রা? হোই ! নঙগুম্বা অমা লোইশিনবদি কবিসু নত্তে। কো ! হুম ! ঐগী মায়য়োক্তা লেপ্পগী কবি ওইবে? সর্বনাস ! কুলকর্নিগী মিবাকলস পূম্বা তুম্মেদনা। উৎ ওনপ্রেদনা। মশাগী ব্রা মশানা ঙাকপা ঙমজদবা। কলেজ মচা অমা লিংখৎলগা পৈশা পায়বা শাবদনা, ঙকচাও থেক্লদনা। আকাসতি আকাসনি, লেম্না খক থাদে। পৃথিবীসে পিশক পিকপনিনে, ঐগী মী কোকথোং অমা লৈবির্বনিনে। খূবাক মুক পাকপা নঙগী চীংদুম মচাদুদি মিনিট মঙাগী মনুংদা..., খঙঙেদনা। হা ! হা ! নোকনীংবা ব্রানি। হোই, থৌনা ফবাও ! মশিঙ্গা লৈবাও ! শ্বাইদা লাক্লগা অফাওবা শাবীববা পাথৌ ! নঙ থব্রায় মচাদু লৌথোকপা তাবেদনা। ইকায়দি ইকাযখ্রেদা নঙগুম্বা অমগা ঐগা লম্বা তৌবসে। সত্য ইকায়ব্রেদা... ! হা ! হা ! হা ! মণিপুব, মণিপুবমচা ! জঙ্গলী !

আকাস বোবীগী মকোক্তা নমই নোংমৈনা। অদুগা,

– নকোক মনুংগী পান ইবোনবসিদা মক অমত্তং ফুমগে হায়ব্রো? থাজিনজবকউ হায়ব্রো?

বোবীনা,

– হাৎলু, ঐবু হাৎলু। অদুবু ঐনা হায়জবির্বাসনি। সাব কুলকর্নিগী থব্রায়দদি কনবীয়ু। মপা মচাগী থব্রায়দদি কনবীয়ু। নঙনা খল্লিবা ব্রাখলদো লাল্লে। মেদাম অমিতাদা ঐনা অদুগুম্বা নত্তবা মিৎযেং য়েংখিবা লৈতে। খনবসু খল্লুদে। ঐবু থাজবীয়ু। মপা মচাগী থব্রায় কনবীয়ু।

– মপা মচা ? হুম ! মপা মচাদি আদা, লাইবৈবাক্তা। কো, লাইরমলেন্দা তিনখ্রবা ! কুলকর্নিসু য়ৌবম্মনি হা ! মথং মথং। নঙসু চৎলগেবো? নখোয় মণিপুরীসি নুপীনা মবোল অমা ফজবিবা, নুপানা মবোল অমা থীবিবা। য়োংমান্দ্রা য়েংউনে? কালিয়া কাপ্পগে? পান্দবনবু কৃষ্ণগী মতেং য়াওদনা হিংবা ঙমব্রো? হা? নথব্রায়দু ! পিৎ লাওবা নথব্রায় মচাদু ! হায়য়ুনে হায়য়ুনে। নত্রগনা পাং তিংলগা উশিন শিনগে হায়ব্রো? নচীন্দু খুম্মুনে। থাবীগদৌবিবনি ঐনা। নঙসি মপোক্তি ফবজাৎনি, ঐগুম্বা অমনা নঙঙোন্দা নোংমৈনা নম্বা ফংজবিবা ! নবাইবকতি ফৈনে হা? য়াই যাই, নঙ হৌজিকফাওবা হিংলিবসে। অদুবু মসিমদি হাযদোকপিবগে নঙসু খঙখো। অমিতানা মণিপুবদা নঙগী ননাক্তা চৎকনি হায়বা পাউ ফংবদগী ইখূৎমক্লা মাবু মীয়াম মবক অদুদা কাপ্পুনা হাৎখিবনি। পাউ পীবকইবদু কনানো খঙব্রা? অজয়। পঙখ্রবা নুপীনিনে, ফেব্রুযাবিগী তাং কুনমাপলদা পোকপী, পুংহৈদোন হৈবোননিনে। উম ! য়াদে, নঙবু তবাইনা নথব্রায় লৌথোকপা যাদে। খাঙহনগনি, চৈনাদু খ্বাইদগী কনবা চৈনা। অমিতানা খব পেঞ্জনবা লাইবৈবাক্তগী য়েংলগা।

অমিতা অমেবিকাদগী হল্লক্লগা মণিপুবদা বোবীগী নাক্তা চৎনবগীদমক এযাবপোর্ট ফাওবা অজয়না থিন্দোবকখি। হান্ননা পাউ ফাওনখ্রবা আকাস মফম অদুদা অমিতাবু ঙাইদুনা লৈখি। লৈবাক্লা শকখঙনবী অফাওবী অমনা মীয়াম মবক্তা মনীংতম্লা কমদৌনা চৎপা ঙমগনি? মহাকপু নুংশিজবা, পামজবা ফেনশিং অদুনা মঙোন্দা ওর্মাশনবা হৌবকখি। মদুগী খুদোংচাবা লৌবগা আকাসনা কাপ্পুনা হাৎখি। লংলা লংজিন পুথোবকপা ঙমদনবগীদমক্তা অজয়বুসু মফম অদুমক্তা হাৎখি। কালিয়ানা মবক থৎলদুনা,

– বোস! মীহাৎপদু ফাবেয়ে।

মখোয় মশেল য়েংনদুনা নোকনৈ। আকাস নোংমৈদু খূদোম্নীদা উংলদুনা, – অদুনিনে ভিমনা চাবগা সৌকুনীনা ফাইবা হায়বিবসে। তাইনবনা মঙোন্দা অদুম তায়নবেদনা। হাই, জঙ্গলী নওদি ননাদু তাহৌদ্রো?

ৱাফম অসিনা বোবীনা কমদৌদুনা খঙহৌদ্রিবা? খঙফমদি থোকত্রনে? হোয়, য়ূম শাবগী চবাংনবিঙে তাঞ্জাদুদা শোযদনা ওইবম্না য়াই। অদুবু বোবীদি থাজবা ঙমদে। হৌজিকসু মহাক অমিতা শিখ্রে হায়বা থাজবা খঙদ্রি। মহাক্কী থাজবদি কবিগুম্বা শোক্তুনবু লৈবম্লবসু নত্রগা মপাগী নাক্তা অনাবা শেন্নদুনবু লৈবম্লবসু হোস্পিতালদদি শোয়দনা লৈবমগনি। আকাসকী মীওইশিংনা মাবু শেন্নদুনা মপা মচাবু হাৎখ্রগনি হায়বসিনি মহাক্না ৱাজবিবা।

নুমিদাংগী ইচিক হুল্লকপা মতমনি। বোবী কনাগুম্বা মীওই অমত্তগী খোঞ্জেল তাবা ফংখিদ্রে। তাবিবা হাযববু হাবি হঙোইনা খোংবগী খোঞ্জেল, মিৎকপ কাযবকপা উচেকশিংগী খোঞ্জেল। অদুগা মবক মবক্তা যোংমুগুম্বনা খোংবগী খোঞ্জেল। বোবী হৌজিক্তদা খন্নুবকই, “ ও ! ঐনা লৈবিবা মফম অসি জঙ্গল অমগী মনুংদা ওইবা তাই।” মীনিলখোল তাদ্রবা অচিকপা অদুমক্তনসু বোবীগী থৱাযবু ফুক্তুনা পুখিগদৌবগুম খল্লকলে।

নুমিত্তু দুর্গাদি মথক্তা তুমখ্রে। বোবীদি গ্রাউণ্ড ফ্লোবদা টি, ভি, য়েংদুনা ফমলি। ক্লোজ সর্ক্যুইট টি, ভি, গী মোনিতবদুদা য়েংলম্বদগী পাউ তানীংদুনা টি, ভি থাগৎলুবনি। খঙহৌদনা, যাম্না থাজদনা পাউদা য়াওবকখিবনি। “কুলকর্নি মিবাকলস হোস্পিতাল, কুলকর্নি মিবাকলস কলেজ অনীমক বোম পোখায়বকপদগী পূমতুম তুম্না উৎকী মপৈ ওনখ্রে। মীওই কযাগী পুক্নি মাংখ্রে। অদুবু শিখিবা মীগী মশিংদি খঙবা ঙমদ্রি। মেনেজিং ডাইবেক্তব ভি, কে, কুলকর্নি এপোলো হোস্পিতালদা লায়কন্নবি। কনানা কবিগীদমক নত্রগা কমদৌনা পোখায়বকখিবনো হাযবগী চপ চাবা পাউ ফংবা ঙমদ্রি। অদুমকপু থাজবা য়াবা পাউগী লিখুল অমা ফংবদগী চিংনবা মীওই খবদি ফাগৎপা ঙমলে। ৱাহং পাউহং চৎথবি।”

নোং ঙাম্লগা পাউ অদু দুর্গাদা তম্লবদি মহাক্কী ফিভম মতাদুদা নুংঙাইববোই খন্দুনা মেদাম অমিতা লৌকখিগে য়াম্না থুনা খল্লক্কনি হায়বম্লগা লাকখি। মতৈমা নুংশিবৈদা দুর্গাবু খব য়েংশিনবীবম্মু হায়দুনা শিন্নবমখি। দেল্লী য়ৌববদা, এপোলো হোস্পিতালদা চঙলকখি। হিংবা নত্রগা শিবা অনীগী মবক্তা জ্ঞান য়াওদনা হিপলিবা কুলকর্নিগী নাক্তগী, অনাবগী মী ওইবীবব্রা? "অনাবসি য়াম্না লুবা কন্দিসন্দা লৈববনি, ব্রাবী অমত্তা শাজগে" হায়দুনা কৌথোকখ্রগা আকাসনা মাবু ফাদুনা পুখিবনি।

হৌজিক বোবীগী হকচাংদা খোংগ্রাও মচা অমত্তং নত্তনা মফি অমত্তা য়াওদে। নুম্মিৎ কয়ানি চাবক থক্লকতবগী চোকথববা, খৌগংনববা হকচাংদুদা ফুখিবগী চৈনা মবক অদুদা ঈংবগী অব্রাবা অমসু হাপচিল্লক্নুনা শ্বব লেপত্রি হায়বতা মঙায়বে। কোনশিন্দুনা খাঙলি। মবক মবক মথন্তা জ্ঞান মাঙবগুম ফাওবকই।

ব্রাবৌজবকই,

– নাহল অমুক মপোক্তা কবম্বা পাপ লংজবক্নুনা কবিগী অশুক ব্রাবা চৈনাসি পীবিবিবা? ঐগী পুন্সিসিদি অব্রাবগী মশক্তুনি। মীওইবা অমগী অব্রাবগী পনখৈ লোইদ্রিববনে? খাঙলকলে কযা কয়া ঙসি ফাওবদা। কদায় ঐগী নুংঙাইবা? ঙসি ফাওবগী পুন্সিদা ঐনা কনাদা কবি লানখ্রে? কবি ধর্ম্মনো? মসিনা অমুক কবম্বা চাংয়েং ! ঐগী পুন্সিসি অশুস্মক লোয়খিবা তাববা ! দুর্গানা কবম লেল্লমগবা? দুর্গা লাকলে, ঐ লাকলে, ঐবু ঙাইবম্মু। ঐগী থব্রায় মখোয়না লৌবা ঙমগদবা নত্তে। ঐগী থব্রায়দি ননাক্তা লৈহৌববনি ঐবু ঙাইবম্মু। ঐ য়াম্না ব্রাবে। হে ঈশ্বব, লাইবজববসু ঙসি ফাওবদা নঙনা পীবকপা অব্রাবা চৈথেং কয়া কবিসু নাচুংবা তৌদনা থেংনদুনা লাকলি। নঙগী চৈবাক ঐ কিদে, মবমদি ঐ লান্দে। নঙ মায়থীববনি। নঙগী অব্রাবা চৈথেং অসিমসু খাঙগে, ঐ খাঙগে। ঐ নঙবু কিদে। নঙ মায়থীববনি। হে ঈশ্বব ! নঙ মায়থীববনি।

ইমাঙমক্তা হেক্তা চোংথোবকউ লাকউনে, নঙবু লৈবিব্রা লৈতববা? লাওনে ! য়েথেকপিয়ু ঐবু, মদু ঐগী মায় পাক্লবগী লম্বীনি। নঙদি খঙদে। খঙদ উদ লৈতবা নঙ খঙদে। নঙ মায়থীববনি। ঐদি লানখিদে। কনানা খঙবী উবীদ্রবসু হে অহিং ! নঙদি খঙউকো। খঙবিয়ুকো। হে শেম্বীবা মপু ! নঙনা ঐবু থৌবী মেৎ মেৎতুনা হাৎকে হায়বগীদমক্তবা নঙনা ঐবু শেম্বীবিবা? মীওইববু নঙনা শেম্ম শেম্মগা হাৎতোকঅবদি শেম্বীবগী কবি অর্থনো? নঙ কযা ফবা লাইদি ওইবমলোই। অচুম্বগী মমাঙদা লেপ্পা ঙমদ্রিবা। নশকলোৎপা ওইবমগনি অদুননি নঙবু উবা ফংদ্রিবা। নঙগী অৱাবসিদি ইলায লায়না খাঙবা ঙমই। নঙগী থৌজাল নত্তনা কবিসু তৌবা ঙমজদবা অশোনবা জিবদু ঐদি নত্তে। নঙনা য়েক্লববদি শীংনববদি ঐনসু নঙবু শীংনবে। ঐখোয় অনী ওম্থোক্লসি লাওনে। ঐগী অৱাবসি নঙ অমুক খাঙলগা যেংলো লাও। মবাল লৈবা মীওুম কবিগী লোৎলিবনো? নঙ মাযথীববনি ! মিৎকী পিনা লৈতেং ওইজবীনি ঐগী দুর্গা। নঙ কপকনুকো।

শোমদনা অমুক দুর্গা মথন্তনি ইংনা চিক্লা নিংথিজববা, মখোয় অনীগী অনৌবা আশা কয়াগা লোয়ননা শাগৎচখিবা যৃমদুদা। ঙাইজৈ বোবীবু ৱানা।

- কবি তৌববজাৎনো, ফনদি কুইখ্রে। থুনা হল্লক্কনি হায়বল্লগা। মেদামনা য়াদ্রবদি থোক হল্লক্লগে হায়দনা মসিগী নুপাসি। লাকলোবা নঙবু লাকলোবা।

নোংমা হৌখি, নির্নি হৌখি, হুমনি হৌখি। থাখায় অমা চপ চানা ফাবে। বোবীদি লাকত্রি। নুংশিবৈ ফন কন্না হায়জবনি, ইবেম্মা দুর্গা নথন্ত লৈবসে নুংঙাইতে। ইচেগা লৈববসু লৈসি ইনাওসিদি। ইচেখোয়দি যাম্না চন্বনি। লৈমীন্নবগা খঙনি। ঐখোয়গী পূকচেলসিদি মওং অমনি। কবিসু খল্লুনু, ইচে লৈবিসিদি ! অদুবু দুর্গানা, য়ানিদা ইচে ঐ কবিসু কিদে, মাসু

হল্লকনিদা হায়দুনা মথন্তনি য়ূমসিদা।

ফন থেঙজিল্লকলে। ঙসিগী নুমিদাংসিদি দুর্গা পূক্লিং খব নুংশি। অঙাং উনববা মতুংদা পুন্না চৎসি হায়বল্লগা কবিগী হাথু হাথু চৎখ্রিবা? থম্মোয়দো মহী চেম্থোরকই, শীম্থবকই মমল নাইদ্রবা মিৎকী পি, তৈথোকপিনবা য়াওদনা। নিংশিংলকই,

"ঐনা লেপলিবসিসু নঙগীনি
চাকলিবা মৈচাকসিসু নঙগীনি
শিম্থবিবা পিবাংসিসু নঙগীদি।"

## (২২)

নুংশিবৈ, বোবীগী য়ূমদা ফমলি। দুর্গাগা লোয়ননা ৱাবী শাবি। নুংশিবৈ হান্নগী মচীন মখা যাংবগী মথক্তা মানা ঙাংবা তানীংবা মীখোনবা নুপীনি। হায়গা মান্নদবা মওংনি, ঙসিদি ৱাহৈ খোনফম ওহ্মোক্লা নুংশিখ্রে। নুঙ ফাওবা মহী চেনগনি ক্বা মতপ অমা খাবুম থন্না নম্লদুনা হায়বকই,

– নঙঙোন্দা পাউ অমা তমগে হাযদুনা লাকলিবনিনে ইচেগীসে।

– কবি পাউনো? ননাও নুপাগী পাউবা?

– হোয়নে, ফনসু কুইখ্রে মদুবু, মবোল অমত্তসু খঙহল্লক্তবা, অঙাওবনিনে। কোক খব লৈখৎপনি। নুপী উবা য়াদবা ’মসু লৈবনি মাগী, নুপী তবেৎ- নিপাল শুববনিনে মানা মাংহনবীগ্রিবসে। চেকশিল্লুকো। আ! হৌজিকসু তৌবমগনি হায়ববুদি নত্তেদা, ঙাইখোনে, নখোয অনীবু কবম হায়না ...

– নাহল ইচেদবু কবিবু হায়বমগে?

– ঐঙোন্দা হায়বন্না হায়ববু, য়াম্না থুনা হল্লক্কনি দুর্গাবু য়েংশিনবীবম্মু সিখক্কনি। এ ! মাসু পাক হেক হল্লকপা য়াদদুনা তৌবিবা ওইবিনি। ঐখোয়দনবু পঙব্রা ব্রাবগী ব্রানি। নঙবু হকচাংদু নুংঙাইতবা, থোইদোকপা তৌদেকো?

– তৌদে।

– নুপী ওইবকঅদি ফদৌনি।

– কবিগী?

– হাইমা হাইমা, ঐখোয়সু নুপী নত্রো? খব চাওবগা, ময়ূম মকৈ পানখ্রগা নুপানা অদুম থাকচখ্রদৌনি। অদুনা ফৎত্রো?

– ইচেগী ব্রাসিদি !

– মম্মিংনা কবি থোনদৌবিবা। ঐ থোল্লগে।

– থোনখ্রে মপানা।

– কবি থোল্লবা?

– নুপা ওইবগনা দুর্গেশ্বর অদুগা কবিগুম্বা নুপী ওইবক্লগনা বোবীতা।

– ইস ! তাইবঙপালসু ফাওদ্রিঙৈনা মিং হান্না থোন্দোক্লবা ! ফৈ ফৈ। নঙদি মণিপুরীবু যাম্না শেংনা ঙাংলম্মেনে। নমিৎ নমায়দা পাংখো। অঙাংদো পোত্তা পোক্লকখিসনুদা। ঐখোয়সু অঙাংনা চানখ্রপোৎনি।

– মেদামনা যোকচবনি হায়বি।

– মেদাম হায়বদি?

– মেদাম অমিতা।

– নখোযগী ফিল্ম কুম্বীদো?

অদুদি নঙদি ব্রায় য়াম্না শংগদৌবিনে।

– ইচাদি ঐঙোন্দগী কৈদৌনুংদসু লাপথোকহল্লোই।

হায়বল্লগা তুমিন লুকথখি। নুংশিবৈনা দুর্গাবু মিৎকুপ্তবমখৈ হেক

য়েংজৈ। মখা তাবকই,

– ঙবাংদি খোইদৌদু কয়াদি শাওনীংঙ্গ্রে। মীবৎ নাবৎ য়েংদুনা লৈবিবজাৎনিদনা মহাকতে, কাওথোক্কুনা ঐসু কুপশিল্লমদ্রবা, হৌদোং অমা, ঙা থোংবদো, চাকলূক অমা শিং নাননা চাথোকখিবগী ৱানিসে। য়েংঙুহে, ইচে কুইবা যাদে। দুকান হাংদুনা থনম্মীবনি। ইবুংঙো কামেশ্বরদা ঙাইহাক্তুং শিন্নবল্লগা চেল্লকইবনি। ঐনা হায়গে লাকলিবসে অতৈ নত্তে। ইবুংঙো কামেশ্বরনা নঙগা শক খঙননীংই হায়য়ে।

কনানো কামেশ্বর হায়ববো?

– অমা লৈবিনে।

– মদু নুংঙাইবোইদা ইচে। ঐখোয় তামোসু হল্লকত্রি। মহাক হল্লক্লগা কোন্না খন্নবনা...

মবুক মপাউ ফখ্রবা, পূকচেল চাওখ্রবা। চুম্মা শুম খঙননীংদুনা তৌর্জাববজাৎনি। অদুতা হাযদুনা লৈখ্রবা। লমখাই মার্কেতিং কমপ্লেক্সসে মাগী ঙাক্তনি। শেঙ্গাও পায়বনি, লাখপতিনি। ঐঙোন্দদি ইতৈমা ইতৈমা হায়দুনা, ঐগীদতা ওন তাদুনা লৈর্জবিবনি। ইবেম্মা কোম্বীবৈবুসু নট সংকির্ত্তন তৌদবা যাদে হাযদুনা, এ, মসিনা মসি ওইবে...

– ইচে, মদুবু...

– হৈ, বোবীগা ঐখোযগদি ওন্থোক্লা নুংশিনা লৈমীন্নবকখ্রবা। লৈখিদ্রবা ঐখোযগী নতৈদো অর্দুদি হেক পোকমীন্নবা ময়াম্বগুম খঞ্জখ্রবা। নঙদি খঙঙবোই। অদুনবু নঙবু ঐঙোন্দা শিন্নবমলিবা নত্রো? চুম্নগী মানা আদা লৈখিবগী মতম খব অদুক লাপথোক্লবগী ৱানি। আ ! খঙদে, খঙদে, হযেংসে ঙস্তানা লাক্লগদবনি ইবুংঙো কামেশ্বরগা। তক তনান লৈবম্মুকো। য়েন চাবা নত্রো? কত্তিংদো চাউতক চাউতক ফজনা থোংসি। ইবেম্মা ! চংলে চংলে, ইচে য়ৌবেকো।

নুংশিবৈ চৎখি। দুর্গা য়েংদুনা লৈহৌই।

নোংঙাল্লে নুংশিবৈ কামেশ্বরগা লোয়ননা অচৌবা য়েনবা অমগা য়েনবী অমগা পুবদুনা লাকলি।

কামেশ্বর চৎনা চৎনা ৱারী শাই,

– য়ূমবু য়াম্না নিংথিজনা শাবম্মিনে।

– বোবীনা লাইবিক লাইসু হৈবনিনা। হোয়, লোনগুম্বা খব লৌবমগনি। হুমাংমলনা তানবা পৈশাবু কদাইদগী, মশীং থাবা য়াবা নত্তে। ঙাখাবু ঙাবা?

– থবক তৌই হায়বদাইনে?

– হেবা, প্রাইভেৎকী থবক তৌবমই হায়বগী ৱানি। কয়া য়াম্নাবু ফংলমগবনো। ঐখোয়দৌনা অমা অমা তৌবসু নত্তে। মদুগুম্বা লম্বীকা খঙবা মী নত্তে। এ ! দেল্লীদা পোৎ পুথোক পুশিন তৌবদি কান্ননিহে।

– য়াবু য়াবক্কদ্রো?

– য়াম্না লায়থ্রবজাৎনি। নোংমা ঐগী য়ূমদা কৌগনি। নঙনা মী খোল্লক্কনি। কন্য কৎকনি। ঐঙোন্দা হায়জবকঅনি। অদুদগীদি মাগী তৌদবা য়াদবা মথৌ ওইবেদনা।

– আস ! ইতৈমগী কোকসি ফাওবদি য়াইহে।

– হাই, য়াম্না লেমগদবনি। খঙঙেদনা।

– ইতৈমা, মসিগী ৱাসে, মতৌলৈবীদদি খঙহনবা য়াদেকো। কোম্বীবৈদুনি চেকশিনগদবা।

– নুংশিবৈনে ঐসে নুংশিবৈ।

– অদু হুবেন অমুক...

– কামেশ্বর শ্বরদু চনিংতানা অমুক্তা হোল্লু।

– ঙসাইগীদু য়াওদ্ৰবো? মবি মঙাদা পিবকউ। য়াদ্রে। শৎ শৎ লংশিন্দ্রবদি য়াববোই। হুবেন দুর্গাগীদি ইতৈমনা খঙনা, ময়ান চানা !

– সে, সে। কবিসু খল্লুনু। নুপা নত্রো? নঙগী হৈনবীদো। ঐনা ফনবা শিল্লক্কদৌবিবনি। ইঙ্গিংতি য়াম্না খঙবা তাবা।
– আস ! হোয়দা। কো, ইতৈমা।
– কবিগীনো নপূক্লিং অদুক শোম্বকইবদুনা? নঙবু নথৌনা য়াম্না ফবদাইনে ?
– হুম ! ঙসাইগীদো, লুপা চামঙা চৎপী অমা শৎ শৎতোক্লকপদুদা মাদি ঙকখ্রবজাৎনিদনা।
– অতৈ লায়রি, ব্রাবীসিনা শান্নখিবসিনা শান্নখিবসিনা, কনাগবু শান্নজবিবনো খঙদে।
– শান্ননীংলগা শান্নজনি মব্রা লৌদে। নোংমতং ফাবগা মশক অমুক্তং য়েংহল্লবদি, খংঙগা মবাইনা চেঞ্জখিনি।

ব্রাবী শানা শানা য়ৌশিল্লকই। চংশিল্লক্তুনা দুর্গাবু কৌবকই,

– ইবেম্মা, দুর্গা, ইচেখোয় লাক্লেহে। নঙবু কৈদৌবিগে?

মাঙ্গোল কাখৎলি। দুর্গাসু থোবকই। দুর্গাদু উবগা,

– হৈ, ঈশিংগাদো খব শাহল্লু। চাক্তি ইচে থোংগে। ইহে, ঐদি হাথু হাথু তৌবদা কাওথোকঅম্মেদনা ! লমখাই অমুক কুমথকদবা য়াববোই। মাগী কামেশ্বব হায়বসিনবু কবিনো, গীবি গীবি হেক তকই। অদুদা ঐসু কাওথোকঅম্মীবনি।
– কবিবুনো ইচে?
- ইবোনবা মথেল অমা য়াওসি হায়দুনা ঐনা আলুনে, ফৈজানে, হব্রাইমুবীনে, চীংকোমপ্রেৎনে, কবি কবিনো ফন য়ামই থনম্বদো, যোংচাকসু য়াওহৌই। পুননবনি হায়দুনা ঐনা তোঙান্না থনম্বনে, কাওবমইবনি। ঐদি ঙসিসে শোবাৎ অমসু লৈবা খঙদ্রেনে।

কামেশ্ববনা হায়বকই,

– কাওগনখ্রপোৎনি ঐখোয় ইতৈমসিসু। শোবাৎতুনা য়াওদবা য়াবোইদবা ওইবগনা কমদৌবা? চিবা য়াওগদবনি হাযবদাই"

নুংশিবৈ খুন্নক্তে। কামেশ্বরনা মখা অমুক শমথবকই,

– নত্রগনা, আস ! য়াওদ্রসু য়াবা পোৎনিসে। চৎকে হায়ববসু চাক ঈশিং ফজনা চাবগা ওইনা চৎলো। অদুনা ফবেবা।

নুংশিবৈ দুর্গাদা হাইফেৎ য়েংলুবগা,

– চংউ, চংউ, হঙ্গোইকনু। ঙাইহাক্তং ফন্নম্মু। থুবক্কনি। ঐ লৌবকউখিগে। সৈত্য ঐগী ইনাও দুর্গাগী মায়থোঙসিদি ! হৈ, ঐনা হায়দ্রা, ঐগী ইনাওদি মীওক মীচান ফবীনি লক্ষ্মী চেনবীনি হায়দুনা। নখোয় পৈশা পাযবা ইনাক খুনবগী হৌনশা, থাজগন্দবসিনবু। ঐনা নমদুনা পুবকলিবনিনেসে। ইবুংঙো, নথৌ চিল্লি হায়বা খঙই, অদুবু ঙাইহাক্তং লেংশিল্লু। আহ ! দুর্গা, মহাকর্নি ঐনা কামেশ্বর হায়বদো। ওস্থোক্লা চমজপ্রবা, পঙজখ্রবা। মাগী কামেশ্বর হায়বিসে ঐদি (নোকই) মাগবু চামীন্নববদি, মাগা চামীন্নবসে ঐদি বি, পি, হাইগৎলর্বনি হায়বনি। ব্রাবী নুংঙাই নুংঙাইবা শান্নবদুনা, মাগী ব্রাবী তাবিঙৈদা অশুম চাশিনখিবা, অশুম চাশিনখিবা, পূক থল্লে হাযবা ফাওবা কাওবমখৈ চাবনি। হুমাং অনপ্পী হেক কাংই, লেংঙম শাঙমদে ইশাসে। ইস !

- ইতৈমা নাহল মোবেগী মোবোক্তো, শাইহে ! মোবোক অকংবসু শাইকো। নচীল থী হায়নি।

- ঙসিদি ইচিন ইনাওনা ইবুংঙোগী হাবা যানবা হোৎনজবা তাবেদনা।

- ঐগীসিবু খব হেনমল্লব্রো ইতৈমা?

– য়েংউনে ঐখোয়গী দুর্গাগী মায়থোংসে। বাশিনা পূময়োম !

– অব্রাৎ- অপা'মতা লৈহনবা যাদে। ননাও লৈজবি।

– বোবীদু লৈবন্নবদি হেক ফগদবা।

– আস ইতৈমসিদি ! মাদি ব্রা লান ইঙাং ঙাংদেনা। কয়া হৈনদ্রববা কবিনো ! মণিপুরী থোকপা নত্রো?

– কামেশ্বর নঙসিদি।

– ঐখোয়সু আশাম ফাওবদি য়ৌকববনিদা। য়াম্না তোয়না চৎলি। ট্রেনগা হায়বদু ঐখোয়সু উবে। তোংঙকঅবনিনে।

– কামেশ্বর !

– ইতৈমনা চাক চানগদৌবি। য়াওদবা য়াবোই হায়ম্নবদুদা লাকলিবনি। থব্রায অসি থাববসু, আ ! ইতৈমা, খব থুবীবকউকো।

কামেশ্বর দুর্গাবু হুবান হুবান য়েংই। নুংশিবৈ নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা চৎখি। দুর্গা মায়থোংদি মকা লামদে অদুমকপু কামেশ্বরদা যেংদুনা মোমোন নোকই। মতম শুবকপগী লূমথববা হুকচাংদু ইন্নফিদুনা চেকশিন্না কুপশিঞ্জবদুনা,

- লেঙশিনবীবকউ।

হাযবন্নগা ইমুং চঙখি। থীজববসু লংকাগী সিতা শঙবনবু হেন্না ফজবিবা কামেশ্বরনি। মমিৎ মনা ঈথক থকই, ইযুং যুংখৎলি। নাক যেৎ হাইফেত্তং যেংলম্নগা ইমুং চঙখি।

*লোইববা*

*অদোম্বু থাগৎচবি।*



আব, কে, নাওবিয়া



অইবগী ফোংখ্রবা :

১) অবোনবা পিবাং (উপন্যাস) ১৯৯৪
২) হাইকু কবিতা (শৈবেং) ১৯৯৮
৩) তৌবা নত্তে ইমৈনি (শৈবেং) ১৯৯৮
৪) আর্তিনা (উপন্যাস) ২০১২
৫) অমিতা কুলকর্নি (উপন্যাস) ২০১৩

---

লাইবিক ফংফম:
অইবা মশামক অমসুং টাইমস ওফসেট প্রিন্টর্স, ককচিং